লাইরিক অসিনা থুংই ওইহনবিঙৌবা হুয়া লৌবা পাবিয়ুনা অথোয় অচাম কয়া শেমলোকপিথিবা, ইকায় খুম্নবগী মশক ওইয়বা চূড়াচান্দ হায়রায় লেকেশ্বরী তুলসী ওজা শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহগী মকমদা থম্মোয় শেংনা তৌবিমল উচ্চরি।

—অইবা

# অহানবা অঙ্ক

[ নোংমতা নি·থিনা য়েংশিনবীদ্রবা বিক্তবগী মন্নারবক থীরবা যুম্নি। কা মঙাগী মৈতে যুম-জাওনি, মাঙ্গোল চাওনা থাকই। নোংমতা শেমজিনবাদবগী মওংদা মাঙ্গোলগী ফক্লাংদু ইকিন কিন্থরে। মাঙ্গোলগী অরাংথংবা চিদায়দা টেবল অমগা চৌকি অমনবা অনি অহমগা থাদুনা থম্মী। অমুকী নুংঙু মুং শাবা সুংশানী মঙাললনা ফংগাংদা য়ৈরকই। অমুকী পুং ৭।।॰ য়োম তারকপা মতম্নি। শ্যাম মথরাই যাম্না হুংঙাইবা মওংদা ইমুংদগী ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা থোরকই। মশা তনাপ-তনাপ্পা, চহি ওরানিপাম্লোমবা ঙাংয়রিবা পাথংনি। মাঙ্গোলদা হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা ঙাইহাক মফি মরোল শেমদুনা লৈ। মেম্মা ইমুংদগী থোবক্তুনা মবুংগী মতৌদু তুমিন্না যেংই। মেম্মা, মমিৎ মনা শিংবী মশক মতৌ ফজবী চহি তরাতকোম শুরবী নুপীমচানি। ]

মেম্মাঃ — [ মে মোন নোক্তুনা ] ফঙ্গরেনে ফজরেনে, অদুক রানা পৈথদুনা য়েংঙু দ্রবস্থু য়ারে হায়বা !

শ্যামঃ — [ নোকফেং তৌনা ] তুংলোম থংব'স য়ারত্র' যেংঙু মেম্মা ?

[ মেম্মুরোংমদা মনঙ্গদা ঙন শৰি ]

মেম্মাঃ — [ হন্না চংশিন্দুনা যেংই ] তোয়মে য়ারেনে। —কদাইদবু চংক-দোরিবনো অস্তক ঙম্না কেরি'সবো ?

শ্যাম. — ঐনা চৎপবু ন না পাম্লবী'রব্রো ?

মেম্ম : — [ কাপ্পবা মওংদ ] হেরেন চৎথৈ চৎলুরগনে য়াহৌরমদদুনা অরেম্বদা রাত্তুনা তোকচনি।

শ্যামঃ — [ হন্না শংনো ] অদুগীদমক নংনা রাবী'রব্রো ?

মেম্মাঃ — [ নাপ্পা রুনা ] হোয়নে, নখোয় মঙাইরেনে সুংঙাই'রিবা ! নোং হেক ঙানবগা কোয়গদবগী হোৎনজনতা লৈবা;— ঐথোয়না শরু শয়াং তেক্তদোরে থবক নোম্বদা'।

শ্যাম:— [illegible] [illegible]রো ? পরীক্ষা [illegible] [illegible] [illegible] কোয়বদা চাক চাঁকাওবা [illegible]—

মেম্মা:— পরীক্ষা ওম্মে হায়ববু শোয়ত্রবয়নে ? ঐদি ওম্মোক্সা থ'জখিত্রেদা ।

শ্যাম:— [মেম্মদা মুন্না য়েংলগা] কৰিগী থাজত্রিবা—ঐনা হায়ববু শোয় হায়ব্রো ?

মেম্মা:— [থর চিনবা মওংদা] মীদি ওরাং অহিংচুন্না ভায়নরুরগা পাও ফংদত্রুনা হন্নরকই হায়নৈ । তা য়াইমদি চত্তুনা য়েংগুবস্থ তেংদে অত্তুম্মক তুমদত্তুনা লৈখোকই ।—কদায়-দগীবু কংইবা পাওনে মে পরীক্ষা ওম্মে হায়রি'সিবো !

শ্যাম:— [নোকফেৎ তৌনা] ইয়ে, অত্তুগী ওইরে নংনা থাজত্রিবদি । ঐগীদি শোয়দনা ওম্মবনি, য়েংগুত্রবস্থ য়াররনে—

মেম্মা:— পরীক্ষা ওম্মে হাবত্তুনা ব্রা-ব্রা লাওরুরগা হোরেন য়াওরক্দত্তুনা তোকচনিকো তা-য়াইমা । ঐদি হায়বী-হৌরি'সিনি—

শ্যাম:— [ইচ পীনা] মেম্মা শোয়ত্রবনিনে, ঐনা ওম্মী হায়রবদি ওম্মবনিনে ।

মেম্মা:— [য়ানিংদবা মওংদা] নোংঃতম্ভ শাষ্টরিক নিংথিনা পাদবা, পরীক্ষা মমুংদকাওবা কোয়দুনা লৈথোকপা তা-য়াইম-খোয়নবু পরীক্ষা ওম্ম'দি ফেল ওইবা মীবু অমতা য়াওরম্মরোই !

কল তাদবা অক'মা

শ্যাম:— [[illegible]] [illegible] কেল ওই হায়ব্রো ! [illegible] মরুপ মপাং লৈজদবা, মর [illegible] আই, এঃ বি এ; অসুক য়াম্বা মরুপ ওইনা ত্তিন্নখিবা ঐনবু করিনু লৈভবা শাই স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট এগজ্যামিনেশন্দবু কেল ওই হায়ব্রো ?

মেম্মা:— হোয়নে হোয়নে ওম্বু ওমজর'দি কৈনে। [খোঙকাপ অম অনি থাংঙহনা ইমুংলোমদা চঙগে তৌই। মতমসিমক্তদা মপালোমদগী মশম মনা ইফা ফানা অৱাবা শকফমদা সুরেশ অমসুং রনজিৎ চঙলকই। রনজিৎকী মথুক্তা খবর অমা পাযরকই। মেম্মা চপ লেপ্তুনা মুন্না য়েংহনা লৈ।]

শ্যাম:— [ওাইহাক মুন্না য়েংলুরগা] কৈদৌরগে রন'জিৎ, নখোয়না অদুক দাউ হম্বনা লাকইসিবো ! কনানা করি হায়রকপা য়াওরগে সুরেশ ?

সুরেশ.— [অৱাবা শকফমদা] অমুক হায়কদুনা কায়দে শ্যাম। ঐখোয়না খল্লম্বা খুদিংমক শোয়রে।

শ্যাম:— [খর চিংনরপ তৌনা] হাযবদি....... ? [সুরেশ অমসুং রনজিৎ বা মথা তাবা ওমদনা মম্মাদা মুন্না য়েংহনা লেবদু উবদা] — চওবো মেম্মা, চা লে মুচো ?

[মেম্মা খর চিংনবপ তৌনা ইশংদা চংখি]

রনজিৎ:— [নুংশ খর শাংন তোকহনা] ইস ! ওম্মোক্সা ইকায়খেদা শ্যাম, হন্দক পরীক্ষা ওমদব'সিদি —

শ্যাম:— [[illegible]] কেল ওইরব্রনে নব'ন্নিবো ?

সুরেশ:— ঐখোয় অনিদা নত্তেনে ফেল ওইরিবা, নহাক্তা রোলম্

কল তাদবা অক

[illegible]

শ্যামঃ— [পাৎকোং [illegible] ঐহাক্তা [illegible] থকাইবা] !!

মনজিৎঃ— লে, য়েংউসে মাজগগা— [শ্যামনা থকয়ু পী। শ্যাম তাইহাক মুন্না য়েংহুনা লৈ]

শ্যামঃ— [অরাবা শকফমদা] ইস! ঐবু পরীক্ষা ভুমজবা !! [লুকথহুনা খাথল তৌই]

সুরেশঃ— [ইগুক-গুকথনা] মীওইবগী চোপ্পু হায়রা মতাংগী য়োর-বনিনে। হৌজিকপু ঐখোয়বু করম্না মপান শোক্নগে ?

শ্যামঃ— [অশাওবা শকফমদা] ইস! ওস্থোক্ল। উশিক্তনা তৌ থদা। পৈশাসু তিংবা, ইজ্জৎসু মাঙবা……

সুরেশঃ— হোয়নে, মহাকসু ভস্থোইদবা থবক্তা অদুক ইচং শৌবদি চুমদেদনা ?

মনজিৎ:— [নোককেং তৌনা] ইশানা ইশাবু থাজদ্রব মতমসিদা মীওোন্দা অদুক কন্না বিশ্বাস তৌরুরিবা ঐখোয়গী মরুপ শ্যামনা হেন্না ভকখে, ঐদি—

শ্যাম:— [শাওনা] হুং, ভসিদি মহাক উনদবা য়াদে মহাক্কী অশেংবা রা অমা লৌথোকনি। নয়া পৈশা অমগী মাল চেন্নবা য়ারোই। ঐনা মওোন্দা পীখিবা পুন্না লুপা চাম য়াথৈনি। —ইখুত্তা শীবা ঘড়ীবু বন্ধান থমদুনা মহাকপু থাজবদগী পীখিবা মৎত্রো ? [তৌফম শণ্ডবা মওংদা মাঙোন্দা হুঙৎ-হুন্দা চৎলি]

অহানবা অঙ্কম কল তাদবা অঙ্ক'মা

রনজিৎঃ— হোয়রে, লুপা চহমগী অর্মা তাবা পীবা যড়ৌদ্রবু লুপা চাময়াথোদা.............।

শ্যাম— মহাক ওসিদি থওগনিদনা, হেক উনবা মকমদা লোই শিনগনি !

সুরেশঃ— [থর চিংনবা উত্তুনা] ওসি নোংম-মিনিদি মহাক কদায়-দগী উনবা ফংগদগে। মহাক য়ামদ্রবদা মতম থরদি ঐথোয়গা উনদনবা কোইরোৎ লোত্তুনা লৈরগদবনি। —ঐথোয়না তাত্রিভৈগী মমাঙদা মহাক্তি হায়না পাও' সি ফংলম্নগনি।

রনজিৎঃ— [কয়া শওইদবা মওংদা] কায়দেদা মতুদা অত্তক শাংথরুবগী। মীগীদি তোকম পোকপা তৌরম্মী। সবজেক্ট অমফাওবা চিখদনা য়াওরম্মী, ঐমকী হেক মাঙদা কম্মীবনি—

শ্যাম— [শওনা] অত্রবু ঐনা মঙোন্দা পীখিবা শেন্দুবু কেল ওইহন্নবা পীরিবা শেল্লনে ?

রনজিৎঃ— [শেনখিনবা মওংদা] ভায়খো শ্যাম, নং য়াম্না শাওরে তপ-থখো।—হন্দক্কী পরীক্ষা'সি মও'মা তৌরবনি অতৈদি লায়রিনে, ঐনা কেল ওইরিবসিনি খ্বায়দগী ওকইবা। সবজেক্ট অমফাওবা শোয়থিবা য়াওদে। ঐগীদি সেন এণ্ড দাসকীনে চক্রবর্ত্তিগীনে নোট ময়ামদু মাঙদা থম্মগা কাক্কুনা লোইনমক শিনথ্রবনি..........

সুরেশঃ— [থর ফিংনা] হোয়রে, হন্দক্কী পরীক্ষাসি মওং'মদি

ভৌয়ে। ঐহু অদুমক্তাহু—ঐহী হেক নাকন্দা ফগ্গী
সুপাত্ৰদগী ওম্নমক শিল্লিবনি। মহাক্না কার্স্ট ডিভিজন্দা
পাস ভৌই অদুগা ঐনা কেন ......

শ্যাম:— নখোয়গীদি শিনবদা লাল্লবনু য়াই, অদুগা ঐগীদি শোয়নিংঙাই ময়ম কৈতে হায়বা।—মহাক্ন বি, এ; তম্মীবা নৎত্ৰো ?

সুরেশ:— কনানা হঙগনি, মহাকন্নু ঐখোয়গুম্বা শিন্দুনতা পাস তৌরকপা ওইরম্মবদি। বি, এ;গী মরক্তন্নু শাজিন্নবা কোঙ্গায়'মা য়াওরকপসিদা ইথাবু থাজরে়না—

রনজিৎ:— [খর শাওনা] ঐনা হন্দক পরীক্ষা ওমদবসিদি ইথন্তী মায়থীবা নত্তে। সেন এণ্ড দাস অদুগা চক্রবর্ত্তিনচিংবা নোট রাইটরশিং কাওবা ইকায়নিংঙাইনি।

শ্যাম:— [ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা] মেম্মা! কৈদৌরগে চা-দুবো ?

মেম্ম:— [ইমুংদগী] হোয় পুথোরক'গে—পুথোরক'গে। চা মনা খর তাদুনা অমুক চুম্বা লাক্তরি।

রনজিৎ:— চা থকপা লায়রিদা। ঐখোয়গী থবক্তুম হায়'মুক্তা খন্নহৌখিসি। মতম কুইথবা য়াবপোৎ নত্তে।

শ্যাম:— [খর ঙক্না] করিনো খন্নগদৌরিববো ?

রনজিৎ:— হুয়েং-হংচিত্তা মঙায়বে মরাম য়াংয়া লাওনরক্তবা। ঐখে য়বু কদায়দা লে ত্তুনা লৈগদগে !

শ্যাম:— কনা-কনাদি ওম্মী রনজিৎ ?—শান্তিবু পাস ওইত্ৰো ?

সুরেশ:— শান্তিদা নত্রেনে, কনাগী সুনিত, অনিতা, বীজয়া ওম্নমক পাস ওইরবনি। ঐনা হেক থঙবদা কেন ওইরিবা

হায়ববু ঐখোয় অহুম মচাইরে—

শ্যাম:— [মথবাই মুংঙাইতনা] ইস! শাস্তিনা পাস তৌরগ! ঐনা কেন ওইরবা! [মখুৎ নাম্বনা মকোক পাররহুনা লুকখি]

রনজিৎ:— হৌজিকপু অমুক ইকায়রক্তুনা কৈদৌরুগদগে? ইকায় হায়ডুনা চেমবস্তু য়াররোইদবদা।

[মেম্মা ইমুংদগী চা পুরহুনা থোরকই। বারী শাবা লেপ্তুনা মথোয় ওয়মক তুমিন তুমিন লৈনৈ। মেম্মা চাদু টেবল মথক্তা থম্মী]

মেম্ম:— [সুরেশতা ওনশিনহুনা নোংকফেং তৌনা] করি মিটিংনো তামো-হে'য়'সিবো? [শ্যামনা হাইরুপ ঘংগ] ঐখোয়গী তা য়াইমনা ইস্তুক-শুকথনা উরিবসিনা কৈদৌরব'?

রনজিৎ:— [নোংকফেং তৌনা] নখোয়গী তা-য়াইমনা খল্লিবসিবুরো মেম্মা? অতৈ নত্তেদ', শুয়েং কলেজদা করি সবজেক্ট লৌগদগে হায়না খল্লিবা।

মেম্মা:— তোয়নে চুম্মীনে, পরীক্ষা ওম্মগা থবাই মুংঙাইতবদি হৌনদে হায়ব'। ঙাইহাক্ত মঙাইরে ইমাস্তু লাক্লনি, ওসায়না ঙা লৈবা চৎখ্রবনি..........

শ্যাম:— [নংগ] ইমাবু কৈথেলদা ঙা লৈবা চৎখিবা! করিগীনো মেম্মা?

মেম্মা:— [মনথক য়ুনা] তা য়াইমন পরীক্ষা ওম্মে হায়বত্তুদা মুং-ঙাইত্তুনা ময়াম্মক চাগিল্লনবা লৈখিবা—।

সুরেশ:— [নংগ] পরীক্ষা ওম্বগী ময়াম চাক্কৌগদৌরিবা?

মেম্মা:— [মনথক য়ুনা] অং, মাল্লি চাক্কৌগদৌরিবা!

রনজিৎ:— ঐখোয়স্তু য়াওগদৌরিব্রনে মেম্মা?

মেম্মাঃ— করিগী য়াওদ্রি। চৎচ-লাকচখিনু তা-রনজিৎ।
ঐখোয়গী ইমাদি য়াম্না শাওগনবনিকো। ঐদি হায়না
হায়বীহৌরি'সিদি।

সুরেশঃ— ইয়ে, করিগী চৎলুগদগে ইচলসিদি! [নোকক্ষৎ তৌনা]
চাক চাজো হায়রগা চেল্লবা মীত্তুদি মহা বুদ্ধু নিদমা—
[মেম্মা মতোমদা থিক থিক নোকই]

রনজিৎঃ— কয়াম কুইয়ে মেম্মা, ইমা চৎখিবদি?

মেম্মাঃ— ঙাইহাক ওইরে তা-রনজিৎ! য়াম্না থুনা হল্লক্কনি
হায়রম্মী—

শ্যামঃ— [তৌকম থঙদবা মওংদা] ইমাবু কৈথেলদা—

মেম্মাঃ— তামোহোয়' সিদগীদি কলেজ কাগদৌরবনিনা থর-থর
লেম্বা অম্মোকো। মমাঙঙৈদোনা ঙাওশিল্লরবদি ঐদি
য়ারোইদবনি!

রনজিৎঃ— [থর ঙক্না] কৈদৌরগেনে মেম্মা, ঐখোয়না কনাদা করি
ঙাওশিল্লবা য়াওখ্রবগে?

মেম্মাঃ— অদু-অদা থঙদে তা-রনজিৎ, পুং ৯॥০ হেক তবগা
ঐখোয়গী স্কুলদা সুংতিগী কারকপদো হয়েংখোয়দি
তৌরম্নু হায়বা। মীনা য়াম্না থীনা ঙাংনৈ, ঐদি তাবদা
ওস্থোক্লা ইকায়জখে!

সুরেশঃ— [থঙনিংবগা লোয়ননা লাংতল্লবা মওংদা] কনানা করি হায়বা
ঙাংনরবা অদুক তম্মু তাসি মেম্মা—

মেম্মাঃ— [থর শুকথনা] ঐদি ওস্থোক্লা তনখে তামো! করি

হায়রিবো থঙদে. ময়াম্বা নখোয় অহল পুরা লাকপা হেক উবদা ফুলগী কোবিডোরদ লেপ্তুনা 'থ্রি ফুটেজ কোমেডি" লাকয়ে হায়তুনা থুবাক থুদুনা লৈরে।

রনজিৎ:— [ ফিংনা ] ঐখোয় অহনবু থ্রি ফুটেজ কোমেডি ওইরবা ?

শ্যাম:— [ শাওনা ] চৎখ্রেসে, নংমা করি মশিন লৈহনা ঐখোয়গী ইনাক্তা-মহাক্তা ঐখোয়বু য়ায়কপীবশারি। [ ফুক হোৎনগংতুনা ] নবাক্তু ভৎনিংব্রো ?

[ মেম্মা পেহো পেহো তৌদুনা ইমুংদা চঙথি ]

সুরেশ:— [ শককম হনজিন্দুনা ] ঐখোয়বু থ্রি ফুটেজ কোমেডি হায়না ময়ামনা খঙনরবা !

রনজিৎ:— ইস ! ওস্তোক্লা ইকায়গনৌরিদা হন্দক তৌখোরক্লিবা মতৌসিগ —

শ্যাম:— ঐদি ওস্তোক্লা হৈনবোকদৌরিবো রনজিৎ ! পরীক্ষাদি কেন ওইরগা পাস ওইবে হায়জিল্লুবদগী ইথানা কৈথেন্দা ভা লৈবা চৎখ্রবা.........

সুরেশ:— ওইদবদা হাংদুনা লাক্লবা ঐখোয়নবু হৌজিক অমুক ওইদবা ভাংবদা করিগী চিংনরিংডাইনো ?

শ্যাম:— অদুবু কয়াম কুইনা ঐখোয়গী শাজৎশিংসিবা অচুম্ববু লোপ্তুনা থম্বা য়াগদগে। হয়েংদা মঙাইরে খঙনরকদবা— ঐখোয়গী ইমাবুদি ইমা ওইবে, ঐমা য়াম হেক ভ'মবদি ঐখোয়গী পাবুংনি।

রনজিৎ:— [ নোকক্লেৎ তৌনা ] মহুগী দমক্তি করি'মত্তা য়াবীরকপুসে।

লাইরিক্কবু হৈহুত্তবনি, জানদি ভ্রিংবিনা চংখোয়া লৈরবা থাক্লি ঐ:খায় অহুম্বক। ভগায়না থরবা লোইরবনি মতুগী রাদি ।

শ্যাম:— করি থররবা।— ঐ,খায়গী পাবুং খণ্ডহন্দমবগী করি উপায় লৌরিবগে ?

সুরেশ:— মশুদি য়ায়রা লায়থ্রবা রানি। রনজিৎকা ইবাম্নিনা খন্নরিবা রাক্ষসি মহাক্না হেক য়াবদা লোইরবনি।

শ্যাম:— [ রঙ্গা গাংহক্না ] কিঙ রানো হায়রো তারসিবে ?

রনজিৎ:— মী অকৈ ভাহনবা যাবা র নত্তে। অরোনবা রানি—

[ মশিং কোয়কপ কোয়কপ তৌনা মাথক্কে মরি যেংলম্মগা চংশিনুনা শামগ্নী মনাবেংদা রা ওর ভুমিন্না হায় ]

শ্যাম:— [ চ ইহ্নক ত্যংখত তৌরগা ] ......অদুদি পৈশা কদায়দগী লোগনি ?

সুরেশ:— পৈশাগী রাবু কৈদৌঙ হায়বগে—? লুখ্রাবী মচাসু নত্তবা পু পাং শুরিবা মহাক্কবু লুপা চনি চহুমগীদমক অতুক লুনা থল্লি হায়ব্রো ? পাবু দগী কোক হেক লৌরগা লোইবে—

শ্যাম:— [ পাথৎনা ] কোজিকপু পবুংদগী শেল লৌবা !

সুরেশ:— পবুংদগী লৌদনদি কনাদগী লৌরুনি ? মীওন্দগী হুরাল্লুগদ্রে —

শ্যাম:— অদুবু ঐনা করি হায়জিন্দুনা লৌগনৌরিবনো ? লুপা চানি-চহুম্ব হরাই-লমায়না..........

রনজিৎ:— [ চিং লমা ] হায়জিন্দুনা ইমাবু কৈখেলদা ভা লৈবা

রজনী। মথু তাঁরিবা———অচাংশিংগী চা অহুক লোয়ুদবা ?

সুরেশঃ— [ খর ডগলবা ] পাবুং ঐখোয় চসাইবা থকচরে।

বিজয়ঃ— [ সুরেশকী বাহু পোওইনা তাদনা ] উম তোরবিনি গাগী হৌনবী, মীনা কৌব-লংবসি শুকতা হেক তাশিন্নদনা লৈবসিনা আহং অমত্তং হনজিল্লক্কবদা কপপগা লাওবগা তৌগ-দবনি। ওস্তোক্না পঙতিদকো নখোয় মুপী হায়বা জাংলে। ঐহু অরেম্বদা মতম মাঙহনবদি নত্তেদনা, অহিং চুপপা অচ হোৎলুরিংবি। [ নোকক্লেং তৌনা খোংজিন ময়াদা লেপপহনা ] হায় অপংবী! নংনা চহি অমা চংবা ফি থাংবু যোংমতা তা চরা অমা চাবা কংবরো, মহুৎ কংদনা য়োমখোকখিবা তাক মৎত্রা ? [ ফুরিংথাওদগী নোট চুন্দু অমুক লৌথোক্লনা মথুত্তা পায় ] য়েংউ, ঐদি অহিং অমদ চেথুন অনিদং তাবদা লুপা চহুম।———হায় রজনী তা লৈরবাও তসিদি তাহুম চাসি। হরাই খোংবা থাও থাক্কবদো ওকয়ে তোক্লসি হায়বা———

মেম্বাঃ— [ ইমুংদগী খোম্নেল খর হৌনা ] পাবুং ইমাদি তসায়বা কৈ-থেলদা তা লৈবা চৎখ্রবনে।

বিজয়ঃ— [ খর ওক্না ] হায়, কবিগীবো তসিদি তৌখে ক্রবা থবক তৌইনা। মুংতিগীদি কপপগা-লাওবগা তৌবনি অহুগা তসিনা———

[ মেম্মা ইমুংদগী থোরকই ]

মেম্ম' :– [ মোমোন নোক্না ] অদুবুরো পাবুং, ঐখোয় 'ভা-য়াইমা পরীক্ষা ওয়গী ময়াম চাক চাগদোরিবা।

বিজয় :— [ ফিংনা ] মংগী ভা-য়াইমবু পরীক্ষা ওম্মবা। [ মখোয় অহমদা অমুক ওনশিনদুনা ] ইচাশা ! চুম্মবরনে হায়রি'সিবো ?

রনজিৎ :— [ খর তপসপা ] অহোয় পাবুং উচিন-শাচিমা ঐখোয় অহুমদি ... .... —

বিজয় :— [ হরাওনা ] মখোয় অহুম্মক পরীক্ষা ওম্মবা ! ইস, ওহ্মোয়া নুংঙাইরেদা ইপাদি। মখোয়না পরীক্ষা ওম্মগা নুং-ঙাইবদি ইপানতুম হেল্লিবনিনে। [ য়াম্না হরাওবা মওংদা মাঙোন্দা হঙ্ক হন্দা চৎলি ]

সুরেশ :— [ নোকক্নং তৌনা অহোয় পাবুং, হন্দক্কি তাম অমা চারুরমাল্লে ঐখোয় অহুম্মক পুল্লপা হেক.... —

বিজয় :— ঐখোয়' নৈকাইগী কনা কনাদি ওম্মী ?

রনজিৎ :— পাবুং ! ময়ামগী রোল নম্বরদি থওদবনিনা কনা-কনা ওম্মগে হায়বা থওদ্রে।

বিজয় :— [ হরাওনা ] হোয়নে, অদুনিদন মুপামচা গোকই হায়বা। পরীক্ষাবু কেল ওই হায়ব্রো ? মীতোন্দগী শিনবা থওদে মোটতৌবনি থওদে—ওম্মগা লোইরে পরীক্ষা। পুক্নিসিদা হেক ওইরোইদবদি—মায়থীবা, কেল ওইবা হায়বাসদনি।

সুরেশ :— চুম্মী পাবুং, থবক অমা তৌবদা মায়থীবা হায়বদি ওহ্মোয়া নুংঙাইথিরবা থবক্কি।

বিজয় :— [ থর তপলপা ] ইচাশা ! শোয়দি শোয়রম্ময়োইদনকো ?
পরীক্ষা ভম্মে হায়দুনা হয়াওরুরগা হয়েং য়াওরমদবা
থোক্লবদি ইপাদি শিবনা করেদো—

রনজিৎ :- পাবুং শোযদ্রব'ন, খবরদা ময়েক শেংনা য়াওরবনি।
[ খবরদু বিডযনা লা'নশিনি ]

বিজয় :—[ থবরদা মুন্না য়েংলগা ] কদায়নোনে নখোয়গী নম্বরবো ?

সুরেশ :— পাবুং, শ্যামগী রোল নম্বরদি ১৯৭০ নি—

বিজয় :—[ মতোমদা ] ঐগী মিৎসিদি য়াম্না থীনা শোক্লবজাৎনিনা। থর কুপ্পা ময়েক্কাদি অমত্তবু পাবা থোক্লে নে। [ [illegible] থ'ওদা অ[illegible] লীথোক্লুনা [illegible] [illegible] খবরদা [illegible] ]
আ য়াওরেদন', 'সিদা য়াওরে ১৯৭০ ইচাও চাওনা !

[ মরক অসিদা হুনভিৎনা শ্যাম[illegible] [illegible] নোম্মদুনা [illegible]
হাযহৌরো হু[illegible]বী মও'দা শ্যামদা ইনশিল্লি ]

সুরেশ :— পাবুংবু মিৎ শোকপীরব্রা করিনো আনোক শিজিন্নবী-রিববো ?

বিজয় :- হোয়নে ইবুঙো, ইপাগী মিৎসি কনা লিংশিনা শোকয়ে। কনাগী মিৎনবু থাঙশা ভম'দগে অহিং তুমদনা অহ্ক হোৎপসিদা—

সুরেশ :- [ থর ওক্সা ] করি অহক'নিনা পাবু'না অহিং তুমদনা হোৎ-পি'রিববো ?

বিজয় :—[ নোকাকেৎ চেনা ] ইবো, নংসিদি পণ্ডিতদকো ! জুয়ার শামবা হায়বসিন্থ অহক ওস্থোক্লা চঙশ্রবনিনে। মীগী

মথুবাক্তা নৈবা চেহ্নবু চাওই-পীকই হায়বসি অহুগী মপান্না খঙলিবনি ।— করিগুম্বা ইপাহোয়নকা লাইরিক তম-মম্মবদি মকে ক্তা ওইগদবনি । সুংতিগী অহিং তুমদনা পায়বদবু মাগুম্বা লাইরিক্তা খ্বাডবা ঙমগাদ্রে' ?

[ পোক্লেল পোল্লা ফাক ফাক নাকই ]

সুরেশ ঃ— [ নেকফেং তৌনা ] চুম্মী পাবুং, সুংতিগী অহিং তুমদনা পারবা মীদুনা পরীক্ষা শোয়বা তৌনদে—

শ্যাম ঃ— [ [illegible] ] পাবুং ঐগীসু .... ...

[ [illegible] ]

বিজয় ঃ [ [illegible] ] হা করি হায়বা ? করিনো নংনা হায়রিংঙিবগে—

রনজিৎ ঃ—'সিনিমা পাবু' খোইন পংলু-লুবা রাফম নত্তেদা ঙরাং মুমিদাং সুরেশকা ঐখোয়গদি কলেজ কাবা নংনবা হায়রুবা স্ট্ট অমমম তুত্তরম্মে । অদুন শ্যামগীসু কলেজ কাবা নংনবা .... .... ....

বিজয় ঃ -ইয়ে করিগী তুবনি । ইচানা পরীক্ষা ঙমদুনা কলেজ কারগবু স্টট-তাঙ্গী তৌহন্দে হায়ব্রো । ইমানবনা লাকচবা য়ক্রবা বিজয় ঐনা পোকপা ইচানবু .... ... ....

রনজিৎ ঃ—অদুদা পাবুং, ঐখোয়না পামবদি ঙসি তান চারিঙৈসিদা —

বিজয় ঃ— [ নাকফেং তৌনা ] ঙসি ঐগী ফুরিংথাওদা লুপা চহুমদং য়াওরি হায়বসি নখোয়না উরবনিনে ?

সুরেশ :— চুম্মী পাবুং, লৈগদবা লৈরবদি শেল থর লৈরিবৈদো লৈহৌবা করে ! কনানা থওগনি হয়েংমুক দাউ য়াদহুনা…

বিজয় :— [ হেক্লেল খোক্না কাক-কাক নোক্লুনা ] ইচাশা ! নখোয়গু অক্ক কনা নিংথিনা হৈরেহায় । এনা দাউ য়ারোইদবা সুমিশুগী অক্ক কাওবা ওসিদগী হৌনা মাওজোননা হোংলবনিনে !

শ্যাম :— [ মেপ্পদা ওনশিন্দুনা ] কৈদৌরিগেনে মেপ্পা মংবো, পাবুংগী চা লোম্লুরোদবা ।

বিজয় :— [ মওক হাইরহুনা ] হয়, ইপা চা থকখিরোই । ওসি অয়্কী চিম-য়া অমত্তা শেংত্রি । হোরেন তপ্না অহুম্মক হোং-লরগে । [ রনজিৎতা ওনশিন্দুনা ] ওায়খো ইবুংঙো, নখোয়গী সুট অমা তুবদদি পৈশা কয়া চংবা ?

রনজিৎ :— পাবুং, পংয়াম-য়াম্না চংদেদা । লুপা চনিমুক্তি ফিদা—

বিজয় :— [ মওক নোম্মহুনা ] উম ভাব তারে । ফিদদা লুপা চনি চংলবদি অতুমমগা করিগা পুন্না লুপা চহুমমুক্তি পু-খোকপা তারিনে—

রনজিৎ :— অহোয় পাবুং, লুপা চহুমদি শোয়দনা …. …. …

বিজয় :— [ ফুরিংথাওবগী নোট মপুন্দু লৌখোক্লুনা রনজিৎতা পী ] সে, লুপা চহুমসি পুখো । মসিনা ওক্লবা অহুম শিন্লুরো । থর লেপ্পগনা ইচাশিংগী চা থক্লবা হেক ওইরো ।

রনজিৎ :— [ মখুৎ নাম্মনা পৈশাহু লৌশিন্নগা ] অহুদি পাবুং, হৌজিক ওন্নিবৈসিদা হেক্তমক লৈখোকচক্লরগে ?

বিজয় ;— [ শর ঙক্না ] হায়, হৌজিকপু ডুকান থোঙ হাংলম্মগদ্রো ?

সুরেশ :— পাবুং, পরীক্ষা হায়দোকপগী মতাংগসিদি সাইকল য়োনবা ডুকানগা কি য়োনবা ডুকানগদি মপিঙ্গষৈঙদগী থোঙ হাংনরবনি অমুক ঙন্তা মী অটৈ লাক্লিভৈদা লৈহোবা ঙম্মবদি মমলসু থর হোঙনা ক'ই ।

বিজয় :— মংক্দি করম্না হোঙগদৌরিবা ?

সুরেশ :— পাবু', সুমিৎতুগী পোৎশিং কনবা হায়রুনা অহানবা খুদাখাং কৌরবা মীডুদদি লুপা মঙা-তর' হেক্লমক য়ে'পোকই ।

বিজয় :— [ হর'ওনা ] করে ইচা'সি'দি, নখোয়না কপদবা য়েংডুনা তৌরে' । ইপাগী হায়ববু পরীক্ষা ঙম্মগা লোইরে ।

রনজিৎ :— অডুদি পাবুং এখোয় ব'জার ঙাইহাক্লুং য়েঙরুখিগে ?

[ বিজয় হো'য় হায়বগী মওংদা মদক নোম্ই । শ্যাম, সুরেশ রনজিৎ মপোয় অহুম ডুম্মিন্না মপ'ম্মামদা পো'কপি ]

বিজয় ;— [ মপালোমদা ওন্দুনা ] ইচাশ' ! নখোং'য় থর ঙর' হুন্ন চউকো । চাক লোইরম্মদৌ'নি — । চাক অঙাংবা চারবদি মশা করোইকো — — — ।

[ মপান্নে'মবগী সুরেশ, রনজিৎ পুন্না 'আহায় পাবুং' হা'বনা পুম্মকই ]

মেম্মা :— [ থরা চি'ননা ] কদায়দগীনো পাবুং ! মখোয় অঙ্গবু পুনখ্- বদি কল্লচকম থঙলরোইদবনি । মথুক্তা লুপা কোক- থোং'মগা পায়রবনিনা মখোয় ঙসিদি — — —

বিজয় ;— [ মেম্মদা ওনশিন্দুনা ] উরেদনা সুপাংমচা ? নংগী নমানা

সুমিৎচুপ্পগী জুরার শাৎলৈ, অহিং হমজিল্লক্কে হায়রগুনা শাওবদো ঙসিদি নহাক্তগী ভাব তারব্রিনি—কয়াদা কবা মপাম্নো হায়বদো! লুপা চচ্ছগী কনাগী মপানা ইরায় লায়না হেক্তা পীথোকপা ঙম্বগে ?

মেম্মা :— পাবুং ঐ'দি সাইকল অহনবা অমত্তা লৈবীরুকো। ইমাগ্নবা ময়াম্না সাইকল তোনংরগা ঐনা থোঙনা চৎপসি ওস্থোক্লা ইকায়জথে!

বিজয়:— [ নোকক্কেং তৌনা ] পরীক্ষাদা ঙম্মুনে ইচাসিদি —— সাইকলদা নক্কে হয়েং শামু কাওবা উমগে খল্লিব'ন ইপাদি। [ মেম্মা ইকাইরহুনা লুকথে ] সুপী হায়ব' জাৎ-সিদি ওস্থেক্লা পঙঙিদকো! সুমিৎ চুপ্পী ঐবু 'অঙাং য়েংশিন্দে, অঙাং মাঙহল্লবনি' হায়না শাওবদো ঙসিদি মাসু ভাব তাজর'রিনি। [ খোক্লেল থোক্না নোকতুনা ] বিজয় ঐনা পোকপা ইচানবু লেম্মা মাঙবা হৌনব্রো—

মেম্মা :— পাবুং ঙসিদি ঐখোয়গী ইম দো ওস্থোক্লা মপ্রাই সুংঙাইনা উথে!

বিজয় :— হোয়নে, মত্তুম্মা সুংত্তিগী ঐনা চৎলমদাইদা মথরাই সুংঙ ইনা লৈরবদবু জুরারদা ক'রগী শেল মাঙজরুগদগে। নংসু মুনা তাজহে'হায় সুপীমচা,—ঐদি হান্নবা হায়বী-হৌরাসনি—নখোয়না তে বা থবক ঐদি য়েংশিল্লোইদবনি, পরীক্ষারা ঙমদবা য়াদে। পরীক্ষাবু ঙম্মবাদ নখোয়না

হায়রিবা খুদিংমক য়ানি। মতু ওমবা এহিং-অহিংদা ইপানা জুবার শায়দুনা শেল তামগনি।

মেম্মা :— পাবুং ঐগী সাইকল লৈবীবদি কাওবা য়াদেকো ?

বিজয় :— হোয়নে লৈবীগে হায়রিদনা ঐশা। করি মচুগী পাম্বগে — অশংবা পাম্বরো, অঙাংবা পাম্বরো ?

মেম্মা :— পাবুং ঐগী দ হয়ে' মল্লগস্থ পংথী থীরোইদবা অমু। মচুগী ওইনা লৈবায় [মেম্মা হরাওবা মওংদা লে]

বিজয় :— ঙায়খো মুশীমচা, মংগী নমাদু কয়াম কুইরগে কৈথেল কাখিবা ? ইপাদ অহিং'সিমস্থ ব্রত তৌরবনিনা ওস্লোক্লা লাম্মেদকা—

মেম্মা :— ফন কুইরে চৎ'খিবা পাবুং, হল্লকপা মতম'দ ওইরবনি। চাক ঙায়বা ওইনা চা গিলাস'মতং থক্লবা ঐ মৈ থাগৎ-লুখিগে। পাবুংস্থ চিন-য়া শেংদোকপীরম্মো।

[মেম্মা ইমুংদা চঙখি]

বিজয় :— হোয়নে, মতুনা ফদোরিমাল্লে। [মতমসিনক্তা নাকল অমরোমগী রজনী মপুদাংদা খাও অমা য়াল্লহুনা চঙকই]— ইয়ে, য়োদিং য়েরকয়েদনা! করিগীনো অস্থুক কুইরকইবদি ?

রজনী :— [পর ওক্লা] অস্থুক থুনা লাকইবা ঐবো! [নোকক্কেং তৌনা করেম্মবা মওংদা] কয়াম কুইরগেনে মাই'পাবুংনা লেং-বীরকপবো ?

বিজয় :— [নোকক্কেং তৌনা] নং হেক চংখিবগা ঐস্থ অদুম য়োরক্ল-বনি :— করি ওাবু লৈরক্কে রজনী ?

রজনী :— ঙসি হ'ন্দুম ফমা চৎরুয়ে ঐমা কৈথেল হেক য়োবগা ভাষোম্ব অমনা মপোৎ থারবগা চপ হেক চাইয়ে। মঙোম্দগী শরেং অম লৈরক্লবনি—

বিজয় :— মমলদি কয়া পী ?

রজনী :— লুপা কুন্থ্রাদনি পীরিব'। ওস্থোক্ত হোংনা ফংঙকথে ....

বিজয় :— [পাংঙ্গ লেংযননা] লুপ বুন্থ্রা। শোংমতা ঙাক্তোন চয়া অমতং চাসি হায়বদা পৈশা পাম্মুই হায়ত্বনা য়াদবা নত্তাক্লা ঙসিদি ... ....

রজনী :— [মোমোন নোক্তুনা] মত্রবুদি মতাঙ-মতাঙগীনি। ইচানা পুরীক্ষা ঙম্মগবু পৈশা পাম্মুই হায়ত্রে' ?

বিজয় :— [নোকফেৎ তেনা] ঐমা ঙরাং হংবদদি নম্বা পৈশা অম-ফাও লৈতে হায়বদায় অতুগা ঙ'সন লুপা বুন্থ্রা...

রজনী :— জুরাংগী থুৎপায়শেল ওইনমবা পৈশা'বু ঐনা ক'রগী পুথোকচরুনি ?

বিজয় ;— [হান্নগী মতে ঙম নোকফেৎ তৌনা] মং'স'দি ওস্থোক্লা পঙ-ঙ্ডিদকো রজনী। করিগীনো নংনা জুরাগবু অস্রক ভাথি-রিবাসবো ! ঐগী'দ কারবারনি, মসিনা ঐগী পুন্সিগী জীবিকা ওইরিবনি .... ....

রজনী ;— [থর শাওনিংবা মওংদা] জুরায়না কারবার ওইর'দি চ'ঙ-থৎলনি। মোংমদি শোয়দে য়ুম-হিজোন ঙমমক বন্ধান চৎথিবা .... ...

বিজয় ঃ— [ চীং লেম্মা ] নংনদি খঙ্‌ঙ্গ্রিবা রজনী ! মীওইবগী পুন্সিসি জুগ্রারনিমে। মাঙবা-তোঙবা হায়বড়দি লাইবক্কী খেলনি।

রজনীঃ— [ খর ঙক্লা ] মীওইবগী পুন্সিবু জুব্রারনি হায়বা ?

বিজয়ঃ— করিগী নত্তুমি ! মাঙবা তোঙবগী অকমবা লানকমদা মানা-মান ওম্বা শেল পোম্বা তোঙরিবাসিবু জুব্রার নত্তে হায়গেরো ?

রজনীঃ— [ য়ানিংদবা মওং উত্তুনা ] লুপা শিশিং কয়া কয়া থ'দগ্গনা করবার তোরিবা মীওইশিংসিস্ত জুব্রারব্রালা ওইবতারেনে·

বিজয়ঃ— করিগী ওইদনি ! শেন্দোং হেঁম তানগে, ইনাকখুনগে হায়না শক্লিবা মীওইশিংদুগী রাখলদ্রমক জুব্রারনি !

রজনীঃ— [ তোকম খঙদবা মওংদা ] ঐখোয়গুম্বনা ভাংনবা ওম্বগী ইতৌক ইপা লৈজদে ! [ শাওরুননা কেং হাইত্তনা ইমুংদা চংথি ]

বিজয়ঃ— [ রজনীগী মতৌদু মুন্না য়েংলগা মতোমদা খোঞ্জেল পোক্না থিক-থিক নোকই ] অচুম্বদবু কনানা য়েংপ ঙমগদগে— ! [ ইমুংলোমদা ওন-শিন্দুনা ] হায়, রজনী ! চাক্ত, খর থুনা থোংনবা তোমে। ঐদি ওরাং মুমিদাংদগী ব্রত'নদো———

রজনীঃ— [ ইমুংদগী ] হোয়-হোয়, শোয়দনবা তেংজনি।

বিজয়ঃ— [ মপাংল্লোমদা ওন্দনা মতোমদা ] অঙাংশিংদুবু কয়াম কুইরক্ক-দেরিবনো। মখোয়স্ত খর ঙম লাক্লবদি ফংলিদকো।····

[ থাওহু থনম্বগা রজনী ইমুংদগী অমুক থোরকই ]

রজনীঃ— অঙাংশিংবু লাক্লবরো ?

বিজয়ঃ— [ খঙশিন্নদবা মওংদা ] অঙাংশিং হায়বদি ?

রজনীঃ— ঐখোয়' নিপামচাগী মমাময়শিংহুবো—

বিজয়ঃ— সুরেশকা রনজিৎকদি ওসায়দগী ঐগা য়ারী শান্নবা লৈরম্মীবনি।

রজনীঃ— অদুগা হৌজিক্কা কদায়দা থাদোকখ্রবা ?

বিজয়ঃ— কদায়দা ওইনি, কৈথেলদানিদনা—

রজনীঃ— [ থর ওক্না ] কৈথেলদদি কৈদোবা ?

বিজয়ঃ— [ নাপলগা লোয়ননা ] হয়েং কলেজ কাবদা শেৎননবা শ্যামগী মফি ময়োল লৈবা চৎথিব্বা—

রজনীঃ— [ থর ওক্না ] মফি-ময়ে'ল লৈবা চৎথিবা ? কদ য়দগী পৈশানা লৈরকদৌরিবা মখোয়দে ?

বিজয়ঃ— [ লোকখেৎ তৌনা ] য়ুমসিগী য়ুম্বুরেল ঐ লৈরিবৈদগো পৈশা য়াৎপি হায়বরো ? ঐতোন্দগী লুপা চহুম লেংহুনা চৎথ্রবনে.............

রজনীঃ— [ পাখৎপগা লোয়নবা ] লুপা চহুম ! অদুক য়াম্বা শেলহুদি কদায়দগী ?

বিজয়ঃ— [ নাপলগা লোয়ননা ] 'সি'নিদো রজনী ! নোংমত্তা দাউ য়াবদা লুপা চহুমসিদি কয়িহু লৈতে হায়বা। নখোয়না চহি অমা চংনা তানবা কংদবা শেলদো ঐখোয়দি অহিং অমত্তা হেক্তা কংবনিনে...... ....

রজনীঃ— লুপা চহুম্ অত্তাংহুদা হেক্তা পীথোকপদি চুমদেদনা !

বিজয়ঃ— হৌজিক্কী মতমদা লুপ' চহুম্, শেলদো ? নখোয়নদি য়ুমদগী মপাব থোক্তবগী হৌনবা মতমগী শাক্তংদি

থওজিবা! লুপা চহুমদুদি অুট অমগী মমলতনিনে রজনী.........

রজনীঃ— লুপা চহুম্‌ কিন্দা—

বিজয়ঃ— মথানবশিংনা অুট তৌরগা বিজয় ঐনা পোকপা ইচাথদি করিগী শেন্তনি। 'সিদা নত্তে, পরীক্ষাবু মথং-মথং পাস তৌরক্লবদি লুপা লিশিং লিশিংনি থরচ তৌগদৌরিবা!

রজনীঃ— [হানিংদবা মওংদা] অরেম্বদা অদুক য়াম্বা শেল থরচ তৌশোক্লনা অঙাংসি মাঙহনগে শীন্নবনিনে।

বিজয়ঃ— [থর শ ওনিংবা মওংদা] সিবু অঙাং মাঙননবা শীববা তাবরা! অঙাংগী মকি মরে নখোনবগ অঙাং মাঙহন্নবনি হায়রবদি কনা লুবেত য় রজনী নংগা-ঐগা ভিন্নগদবসে———

রজনীঃ— কদায়দগী ভিন্নবা য়ার'দগে ঐগদি মত অদুক খেন্নমদবো। লৈকাই কাওবনা হাংনরবনি—'অঙাং য়েংশিন্দে, অঙাং মাঙহন্নবনি' হায়রা।

বিজয়ঃ— [শাওনা] কবি, লৈকাইনা কবি মথৌ লৈদ্রবা। ঐঙী ইয়ুং-মনুংগী শাসনবু মথোয়না থওতি হায়রে?

রজনীঃ— [শোন্থাংননা] ঐনা থর কনা য়ে শিক্ষকদগী শ্যামা পরীক্ষা তমীবা নংত্রো? নংনমত্রবদি নহাক্না লৈকাই বাথোক ওইরগদবনি—

বিজয়ঃ— [করেম্বা মওংদা] হোয়নে,নংনদা য়েংশিন্নবনিনে। ঐহাক মাওদে হায়রবা...........

রজনীঃ— [খর শাওনা] নোংমতবু য়ুমদা কৈদুনা অঙাংশিংবু ৱায়ক য়াতেম্বিবা তৌগে ? নোং হেক ঙামবদগী সুমিৎ তাবকাওবা জুৱার মকমদা ! অদুদগী পেন্নক্তুনা জুৱ র মক্ষমদা নোংঙানবা কয়া য়াওরে।..........ঐনা খর খর ৱারকচবগী মপাম্না পরীক্ষা তম্মীবনি।

বিজয়ঃ— [নে ক্কৎ তৌনা] কৈগুমশঙদা লৈবা নন্দীশ্ব নত্তুনা ঐনা মখোয়বু মতম চুপপদা শেন্দুনদা লৈগদ্রে ? — ঐস্ব শেল তান্নিদনা মখোয়গী খরচ পুবা ঙম্বা !

রজনীঃ— মমা মপানা য়েংশিন্নবা মচাহুদি চুক্রি য়াওদ্রবা শগোল-গুম মানা-মানা চৎনিংবা মায়কৈদা চৎখিবা হায়বশি শোয়দবনি ।

বিজয়ঃ— [চীং লেম্না] মানা-মানা অপাম্বা লম্বীদা চৎতনগদবনি। চুক্রি য়াওরবা শগোলত্তুদি মশাগী শক্তি মাঙলবনি থঙঙ, রজনী ! চৎমিংবা মায়কৈদা চৎচগদবত্তু চুক্রিনা য়াহিল্লংগী মতৌগুম কাজিন্দুনা থম্মবনি ।

রজনীঃ— [শাওনা] হোয়নে হোয়নে, চুক্রি য়াওদবা শগেলগুম মানা তৌনিংবদা তৌহনবদগী মুপামচা অহলসি হেংজিক্তি মপুং কানা মাঙজেদো..........[মপুক্কিং নুংশিনা] মমান্নবনা বি, এ; এম, এ ; তম্নেৱে অদুগা মানা ময়েক ফওবা থঙ-দবমথৈ..........

বিজয়ঃ— কদায়দগী শেন্দা থোক্লদগে মাবুদি ? মপোকী ওইনা

পঙচুনা লাক্লবা মহাকপু করম্না শেম্বা থোক্লদৌরিবনো ?

রজনী :— পঙন্তি হায়দুনা হন্নকাও য়েংবীদ্রবদি হান্না খর পঙবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না পঙশিনবা মসিম্নি — — —

বিজয় :— কান্নদে রজনী, রায়েম ঙাংচুনা মতম মাঙহনবা হৌনদে। চাক্তূম পরপ-পরপ থোংদোকউরো। অঙাংশিংস্ম য়ৌ-রকপা মতম ওইরে ... [ রজনী মথরাই কয়া নু'ঙাইতনা ইমু'দা চঙখি ] — — নুপী মানম ঐঙোন্দা রারকপ'শারি ; ইমান্নবমা লাকচবা য়াদ্রবা বিজয় ঐঙোন্দবো [ থোঙকম অম অনি থাংলচুনা ] ঐনা মী ওইরকপবু কনাগী মতেং য়াওরকপগে, থুবাক মরিদগী হৌরকপা নংদ্রো ? ইশানা হৈজ শিংজবগী মপাম্ন ঙসি — - —

[ মতমসিমক্তদা মধু মপাগ মদগী ফি'না চঙলকই। চতি কুনমুক শুরবা পাথংনি। শ্যামগী মথান্বনি, হেক যে থবা পম্দা শুদ'নবা মীওই মান্নি ]

মধু :— [ ফি'না ] পাবুং-পাবু'. ঐথোয়গী শ্যাম্দি ?

বিজয়:— [ ইতপ তপ্না ] করিমে নে নংনা প্রপ-প্রপ কাক্লগা অম্নক ফিংবিররি'সিবো ? শ্যামদি কৈথেলদা চংখিনে —

মধু:— কৈথেলদাদি কৈদোবা চংখিব্রা ?

বিজয় :— ঐঙোন্দগী লুপা চহুম লৌচুনা সুটকী কি লৈবা চংখি-রনিনে —

মধু :— [ মপুক্কিং হুংশিনা ] ঐনা থেংঙউপ অমতা লৈবিয় হায়বদি য়াদ্রগা মচানুপা শুন্দা'সিনবু হায়রবাদ লুপ চহুম হেক্তা পিথোকখিবনিনে !

বিজয় :—হায় অপঙবো ! মংগা মাগদি কদায়গী চাংদম্নবা য়াগদগে। মীদি গুন্দা ওইরবস্থ মাগী মথোদি অদুম্মক পাঙ-থোকচরিদন !

মধু :— ঐবু'দি পণ্ডি'ত হায়দুনা লাই'রক কা'ওবা তমহন্দবা অদুগা মচানুপা গুন্দা'সনা তৌরি'মথৈদি কৈ মহায়বা — [ শাওনা ] পরীক্ষা ফেল ওইবগীস্থ লুপা চহুম হেক্তা মপীবা !

বিজয় :— [ ক'না ] করি হায়বা মধু ? কনানা হায়রিবা শ্যাম, পরীক্ষা ফেল ওইরে হায়বদি ?

মধু :— [ শাওনা ] পাবুং ! খবরদা ময়েক শেংনা য়ু ওরবনে পরীক্ষাগী ফলদি —

[ খোঙগাওগী নুঙ্গিংখাওদগী যাম্না পীক্কা থূপচিল্লবা খবর অমা লৌথোরক্তূনা মপাবু' বিজযদা পী ]

বিজয় :— [ খবরড় ফাক্তোক্তূনা ] হোয়নে, য়াম্না ময়েক শেংনা য়াওরবনিনে শ্যামগী রোল নম্বর ১৯৭০ দো—

মধু :— [ থর ঙকনা ] ঐখোয়' শ্যামগী রোল নম্বরবু ১৯৭০ ! কনানা হায়রিবা ?— মাগীদি ১৮৬৫ নি !

বিজয় :— [ পাখংনা ] হায়, মাগী রোল নম্বরবু ১৮৬৫ রনে ? [ আনোক থূনা হাপচিন্দূনা খবরদা মুন্না যেংই ] —ইহে, য়াওদ্রেদনা 'সিদি ! ১৮৬৫ দি কদায়দগী য়াওরগদগে খবরসিদদি .... .... [ তত্ত্ব'বা মও'দা লৈ ]

মধু :— [ শাওনা ] হোয়নে, হৌজিক্তি পেল্লরিনি !— ঐনা হায়বদি

অমক্তা য়াবীদবা, নচাম্নুপা গুন্দাহুবুদা মথাজবা! —
[ বিজয়দা থাদা যেংলগা ] মাগী মমান্নবা ছুয়ানবশিংহুম্ন মমুমদগী
সনা ছুর'ল্লগা মাঙখে হায়দুনা কোয়থি থিনহৌরিবনি ...

বিজয় :— [ য়াম্না পাথ্বনা ] মাগী মমান্নবা কায়বদি?

মধু :— রনজিৎকা সুরেশকা ওরাং মুংথিলদগী হনজিল্লক্তে, অমনা মৈতেমগী অংনা মচন্নুপীগী সনা মোহর অহুম-অহুম ছুরাল্লগা মাঙপ্রে হায়দুনা কোয়থি-থিনহৌরিবনি।

বিজয় :— [ শকতম চেংদুনা ] মথোয়দি সনা মোহর অহুম-অহুমদুনা কৈদৌদৌরিবা?

মধু :— কৈদোনি! পরীক্ষা ফেল ওইবগী মুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা লংফৈ চেনগদৌরিবনিদনা— [ শাওনা ] নচাম্নুপা গুন্দাহুপদা যাওরম্মবদি হেক পেনগদৌবা!

বিজয় :— [ শাওনা ] তুমিন লৈয়ু বুদ্ধু, মাথানা মথা শাবনে নমাইহু তেঞ্জনিকো?

মধু :— ঐনবু ঙাংঙবদি অসি মঙাইরে ... [ শাওনা শাওনা ইমুংদা চঙথি ]

বিজয় :— [ মতোমদা ] ইস! লাকচৈদা ঐবু অপঙবা শীরম্বা! —পরীক্ষা ফেল ওইরগা ঙম্মে হায়জিন্দুনা লুপা চহুম্নু থুদক্তা লৌথিব। ঐনা অহিং তুমদনা ব্রাইও কয়ারক তৌদুনা তাল্লকপা লুপা চহুম্নু শ্যাম, সুরেশ, রনজিৎ অহুমগী ব্রাইও শো অমুক্তা পুন্নপা থোকখ্রবা। ইস. লাকচৈদা! — ... .... [ নুংশা স্বর শাংনা চিংথরগা ]

ঐগী পুন্সিদা হন্দকীসিনা ইহানহামবনি কল ভাদবা অহ ॥

[ মখুৎ নাম্বনা মকোক পায়রদুনা লৈমায়থক্তা কমথখি]

—পর্দা তপ্না-তপ্না হাইজিনখি—

## লীলাগী মীশকশিং

নিপা

১। রনজিৎ—লাইরিক লাইশু হৈরবা পাখং অমা
২। বীরেন—রনজিৎকী ময়াম্বা
৩। শরত—রনজিৎকী ময়াম্বা য়াইমা
৪। রাবৈ—রনজিৎকী মরুপ
৫। চাওবা—অহল অমা
৬। রোমিও—লাইরিক লাইশু হৈরবা চাংগী পাখং অমা

নুপী

১। তোম্বী—রনজিৎকী মমা
২। জুলিয়া—চাংগী লৈশাবী অমা

# সিরোই লিলী

[যুম্ন পাক চাওরবা মাঙ্গোলনি। মেখ্রাও অমা, মহুগী নাক য়েং মিজং থোংঙ তনি হাংলি। পোত্তুক খুদুম মথাক্তা কাদা লে। ফাংদা ভারতকী মমিং চংলবা নেতা কয়গী তসবীর থোংখাল। মফম চান চানা ফক, মোরা চাকন চংবা থমখা থুদুনা থম্মি। সন্ধ্যা য়রবা মতম্মি। মাঙ্গোল ইমন মম্মা চহি। কন অমা মীশক অমা চোকিদা ফম্মদুনা মখুং নাম্মন মংবা নেংলদুনা লৈবগী মওং তমা শকাপুনা ডহ। চমুংদা নুপীগ থেকেলন্দা নত্তেবগী মওং মদু তওনা তায়। — — — থংহোদনা লাকপ মচংং অমনা মঙ্গোলদু পুমথান চানি। লোয়নবা মফমদুগী দৃশ্য খুদিংমক নিংথিনা উবা ফংতে বীরেন চাকদগী তেগথুনা মখুং তুংপুন্নবা মাঙ্গোলদা হঙং হন্দ চংলি।]

**বীরেন:—** [চপ লেপ্তুনা, মমাং থজিত্তুং হাইগংদগা] সিরোই লিলী! অরাংবা চীংদোন্দা শাংপা শিরোই লিলী — .... —

[হাংরগুম্বা অমুক হঙং হন্দা চংলি। মতমনিমক্তদা শরত ইমুংদগী থোরক্লুনা মাঙ্গোলন্দা ফম্মে। বীরেন, শরতা হ ইরপ য়েংলগা] — ডাক্তরনা করি হায়রম্বা ?

**শরত:—** [ইত্তে হৈনিংদবা মওংদা] করিস্ত থেইদোকপা তোরোই হায়রম্মী।

**বীরেন:—** হিদাক-লাংথকী ব্রাদি — ?

**শরত:—** অকনবা হিদাক থাদ্র'স্থ ভিতাগিনগুম্বা থর পীজদুনা মশা কনখৎহল্লগা অদুম কখিনি হায়দুনা হিদাক থরা ইরম্মী।

বীরেন্নঃ— হোয়নে, ঐস্থ থল্লম্মি'নি। অকনবা লায়নদি নত্তে ———। [ অশাওবা শকফমদা ] মাগী চিঠিন্থননি ঙন্ন-মকসে—! ডাক্তরনা ইরম্বা হিদাকশিংত্থদি লৈরুরব্রা ?

শরত:— ঐদি ঙসায়দগী থাদোকপা য়াদত্রনা লৈরবনি। কনানা চঞ্জনা লৈরুনি s

বীরেন:— অড়দি কদায়, ডাক্তরনা ইরম্বা চেত্থ পিয়্থ ঐ লৈরুগে—

শরতঃ-- [থর শাওনি'বা মওংদা] চংত্রস্থ য়ারনি। ঙাইহাক ওইরে রাবৈ চংখিবা—

বীরেনঃ— [ চোকিদা অমুক ফমথরদুনা ] ইহে, রাবৈমা চৎখ্রবোইরে ?

শরত: — ইমানা নারিরৈঙ মপুংসিদি তাচৌস্থ চৎথোক্তবনা কবনি। হিদাক লৈ-থাকলৈশিনগী মী কাওবা নেক্লবসিদি—

বীরেন:— ঐস্থ খঙ'ঙনে। ঙসয় অম্মুত্তগী লৈরিবা নংত্রো ঐবো ? হৌজিক ঙাইহাক্তনি, পুং অনিবু ফারম-থিরোই ঐনা চৎথোকউবা — কারবারগী অরুবা রাফম থর খল্লদবা য়াদত্থন দেবেনবাবু উন্নরুবনি।

শরতঃ— ইমাগী অনাবদগী কারবরনা হেন্না লুরবা !

বীরেনঃ— [থর শাওনিংবা মওংদা শরততা মুন্না য়েংলগা ] করিনো নংনা ঙাং-ঙি'সবো ? ঐনা ঙাইহাক্তং চৎথোকউবদা কয়াম কায়রগে ?

শরত :— [মমায় থজিক্তং লুকথরদুনা] কাযবা কায়দবগী রাদি অচৌনা হেন্না ভাব তা'ববিনি। ঙসিবু রাবৈ লাক্রমত্ত্রবদি হিদাক লৈত্রেনে। ঐ হায়রা অনাবা থাদোক্তুন করম চৎকনি—

বীরেনঃ— অদুবু ঐহ্গু মতম চানা লাকইদনা ?

শরত :— হিদাক পীজবগী মতমদি য়োরবনি অদুগা অচৌনা হল্লকপদি হৌজিক্তমক মঙায়রি—

বীরেনঃ— অরুবা ৱাকম অমগী চত্তবা য়াদদুনা চৎলুরে। করিগীনো নংনা অমুক খোইথালিনখা থানা ভাংলিববো [শরত্তা মখিৎ থানা য়েংই]

শরতঃ— [শোয়াংননা] অরুবা ৱাকমদি অচৌগীদা নত্তে ঐগীসু কোকখোং'মা লৈরিবনি।—ভসি পুংখিল পুঃ মরিদা মিটিং লৈবদু ইমা থাদোকপা য়দদুনা চৎত্রবনি।

বীরেনঃ— নংগী মিটিংদুনদি ঐগী থবকসিদগীদি হেন্না লুদেদনা মিটাংদুদি নহাক য়াওত্রবসু য়াই। ঐগী ৱাকমসিদি ইশা হেক য়াওহৌদবদা থবক থুদিংমক লেপকদৌরিবনি !

শরতঃ— তচৌনা কারবারসু লুনা থনবগুম ঐহ্গু ঐগী মিটাংবু লুনা থম্লিব'ন !

বীরেনঃ— [শাওনা] ঐনা ভাইহাক্তুং চৎখোকউব'সিদা ঐবু অরানবা শীগদ'গী হোৎনরবনিনে। [কপ্পবদগী হৌগত্তুনা] খোংচকম অমা চনি থা'লগা] নং'মা লৈহৌই হায়বগী চৎখোকউবনি, ঐবু অঙাওবরো ? অনাববু মতোমদা হন্দোক্তুনা থমগদ্রে।— — —! হৌজিকসু নংনা ৱারে, ভম্মরোই হায়রবসু হেক্তা চৎখো। ঐ করি' মতা থিংদে, ইমাগী ভৌকম খোকপা সেবা ঐনা ভৌনি – – –

শরতঃ— [কপ্না থোশাদনা] ঐদি কল্লি' চৎলুমি। ঙসায়ুদগী অনাব' সেবা তৌদুনা লৈরিবা, মিটাংকাওবা চৎত্রবা হৌজিকপু — — —

বীরেনঃ— [শাওনা] ইস! নংগী ব্রাসিদি ঐবু ইকায়বা পিবনি ঙাইতাক্তুং চৎথোকউবদা ঐবু মমা নিংদবা, থেশাদবা ঙাহন্না হোৎনবা—[মথক্রাই নুংঙাইতবা মওংদা মম'য় লুকথত্তনা লে]

[মপ থোমদগী চাওবা চঙলকই। চহি ত্রুক্নুগী মথক ওইরবা মীওইনি। বীরেন অমসুং শরত ব্রা ঙাংনবা তোক্তুনা তুমিন তুমিন লুকথতুনা লেপ্লি]

চাওবাঃ— [থর চিংনবা মওংদা] কৈদৌরগে, ইবুংঙো নখোয়না অসুক লুকথনা লৈরম্মি'সিবো? অমাবু ফমদৌরগে. শান্তিক্তে কাওবা কৎত্রিবরা নগাদুবো?

শরতঃ — [মমায় থজিক্তুং হাইপত্তনা] করিসু থোইদোকপদি কৌদ্রে থুরা!

[বীরেন মনাক্তগী মোরাহু লৌহুনা থাই। চাওবা মোরাদা যম্মী]

চাওবাঃ— ডাক্তরদি ঙসিগী য়েৌরক্লম'দ্রবরা?

শরতঃ— য়েৌরক্লম্মে, চৎখিবা পংকুই কুইথিদ্রি –

চাওবাঃ— করি করি হায়রম্মী, ডাক্তরন'দ?

বীরেনঃ— পংকল-কমবা লায়না নঙোদা থুরা? করিসু থোইদোকপা তৌররোই হায়রম্মী।

চাওবাঃ— ঐদি নহানগী মতৌদুদদি শিদ-শিরগদবোই নি লুরে; [অবাবা শকফমদা] মশাদু লেকথখিবদগী ব্রা মচেৎ অম-কাওবা ঙাংদনা কয়াম কুইনা লৈখ্রে!

শরত :— ঐখোয়না মতম চানা ডাক্তর কৌহৌবগী কবনি। নৎ-লমত্রবদি—

চাওবা:— চুম্মী ইবুংঙো, ময়াম পুল্লিঙৈদা থোকপগী কবনি, নৎলমদদুনা মী পোং লৈতনা মতম তাইরবদি শোয়বু শে য়য়মগনি!

বীরেন:— খুরা! মসিনিদো মচানুপা ময়াম পোকচবগী নুংঙাইবা হায়বদো! —মসিদগী হেনবা কয়া-কয়াসু থোরক-খিগদবনি!

চাওবা:— [শর পাখৎনা] করি অহেনবা অমুক থোরক্কদৌরিবা?

শরত:— [অশাওবা শকফমদা] মসিনি হৌগৎলকপদা ঙায়রিবনি খুরা!

বীরেন:— [চাওবদা ওনশিন্দুনা] ঐখোয়গী ইমুংসি কৈদৌসু দমু ময়া ওপনা শানবা হায়বতু য়াররোইদগনি—

চাওবা:— [অমুকা হেন্না পাখৎনা] করিগীনো ইবুংঙো অতুদি?

বীরেন:— [মপরাই নুংঙাইতনা] ইমুংসিদা লৈরিবা মীশিংসে ঐগা মত অমত্তা তিম্নদ্রে!—ময়াম্বনি হায়বগী ব্যবহারসু থমদবা, মানা-মানা নিংবদা মতৌবা।

চাওবা— [থেমজিবা মওংদা] ইবুংঙো থোইনা য়ারোক্রসু—। হৌজিক্কি লম হেনবা, অহল-লম্মন্না হায়বা ইন্দবা মহাক্কি মশানা তৌজবা কর্ম্ম মশানা চাজয়নি, য়ুম অসিদা মশক উৎলবা ঙম্মরোই!

বীরেন:— [শর শাওনা] মহাক্কা নত্তে খুরা! ইমুংসিদা লম হেল্লিবসে লোয়নমক্কি, ঙম্মক ঐনা হায়রবমতা ইত্ত্রবনি।

শরত: — [শোন্থাংননা] তাচৌনা অচুম্বা লম্বীদা লবক্কীংবীরদি ঐখোয় ঙম্মক হরাও হরাওনা ইমগদবা—

বীরেন: — [শাওনা] অচুম্বা লম্বী !—পুন্সি'স নুংঙাইগে, য়াইকগে ঙামবা ঙাক্লি। মহুগীদমক শেল ঙানসি হায়রবু অয়ানব লম্বী ওওরবা। কারবার তৌবদো অয়ানবা থওক্লি হাংনা খল্লবদি পুন্সগী অচুম্বা লম্বী'সিবু করিনো ?

শরত:— অচুম্বা লম্বেলদা ঙানব শেল ওইরবদি কবা। মহুদি নত্তনা—লায়রবা, অপংবা প্রজাশিংদা নমথাক তৌবা !

[অশাওবা শকফদা লুকথহুনা লৈ]

বীরেন:— লানকমগী মশক ওইরবা মীওইবগী পুন্সিদা মানা-মানা ঙম্বা পাখে শিক্তিরব হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি !

শরত:— অদুমক ওইদুনম্ম লায়রবা অপঙবা প্রজাশিংদা নমথাক তৌবদি ঐদি কৈদে নুংদম্ম ঙম্মোই—

বীরেন:— [করেম্নবা মওংদা] ওইদবা কয়ানা থল্লবা নংগী রাজনীতিগী মোৎলব শিনকম অদুদদি ফরিনি !

[চাওবা পাখৎপা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা বীরেন অমদি শরতপু মুন্না যেংই]

শরত: — [ইচং থৌনা] মশাগা ওইজবা খাদোক্তুনা লৈবাক্কা অমদি সমাজগী সেবা তৌরগে হায়না চোংথোরক্লিবা রাজ-নীতিগী মীওইশিংবু.......... [য়া মথা তাদনা মচুবা পৈথোক্তুনা লৈ]

বীরেন: — মখোয়শিং অহুগী মিংচত্তি ঙাসফাওবদা লেঙদনা লৈরি। [শাওনা] অদুগুম্বদু নত্তবা, রাজনীতিগী মমিংদা ওইদবা কয়া ঙাংবা, অপংবা প্রজাশিংবু নমথাকী লাং থাক্তুনা

মাঙ-তাক্লবগী লম্বীদা থুহল্লিবা নখোয়সিনি লৈবাক্কী
য়েক্লবা ....... . [নখুৎ তুংবুম্লনা হঙৎ-হন্দা চৎলি]

চাওবাঃ— [পাখৎনা] ইবুংঙো ওকয়ে তোকওনে। অনাবগী সেবা তৌগেদি হায়দগুনা খৎননবগী মচাক শিদুন' লৈরে নখোয়দি—

শরতঃ— [চীং লেম্না] শুাস ফাওবদা ঐখোয়না কনাগুম্বা প্রজা অমত্তবু নমথ'ক তোদুনা অরানবা লম্বীদা পু·নবা হোৎনখিদ্রি। মদুদি তাচৌহোয়গুম্বা ফৎত্রবা শেঙ্গাও পায়বা, কারবারব্রালাশিংগী ওইদবা প্রচারনি—

বীরেনঃ— [শাওনা] ক'রগী .ন নখ'য়না ঐখোয় কারবারব্র লাশিংবু অমুক কল্লকইংগো— নখোয়মু হোৎমোনা! খবক্তি শুবিংদবা, মীগী মুংঙাইবা উরগা কল্লকপা মখোয়নমু কারবারব্রালাশিংবু নিন্দা তৌরা শারি— — —

শরত ঃ— লায়রবা লৌমীদগী করি থবক শুবা হেন্দুনা কারবার-ব্রালাশিংনা—[শাওনা] চুম্মী লায়রবা লৌম দি হরানবগী পারা তম্মক্তে অদুনা কৈদৌমুংদসু মুংঙাইবা য়ারোই।

বীরেনঃ— কান্নদে শ ত। মীগী শাজৎ কৈ·ফগু মৈনদুনা পুন্সি লেনগদবগী শরুক, নশাগী মরোশিং নপাজল শিজিনদুনা মী ওইনবা গোৎনে', মদুনা কৈ। [শাওনা] নোংমতমু ইযুংগী কান্নবনি হায়গনা করিগুম্বা অমত্তা তৌখে'রক্কবা নহাক্ল', লৈবাক্কী করিনো চাওখৎপা পুরক্কদবসি— ?

পীকপ্লবা ইমুং অমবু নিংথিন শাসন তৌবা ঙমদবা নহাক্লা, লৈবাক্কী অচৌবা ওইদুনা করি কাল্লরক্লনি . — ?

শরত:— [য়ায়া চীং লেম্মা] রাজনীতিদা ইশাগী ওইজবা থাদোকপগী পাল্লা অমা চাওনা য়াওরি হায়বসি মশাগী ওইজবা থিবা তাচৌহোয়নদি থঙহম থোক্কে।

বীরেন:— [উশিত্তবা খুনোক অমগা লোয়ননা] উম তৌনে-তৌনে, চাকথুমদা মিরাং থুরগা লৈবাক্কী সেবা কয়াম কুইনা তৌবা ঙম্বগে য়েংশি — — — লায়রবা মীওনী হুরানবনি হায়বসি মতমদুদা খঙলকনি।

চাওবা:— [থাম্মহুনা] কৈদোগে ইবুংঙো নখোয়বু তোক্লরোনে, মসিদগী মথা ভাথমরবদি নখোয়বু কনররোইনে —

শরত:— [শাওনা] মশাগী ওইজবদা থিরবা, লৈবাক্কী অরা-অমা মশক খঙদবা তাচৌহোয়গুম্বা কারবাররাশাশিংসিনি ঐখোয়গী য়েরুবা।

চাওবা:— [শাওনা] করে ইবুংঙো, খুরান্না হায়বা য়াদ্রবনিনা — খুরান্নু চৎলগে। হৌজিকপু খৎন-চৈন থোক্লদি ঐ শাক্কি ওইবগী কাবা শোয়দে — — —[শাওনা মপালোমদা থোকে তৌই]

বীরেন:— [চাওববু থাম্মহুনা] করিন্নু তৌরোইদা খুরা। 'সিবু করি খৎননিংঙায় লৈবগে। [ঙসায়মখৈ শাওরম্বহু তোক্ক্‌না নোককৎ তৌনা চাওবগী মমাঙদা লেপ্তুনা লৈ]

চাওবা:— [চপ লেপ্তুনা] হোয়নে অদুম তপথোদনা — মুনিৎচুপ্পগী

মরৈদা য়েংনদুনা খংনমবগী মরম খিবন্দি মী ওইবা
য়ারোই — — [ চংশিন্দুনা মাগী কমকমদা অমুক কপ্পী ]

শরত :— [ নোকক্নৈং তৌনা ] করিগী খংনরুদগে থুরা ! মসিদগী হেন্না কয়া কয়া লাওনরিংগি ঐখোয় পার্টিগী শেন্দি, অদুবু নোংমতা খংনব লৈতে। চুম্মগী অক-ফত্তা তাম্মবগী য়াদনি —

চাওবা :— [ থম্ম পাথংনা ] অদুবু নপোয়গী অক-ফত্তী য়াদ্রদি কোম্না থম্মবা য়াইদনা। ঐ চংশ্রগা তাম্মবস্ত য়াই হায়বা!
নমগী অনাবদুম হাম্না ফনবা হোৎনবিসি - ...

বীরেন :— মদুবুদি ঐখোয়স্ত ওশায়দগী খম্মরম্মী'ন থুরা !

শরত :— [ চাওবদা ওনশিন্দুনা ] মসিদা য়াম্না লুবা য়া অমা লৈরি থুরা —

চাওবা :— [ থরা ওক্না ] কর য়ানো ইবুংঙো ?

শরত :— ডাক্তরনা য়াম্না লুনা হায়রম্বা য়ানি !

চাওবা :— করি হায়রম্বগে ডাক্তরনা ?

শরত :— অনাবসি য়াম্না থুনা ফহনগে হায়রবদি ইমাগী মথৱাই মুংতাইনবা ওন্থ্রবৈথ হোৎনগদবনি, রনজিৎপু য়াম্না থুনা কোগদবনি হায়রম্মী। মত নংত্রবদি —

বীরেন :— [ য়াম্না পাথংনা ] নংত্রবদি ... .... কৈদৌবা ?

শরত :— নংত্রবদি ইমাগী অনাবসি হেনজিনখিদুনা অমুক্তা হেন্না খুদোংথীবা য়ানা লৈ —

চাওবা :— ইস ! অমুক্তা হেন্না খুদোংথীবা !

বীরেন :— [ অশাওবা শকক্মদা [ রনজিৎপু অমুক কৌশিনবা ! মশাগী

মতীক চাবা মরাল লৈদ্রুনা ইঙ্খোকথ্রবা মহাকপু অমুক
.... ...। মদু কৈদোঙ্গুংদনু ঙক্টরোই !!

চাওবা :— চুম্মীনে ইবুংঙো! মৈতৈ সমাজগী চৎনবী নিয়ম থুগাই-
দুনা চীংগী নিংঙোল লোঁদুনা পুন্সি লেপ্লগে হায়না
খল্লা মহাকপু য়ুমসিদা করম্ব কৌশিনগনি!

বীরেন :— [শাওনা] ঐদি কৈদোঙ্গুংদসু মাবু কৌশিনবা ঙম্মোই।
ঐনা খল্লবা অশাংপূম্বা থুগাইদুনা চীংগী নিংঙোল
লৌদুনা পুন্সি লেপ্লগে হায়ন রাশকথ্রবা মহাকপু!
মহাক লাক্লিভৈগী মমাঙদা ঐ শোয়দনা য়ুমসি
থাদোক্লদা চৎখিগদবনি--

চাওবা :— [অরাবা শকক্মনা] অদুসু হেক য়ারোইনে ইবুংঙো!

বীরেন :— করিগী য়াদনি খুরা! ঐ শোয়দনা চৎখিগনি—

চাওবা :— অনাবা নমাবু হুদোক্লনা কদায়দা করম চৎকনি?

বীরেন :— [ভোকম খঙদবা মওংদা] কৈদোগবনো খুরা অমুক পুংঙাই-
তনা লৈদো শরুক। মখোয়গী মশক উরোইদবা মকম
অমদা কোক চত্তুনা লৈখ্রগা লোইরে—

চাওবা :— [শরততা ওমশিন্দুনা] নংগী না করি মত লৈবা ইবুংঙো?
ঐনা নহাক্না হায়বদুন—চেক্ষুনসু হিংলরোইদবনি।

শরত :— [ইচং থোনা] করিগী চেল্লগদগে খুরা! মসিদগী হেনবা
খুদোংজীবা কয়া থেংনদুনতা লাক্লবা ঐনা মসিদা
করিগী মায় ওঞ্জুরগদগে?

বীরেন :— [শাওনা] ঐদি রনজিৎকী মশক উবা শুকপাম পাত্রবনি

থুরা। মহাক্না হন্দক ভৌরম্মীবা নমখাকশিংসে ঐগী পুন্সিদা কাওবা য়ায়রোই। দেবেনবাবুগী মকমদা ঐহাকপু কয়াদা চীন খীবা ভাহনখ্রবা ... .... ...। ঐবু চংহাৎ হাত্তুনা থনম্মবনে। [ লুকথদুনা লৈখি ]

চাওবা :— [ শাওনা ] চুম্মী ইবুংঙো! মহাকী মরালগী হায়রুরবদি মহাক্তি য়ুমসিদা চঙহন্দবনা মতীক চারবনি—

শরত :— [ অরাবা শকক্মদা ] ইমাদি মুমিৎ চুপ্পদা রনজিৎতা শোন্দুনা লৈরিবান। মহাকপু উনরয়োহ খনবদগী মশাদা লায়রা ফাওবা পক্লবনি। ঐখোয়না শাওরিবনি হায়দুনা মহাকপু ইস্নোক্লুনা অসুম থম্মবদ হমাগী অনাবা শোয়দনা হেনজিল্লক্নি—

বীরেন : — [ শাওনা ] অদুদি ঐখোয়না মাবু অমুক কৌশিনবা তারবা। নহান্দা মঙাইরি মাঙোন্দা চিঠি পীখিবা, পুন্সিগী ওইবা ইস্নোকথ্রবনি মহাক্তি। মহাক্না শিবদা ঐখোয় চঙদবা, ঐখোয়না শিবদা মা য়াওদবা .... .... ...

চাওবা : — মতুমক্তি থম হেনগনবনি অশাওবনা মাঙওইমদুনা নখোয়না তুংদা করি থোরকগে হায়বসি খল্লহৌদ্রবনি।

শরত:— [থর চিংনবা উত্ত না] নহানগী চিঠিগী হায়রবদি ঐখোয়না ফনা কৌদ্রুনদু রনজিৎ লাকনি হায়বা থাজদ্রে!

চাওবাঃ— মদুগীদি করিমতা চিংননিংঙায় লৈতে ইবুংঙো। মপু-ক্সিংদা ফনা য়ারেবা লৈরবদু মমা নারে হায়বা পাও

ভাবদা মহাক শোয়দনা চেল্লকনি। মমাবু লুমা নিংজখ্রবা মীনি মহাক।

শরত: — অদুদি খুরা, মাবু কৌনবা হোৎনরসি ?

চাওবা:— [ভাইকাক্তুং রাখল তৌরগা] হোয়নে, লিলসু শিবা চৈশুসু তেক্কপা হায়দুনা রনজিৎপু মতম খরদং নগাগী সেবা তৌহন্দুনা অবাবসি ফনবা হোৎনসি, অদুগা নখোয়না পায়খৎনিংবা থবক কয়াসু হয়েং কোন্না তপ্পা পায়খৎপা অদুম রাই—

শরত:— [রানিংবা মওং উত্না] ঐসু মদুনা ফগদরা খল্লে খুরা! মহাকপু মতম খরদং য়ুমসিদগী হেন্দোকহন্দনা থন্নগা মাগী মপুকচেল হোঃনবা হোৎনবসু চুম্মী।—মহ কপু ঐখোয়না হায়বা ইত্রবনি হায়গুমা ইন্থোকপগদি ইতোমতগী খুরাইদা থাংজোনা য়ানজবা ভারকনি।

বীরেন:— [শাওনা] ফরিগী ভারুনি। মাগী মতীক চাব দগিনি—

শরত: — শাওবা ভাক্তনসু চৎনদেদা তাচৌ, পেমজিন্দুনসু য়েং-গদবনি। যাদ-যাদ্রগা মতীক চাবা অদুম তৌনি।

বীরেন:— [শাওনা] হৌজিকপু মশোন্দা অমুক হায়জবা?

চাওবা:— মসি নক্তনাদ ফরি উপায় লৈরি ? নংনা মাবু ফনা শাওরবসু মমাগী অনাবসিগী য়েংদুনা মাবু কৌশিনবা ভাই। অদুগীসু মথক্তা মাসু মচানি। মমাগী সেবা তৌবগী ফরি’হক লৈরোই— ? মানবু সিদা মতম খরদং লৈরবদি নমাগী অনাবসু শোয়দনা ফগনি খল্লি।

মাগী ৱাখলতনা নমাগী য়শাসি অসি য়ৌখিৱবনি

[বীরেন লূকথনা ৱাখল তৌই]

শরতঃ— কনানা খঙনি খুরা! ইমাগী মতৌসি উরগা মপুক্কি'স্থু খম্নখৈদি ওল্লকপা য়াইনা। মহাক্না খল্লিবা ৱাখলসিনস্থু হোংবিরবদি ঐ:খোয়গী ক'রি বা'নংঙায় লৈরিগে?

চাওবা;— মানবু জ্ঞান ভাবিরক্লবদি ঐখোয়না ৱারি'সি করিগী ৱ জরুদগে?

বীরেনঃ— [ভাইহাক ৱাখল তৌরগা] মতুবু ওইরক্লরনে? মতুবু ওইনি হায়র'দি কৌখোকসি খুরা কৈদোগে।

চাওবাঃ— হোয়নে ইবুংঙো! মহাকপু অচুক কৌখোক্লবা মায়কৈ মঙা-তরা অচুক য়েংখিসি।

শরত :— ওসিগী'দ মতম লৈত্রে হন্নেংমক চিঠি থাদুনা মাবু কৌখোক্লবা তৌরাসি।

[ইমুংদগী নাহেবগী থোঙ্গেল তায়। শরত ইমুংগী অমুক চঙখি। তাল্লক অসিদা মপল্লোমদগী ৱাবৈ হিদাক লিক্তি অম-অনি মপুত্তা পায়রদুনা চঙলকই]

বীরেনঃ— [হরাওনা] ইবুংঙো, নহাক য়ৌরকয়েদনা! হিদাক্তি শুনা ফংলকপরা?

ৱাবৈঃ— ডাক্তরন ইরম্বা হিদাকশিংদু শুরব'নি ত চৌ!

[ হিদাক লিত্রিশিংদু বীরেনদা লানশিল্লি ]

[ বীরেন হিদাকশিংদু পায়রদুনা ইমুংদা চঙখি ]

চাওবা ;— ইবু'ঙো ৱাবৈ, থম্মু:নে। অরুগা ৱা খর খন্নসি, — নহাকস্থু য়াওরগনিদা চান্দুন ফগা চারে ও'সিদি।

[ য়াবৈ ফিদা'মা চিংথোক্তুনা ফম্মী ]

য়াবৈ :— ফরি অরুবা য়া লৈরগে খুরা ?

চাওবা :— [ চীং লেম্মা ] ইবু'ঙো'সিনিমা. ডাক্তরনস্থ হায়রম্মী হায়রি — অনাবসি য়'ম্না থুনা ফনবা য়নজিৎপু চীংনগী কেৎতুনা মতম খরদি মমাগী সেবা তৌহনবা তাইনে ····

য়াবৈ :— [ হরাওবা মওংদা ] য়নজিৎপু কৌবা ?

চাওবা :— হোয়নে ইবু'ঙো, মতম খরদি মহাকপু কৌশিল্লুনা থমসিরা হায়না খল্লরবনি ।

য়াবৈ :— [ খর ঙক্না ] ত'চৌহোয়বু য়ারবরনে খুরা ?

চাওবা :— ইবু'ঙো মমানস্থ মতম চুপ্পদা য়নজিৎপুদা শোল্লি— অদুনা ফনা শাওনিংবা লৈদুনস্থ মনাগী অনাবা হেন-জিল্লকদরা হায়বগী কিবনা য়নজিৎপু কৌবা হায়না লেপ্পরে ।

য়াবৈ ;— চুম্মী খুরা, ইমাগী অনাবসিগী নরুদি য়নজিৎনি । ময়াম্না য়নজিৎপু ইমু'সিদা চঙহংরোই, মাবু পুসিগী ওইনা ইন্থোক্লবনিককা হায়রদুনা শাওনবদু উবদা ইমাগী অনাবা অদুম হৌখ্রবনি ;

চাওবা :— [ অরাবা শককমদা ] হোয়নে ইবুংঙো, সুমিত্তুদা লেকথখি-বদগী ঙসি ফাওবদা মশাসি ইকন-কনথংলু হায়বা য়াম্রবনি । অঙক হায় শাবনি ইবুংঙো'; মথন্নাই কদায়দগী মুংঙাইগদগেদো ! মহাকমক্না হেক পেংকচবা মচাবু পুসিগী

ওইনা ইস্পোকপা তারদ'বু করম্বা মমাগী থম্মোয়বা খাওবা ওমগদগে ? অদুগীসু মথক্তা অতোন অতাংগ ওইরে —

রাবৈ :— [ মথরাই মুংওাইত্তা ] ঐখে'য়না রা ও ংবা য়াদবগী তৌবনি খুরা। ঐদি ইমুংসিদা চংলিবসে শুকপাম পামদবনি।

চাওবা :— অং অ' নংদি করি খল্লবা ?

রাবৈ :- অদুক তাথিনা তৌগদগী শরুকপু'দি মাবু তরাম-তরাম কৌশিনবীবনা কত্তো খুরা ? পুস্নিচুন্না ইস্পোকপা তারবদি নিংব কায়বা রাখল অমদগী মাগী পুসিনু মাওথিবা য়ারিবনি।

চাওবা :— [ খর চিংনবা উত্তুনা ] অদুদা ইবুংঙো, হেক কৌশিনবনু লুরিবা। মানা চংলিবা শাজংতুদি সমাজগী চংনবী রাংমদা লৈথুবনিদো —

বাবৈ :— অদুবু খুরা, মহাকপু ইস্পোকপনদ ইমুংগী কান্নবনু ওই-রোই অদুগা মাগীসু অমাঙবা শোয়দনা ওইনি।

চাওবা :— মদু থন্দুনা নংগী শা-য়াইমনসু ইস্পোকপা পাংদ্রে। মাবু য়াম্না থুনা পাও থাদুনা কৌবা হায়না লেপ্পরবনি —

রাবৈ ;— [ খরা ওক্না ] তা য়াইমনা করি হায়বা খুরা ?

চাওবা ;— মমাগী মতৌসি উরগা মাগী রাখলসু খরমৈথ হোংলকপা য়াই অদুনা মহাকপু য়াম্না থুনা কৌশিন্দবা থাদে'সিনি —

রাবৈ :— [ হুরাওবা মওংদা ] ময়াম্না রনজিংপু কৌশিনবা তারবা !

চাওবা ;— হুয়েংমক পাও থাদুনা মাবু কৌবা হায়না লেপ্পরে।

ল্লাবৈ :— [ ইমুংলোমদা হাইকেত্তং য়েংলল্লগা ] ইমা নারে হায়বগী পাও-
সিদি য়নজিৎতি ওয়াং শোয়দনা ফংওস্মনি।

চাওবা :— [ থর ঙকা ] করম্না ? কনাদগী ফংগদৌরিবা ?

ল্লাবৈ :— [ থর তপলগা ] ময়ামদি খওহনবীমু থুরা ! ইমানা য়ামনন্দ-
ভুনা ওবাং অমুক ঐনা পাও পীখ্রবনি। ময়েকীদি
মহাক ওসি লাকফম থোকপনি অদুবু কৈদৌরবনো
হৌজক ফাওবা য়ৌরক্লি্রবসি—

চাওবা :— [ পাখৎপগা লোয়ননা ] ওয়াং অমুক পাও পীখ্রবা !

ল্লাবৈ :— [ নোকফেৎ তোনা ] দৈদৌনি থুরা ! ইমুং-মমুং শাওনভুনা
কাং-খোং চাইগদগী শরুক. ঐখোয় মপানগী মীনা
লোম্না থুপ্না য়ারিবমথৈ তায়শিন্নবা হোৎনবা কৈদনা--

চাওবা :— [ থর পাখৎনা ] মহাক্কী মুপীদুদি পুরকওইদ্রা ইবুংঙো ?

ল্লাবৈ :— মদুমক্তি হৌরোইনা থুরা !

চাওবা :— [ থর চিংনবা উত্তুনা ] মহাক্না করিগুম্বা মুপীদুগা লোয়মদুনা
হেক লাকপা থোক্লবদি ঐখোয়দি ইমু সিদা চঙদ্রেদো।
ইপা-ইপুগী চৎনবীদি কায়বা য়াদবনিমা অসুক মুংশিখ্রবা
ইচলসি কায়নবা তাবনিদো—

[ ইমুংদগী বীরেন থোরকই। মবাল্লিগী ল্লারিহু লেপ্তুনা তুমিন-তুমিন লৈনৈ ]

ল্লাবৈ :— ইমাগী অনাববু কমদৌরগে তাচৌ ?

বীরেন :— ওয়াং-নহান্নগীদি ওসিমা থর ফবোই নিংই !

চাওবা :— [ থর চিংনবা মওংদা ] করিগীনো ইবুংঙো, নংমা অদুক কুইনা
লৈক্লরিবদি ? ঐদি কৈদৌরবনো হায়না চিংমরুরবনি।

বীরেন:— [নোকক্নেৎ তৌনা] খুরাবু ! হিদাক-লাংথক পীথকপচু শরভ মথন্তা তৌবচু মুংঙাইতচুনা ঐস্থ ঙাইহাক য়াওরুরে।

চাওবা:— হোয়নে ইবুংঙো, নখোয় ময়াম চ'ডুনা নমাগী সেব' লুনা তৌনে—হৌজিক্তি ইবুংঙো শরতনা সেপা তৌ-ত্তৌরিদনা ?

বীরেন:— হোয় খুরা অনাবগী সেবা তৌবদি মানা হৈবা থরা খিৎ মগেল্লি—

চাওবা:— [মথরাই মুংঙাইতবা কোংদোক্ত না] ঐদি ইবুংঙো হন্দক নংগী নমানা ইপ থাজদনা নারকপাস ওংস্থ ক্লা থরাই মুংঙাই-খিদ্রে। মমাঙ'ঙশুম্বা ওইরবদি ঐখে য়ন' ঙাংন-শক্লবা খুদিংমকসি মাস্থ য়াওজগদবনিদো—

বীরেন:— করিবু হায়রুনি খুবা, ঐখোয়গী দি মীরোলমগ লৈজদবনে ঙচ্চোরা য়ারবনি।

রাবৈ: — থোইদোকপা ইমাগী কস্ত মুংদ'দি থো'ক্লয়োইদা ত'চৌ ! য়াম্না থুনমক করনি থল্লি—

চাওবা: — [বীরেন্দা ওনশিন্দুনা] নখোয়স্থ কশুবা হায়বচুনি ইবুংঙো। নমাগী মঙেৎ থরদং ওইনব নয়ুম-নকৈ পানগে হায়বগী রাথলসি ই-তা তৌদবনি। হায়করে নখোয়না থোকপা অমা মহায়দো—

বীরেন:— [নোকক্নেৎ তৌনা] ইশাগী কিভম চাদনা মুপী খিবা হায়ব'স হেক য়াবা নক্তে খুরা।

চাওবা:— করিগী কিভম চাদ্রিবা ? লৈকাইসিগী মমুংদা নখোয়মুক

মতৌক চাবা কনা লৈরিবগে। মমাননা লুখ্রাবীমক ওইরবসু
লৌ-শিং অঙক য়াম্বগী মপু ওইরি—

বীরেনঃ— খুরান'দ মপান্থোংগী খর য়েংবীরগা মতৌক চারে হেক্তা
মহায়বীবা। ঐনা কারগারদা মীগা মীমাম্ববা ভম্ববা
হোৎনরিবসিদি কনা'মতনা উবিদগনি—

চাওবঃ— [তৌফম খঙদবা মওংদা] খঙদ্রেনে ইবুংঙো। কয়া য়াম্না
ইন্'ক থুনগে থল্লি'নো—

বীরেনঃ— [মোমোন নোক্তুনা] খুরাবু, হৌজিক্কী মতমসিদ'দ লুপা
লাথ পায়রকাওবা মীনা মশক খঙবীদ্রবনি!

চাওবাঃ— [করেম্বা মওংদা] হোয়নে হোয়নে, নংনা করোড়পতি ওইনবা
কন্না হোৎনরি অদুগা নাকল অমরোমদনা ননাওসুপা
শরুতনা ইনাকথুনবশিংগী মায়য়োক্তা তত্তনা লাওরি—
"শেঙ্গাও পায়বা মুথৎকদবনি, লৌমীদা লৌ পীগদবনি..."

বীরেনঃ— [থর শাওনিংবা মওংদা] মদুদনি খুরা, মাগা-ঐগা মিৎকুপ
অমত্তা তিন্নবা য়াদ্রিগসে। অমা অপঙব'দুমা কংঙি
চৌংদা ওবা ওইবনি হায়না চৎখ্রগা.....—

চাওবাঃ— [তৌফম খঙদবা মওংদা] খঙদ্রেনে ইবুংঙো, নখোয় ময়ামগী
ভুরাংসিদা নমাগী অনাবা হায়বদু ওইরগনি!

বীরেনঃ— [রাবৈদা ওনশিন্দুনা] ইবুংঙো রাবৈ, নংদ তারমথিরোই—
নংগী মরুপ রনজিৎ য়ম্না থুনমক কৌবা তারে—

রাবৈঃ— মদুনা কৈদা তাচৌ! মাগী মশক উরগা ইমাগী অনাবসু
খর থুনা করকদ্রা থল্লি।

বীরেনঃ – মতুমক্তি ঐথোয়না খররম্মী'স্থ। মাগী মরালগী হায়রদি চঙশন্দবনা মতৌক চাবনি। ইমাগী অনাবসিগী যেংতুনা মাবু খরদংদদি ইমাগী সেবা তৌহনসিরা খল্লে—

রাবৈঃ — [হয়াওবা মওংদা] চুম্মী তাচৌ! ইমাগী অনাবসিদি মথরাই মুংঙাইহল্লগদা ফগদ'নি হায়না ডাক্তরনস্থ হায়রম্মী।

চাওবা:— মাগী মরালনা কোন্না খল্লবা হায়বতুনি। হৌজিক-হৌজিকমক্তি মাগী অনাবনা অরুবা হায়বতু ওইরে—

বীরেন:— অতুদি হয়েং অয়ুকসি খর ঙম্না চিঠী অমতং থ থিনবা তে'দনা ইবুংঙো রাবৈ!

[চাওবা পাখৎপা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা রাবৈদা য়েংই]

রবৈঃ — [নোকফেং তৌনা] মতুগী মরমদি তাচৌ, ননাওনা শোয়দনবা শিঙ্খগনি .... –

[মহৈ-মহৈ মুংঙাইবা মওংদা তুমিন-তুমিন লৈনৈ। মতমসিমক্তদা থঙহৌদনা মপাল্লোমদগী রনজিৎ, জুলিযাগা লোয়ননা চঙলকই। রনজিৎকী মরেংবান্দা এরার বেগ অমহু য়াল্লি। ঙাইহাক্তংগী মমাঙদা ওইরম্বা দৃশ্যচু থঙহৌদনা হোংখি। ঙম্নমক্কী মায়থোংদা অঙকপা, চিংনবা অমহুং অরাবগী ময়েক লায়বা মমি তাই। রনজিৎ তুমিন্না লেপ্তুনা লৈ মখোঙ থাংজিনবা ঙমদে। জুলিয়া ইকায়-নুংশি য়ান্ননা তুমিন্না রনজিৎকী নাকলদা লেপ্তুনা লৈ]

চাওবঃ – [পাখৎপগা লোয়ননা] করিনো রনজিৎ নংনা তৌ'রকইবা মতৌসিদে!

[রনজিৎ রা ঙাংদনা তুমিন্না লুকথহুনা লৈ। জুলিয়া পাখৎপা মিয়েং অমগা লোয়ননা রনজিৎতা মুন্না য়েংহুনা লৈ]

রাবৈ:— [খর ঙক্না] নংবু ঙাওরবর' রনজিৎ? ইম' নারে হায়না পাও চেনখ্রগা নংনা ভৌরকইখা মতৌসিদি ——

রনজিৎ:— [চীং লেম্না] ঐ ঙাওদে রাবৈ। রাখল য়াম্না ও'ল্লরবগী ভুংদা জুলিয়াগা লোয়ননা ইমাগী সেবা তৌগে হায়দুনা লাক্লবনি—

বীরেন:— [য়াম্না উশিত্তবা মওংদা ফাক-ফাক নোকই] ইমাগী সেবা তৌবা.... -

রনজিৎ:— [হান্নগী মতৌগুম চীং লেম্না] উম মাল্লি। ইম নারে হায়বগী পাও হেক ফংবগা মিংকুপ্ অমা ফাওবা পন্থদন ঐ চেল্লকইবনি—

বীরেন:— [অশাওবা শককমদা] অদুবু নহাক্কী মচেল্লক অসিদি কান্নদ্রে। থুনমক চংখিবনা নংগী য়াইকবা ওইগনি। পুন্সিগী ওইনা—

রনজিৎ:— [য়াম্না ঙকপা মিয়েং অমগা লোয়ননা] মরমদি—[ল্লা মখা তাদনা বীরেন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈ]

বীরেন:— ইমানা খ্বায়দগী পামদবা শাজৎ অদু নহাক্না চংলব'নি। ইমানা ইম্বোকপগা লোয়ননা ঐখে'য় থু'দংমকন্থ নহাকপু ইম্বোক্লবদি।

রনজিৎ:— [মপুক্কিং সুংশিনা] ইমানা ঐবু ইম্বোকপা!

চাওবা:— [চীং লেম্না] নমাতমা নত্তে, নয়াখতনা নত্তে সমাজগী চংনবী নিয়ম থুগাইদুনা ধর্ম্মগী রাংমদা চংপগীদমক ঐখোয় কনা'মতনা নংবু চঙজকম পীররোইদবনি রনজিৎ সমাজনন্থ নহাকপু ইম্বোক্লবনি—....—

রনজিৎ:— [পাখংপগা লোয়ননা] সমাজ। সমাজ। হৌজিকপু মৈতৈদা কবি সমাজ!

চাওবাঃ— নংগী অদুগুম্বা থোইচৎনবা রাখলনা কাররোই মক্কমসিদা, তুংদা কপকেতনি। জ তি, ধর্ম্ম, সমাজ থোওইদবা — ! নং জাৎ তারবনি, তিন্নবা রাত্রবনি।

রনজিৎঃ— [শাওনা] মরমদি ?

চাওবঃ— চ'রো-মৌরোনবা রাদবা, জাতি তোঙানবা-ধর্ম্ম তিংদবা চৌংগী নিংঙোল লৌবগীদমক্কা!

রনজিৎঃ— [থম্মোই শোকপা হুনোক অমগা লোযননা] চৌংগী নিংঙোল লৌ-বগীদমক........ হাঃ হাঃ হাঃ — চৌংগী নিংঙোল'দ তাইবং মী নত্রা ? তাইবং মীনা তাইবং মীবু তৃকচরবা, মুংশিনা কোনশিনবা ঙমত্রবা অদুগুম্বা সমাজদুদা মতিক চত্রবনি —তোল্লবা সমাজ ওইরবনি।

চাওবাঃ— [অশাওবা মওংদা] মৈতৈ সমাজবু মতিক চাত্রবা!

রনজিৎ:— মশনা মশাবু খ্বায়দগী চাওই হায়না থম্মরবা, অতোপ্পা মীবু চঙজকম পীবা ঙমত্রবা অদুগুম্বা সমাজদুদি এনা খোঙ্গেল রাংমা হায়রিবাসনি - মতীক চাত্রব'নি———

বীরেন:— [শাওনা] এনা হায়রিবাসনি রনজিৎ, নংমা য়ুমসিদা চঙলকে হায়রদি অহানবদা নহাক্কা লোয়নারিবী মুপী অ'সবু মহাক্কা মথুল তাম্না থিন্দোকখো।

রনজিৎঃ— [ইচং থৌনা] হৌজিক জুলিয়াবু থাদোকপা! অরাংবা চৌংদোক্নগী পুন্সিগী খোঙলোংয় ওইনা রাশকমিন্নদুনা পুরক্কবী এগী জুলিয়াবু এনা থাদোকপা।

[জুলিয়া ইকায়-মুংশি য়ান্নদা লুকথদুনা লৈপি]

চাওবা:— উম, থাদোক্লদবনি! মতুঙনা নংগী পুন্সিদা মখল ওইগদবনি—

রনজিৎ:— সুংশিরবা মরুপ-মপাং পুম্নমক থাদোকপা ভারবদু জু'লয়াগী মকমদদি ঐ কৈদৌনুংদা নমথাক তৌবা ঙম্মোই।

বীরেন:— [শাওনা] অদু ওইরবদি ভাও রনজিৎ! ঐনা হায়রি সি পুন্সিগী অরোইবা য়াহৈনি— নহাক থুমমক মকমসি থাদোক্লুনা চৎখ্রো।

রনজিৎ:— [মপুক্কি সুংশিনা] চৎপদা ভারবা। অদুদি চৎত্রিবৈগী মম ঙদা ইমাগী মকমদা চঙদুনা পুন্সিগী অরোইবা বিদায় অমুক্তদি লৌখিগে।

চাওবা:— [মখরাই সুংঙাইতবা কোংদোক্লুনা] মতুগী মতম হেনখ্রে! হৌজিক্তি নহাক ইমু'সিদা চঙবা শুকয়া য়ারোই।

রনজিৎ:— [ইচং থৌনা] মমাগা মচাগা অনিগী মরক্তা লৈনরিবা মরীবু কনানা থদৎপা ঙমগনি? সমাজগী তমথীরবা শাজৎ, ধর্ম্মগী অকনবা চৈফু করিগুম্বা অমতনা মসিদা চঙবা য়ারোই। ঐনা ইমাগী মনাক্তা চঙদুনা পুন্সিগী অরোইবা বিদায় লৌবদ কনা'মতনা থিংবা ঙম্মোই···

বীরেন:— [শাওনা] অদুবু ঐনা থিং'ঙ'সিনি। নং খোঙকাপ অমকাও ইমু'দা কানশিনবা য়ারোই। [রনজিৎতা মখিৎ থানা য়েংদুনা লৈ]

রনজিৎ:— [শাওনা] অদু'দ য়েংশি, কনা'না ঐবু থিংবা ঙম্মগে

হায়বদু......... — — [খোঙকাপ অমা অনি থাংজিলি। জুলিয়ানা থাম্মী। জুলিয়াদা মুন্না য়েংলগা] করিগী থাম্মী জুলিয়া। ঙসিদি ঐগী পুন্সিগী অরোইবা নুমিৎনি। ঐনা নিংব খুদিংমক ঙসিদি ঙম্মা পাংথোক্লগদবনি—

জুলিয়া:— [মমিত্তগী মপি তৈথোক তৈথোক্লা] ঐ প মদে-ঐপামদে, ঐ মদু পামদে!

রনজিৎ:— অদুদি হায়মু—নং করি পাম্মী?

জুলিয়া:— নংগা উমাগা কাযনবা ঐগী মরমগীদমক ঐ পামদে, ঐ পামদে। অদুগী শরুক ঐবু থিল্লু ঐ চৎথিগে... থাপ্ল নংবু নিংজদুনা লৈরুগে।

চাওবা:— [জুলিয়াদা ওনশিন্দুনা থর তপলপ্পা] উম, চুম্মী ইচানুপী নংনা খল্লিবদু অচুম্বনি। হৌজিকসু মতম লৈরি, মহাক চৎথিবদা নংগী অমাঙবা করিসু ওইথিরোই।—নংনা মৈতৈ সমাজসিদ লৈরগা নংগী মুংঙাইগদবা নত্তে! পুন্সিচুপ্পা কপ্ল-কপ্পা লেনগদবনি—

জুলিয়া:— [থর শাওনিংবা মওংদা] ইপা! মদু হায়মু। ইশাগী ওইজবা থিবা, ইশাগী কান্নবগীদমক ঐনা মহাকপু মুংশিবা নত্তে। নংগী সমাজগী তমথীরবা মীনোক অদুদি ঐনা নোক্ল নোক্ল থাঙবা ঙমগনি। অদুগা ঐনা......... .....
[রা মথা তাবা ঙমদনা হিক- হিক কপপী]

রনজিৎ:— [মপুক্কিং মুংশিনা] করিগী কপ্পী জুলিয়া। পুন্সিগী অরাবা খুদোংথিবা, চোপ্পা খুদিংমক মায়থোক য়ারুরসি হায়না

থোরক্লবী নং ঐনি, অতুগা হৌজিকপু কপ্পী মন্না ?

জুলিয়া:— [মমিত্তগী মপি থৈথোক্লা] ঐনা কপ্পী নহাক্তীদমক্তা ! নংগী পুন্সিদা বহাক্লা রান। লেনবত্র ঐ য়েংবা ঙম্মোই। অদুগী মহুত্তা ঐবু থাদোকউ, নংগী ফনবগীদমক ঐগী পুন্সি কৎথোকে— ---

রনজিৎ :— [নংশিবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা] জুলিয়া, অমুক হন্না মদুগী রাহৈত্র হায়রগনু— ! ঐগী পুন্সিগী অরেপ্পা রাশক্রি, ঐনা নংবু কৈদৌম্মুংদম্লু থাদোক্লোই।

রাবৈ:— [মমিত্তা মপি ঈরা চেল্লহুনা] রনজিৎ—

রনজিৎ:— [থম্মোয় শোকপা থুনোক অমগা লোয়ননা] য়েংউ মরুপ, নমিৎ থিৎনা য়েংউ—কয়াদা তমথীরবা মৈতৈ সমাজনে হায়বদো ! চঙজরক্লবা মীবু চৎজকম পীবা ঙমদবা মৈতৈ সমাজ ! ঐগী পুকচেল শেংলবা জুলিয়াবু চঙজকম পীবা ঙমদ্রবা মৈতৈ সমাজ.......... !

রাবৈ: — রনজিৎ..........[লুকথহুনা লৈখি]

বীরেন:— [শাওনা] ঐবু লৈবাক মমাঙদা চোম্না নংহনবা ! মরল মথুম রাত্রবা দেবেনবাবুগী কচনবুগী হায়ন-শীংনহুনা লৈথীবু হুন্দোক্লম্লগা চীংদেন্দা শাৎপা লৈনম চেন্দবা লৈরাংমা পুরকপা !

রনজিৎ :— [ লোককৎ তৌনা ] লৈমন চেন্দবা লৈরাং ! অরাংবা চীংদোন্দা শাৎপা সিরোই লিলীনি ঐগী জুলিয়াদি ! মশাগী ওইজবা থিবা, মশাগী কায়নবগীদমক্ত, লায়রগী

ঈ চুপ্পা, মুংশিবা মশক খঙদবা মীনদি জুশিন্নাগী শেংলবা থস্মোয় মশক খঙকস থোক্কে .... ....

বীরেন :— [ শাওনা ] করি, ঐবু মুংশিবা মশক খঙদবা, লায়রবগী ঈ চুপ্পা হায়বা .... ...

চাওবা :— [ থয় ঙক্না ] সিরোই লিলী !

[ লোইমখৈ ইমুংদা মমাগী সেবা তৌদুনা লৈরম্বা শরতন্থু মরামগী লাঙবা মখোলদু তাবদা থয় চিংনবগা লোয়ননা থোরকই। তৌরম্লিবা মওংশিংদু উবদা ইঙক-ঙরদুনা ব্রা মচেং অমফাও ঙাংদমখৈ তুমিন্না লেপ্পুনা মমিং কুপ্পনা মুন্না যেংলদুনা লৈ ]

রনজিৎ :— [ নাপনগা লোয়ননা ] য়েংবীয় থুরা, ঐগী সিরোই লিলী ! সমাজগী কন্নক মৈশা লাংদ্রবী নাইতোম শাৎপী সিরোই লিলীনি। .... মথল মচু কয়াগী লৈরাংনা ইমাগী লৈকোন লৈতেংদুনা কজবা হেমগৎহনলগে হায়-বগীদমক অরেপ্পা রাশক্কা লোয়ননা পুরক্লবনি ঐনা ঐগী সিরোই লিলী ....

চাওবা :— [ শরততা ওনশিন্দুনা ] ইবুঙো শরত ! লোইরে ! ঐখোয়না থম্নরম্বা থুদিংমক কায়রে ... ...

শরত :— [ নিংবা কায়না ] থুরা ... ....

বীরেন :— [ শাওনা ] য়েংউনে, কয়াদা ইকাইবা খঙথিদ্রবা মীমো ! মীপুম থুদিংমক্তা মাবু য়াংদ্রে হায়বা খঙলবনি, অদুবু হৌজিক কাওবা চৎখিগে হায়দ্রি.... ...

রনজিৎ :— [ চীং লেম্না ] ঐ চৎকনি শোয়দনমক মকমসি থাদোক্ক-
তুনা। করি'মতা চিংনবীগনু তাচৌ। ঐ কৈদৌঙুংদসু
কনাগুম্ব'মগী মকমদা অয়েৎপা পীরোই—

শরত :— [ চিংনবা মিংয়েং অমগা লোয়ননা ] কদায়দনো নংনা চৎকদৌ-
রিংবো ?

রনজিৎ :— [ হান্নগী মতেঙ্গুম চীং লেম্না ] মীপুম খুদিংবু চঙজকম পীবা
ঙম্বা লায়রবা ইনাকখুনবা থায়দবা, অচৌ পিশক
মাইদব সম জত্নুদা—

বীরেন :— [ শাওনা ] অদুদি চৎলে, থিল্লে, হোজিকমক চৎথে্া—

রনজিৎ :— [ অশাওবা শকফমদা ] উম চৎকনি। অদুবু চৎত্রিঙৈদা
ইমাগা উনথিনি।

শরত :— [ ভাইহাক্তং রাখল তৌরগা ] হে'জিক নং ইমা উনবা য়ারোই।
[ থর পাথৎপা মওংদা] নংগী নত্তৌসিদা ইমাগী অনাবা
থোইমা হেনজিল্লগনি।

রনজিৎ :— [ নুংশা থর শাংনা হোৎহনা অরাবা শকফমদা ] অদুদি ইমাবু
উনরমদন চৎথিবা তারবা !

রাবৈ :— মথল্লাই রাইনা ] রনজিৎ--

[ রনজিং তুনিন্না লুকথহনা অরাবা শকফমদা লৈ ]

শরত ; — [ নিংঙমদবা মওংদা ] ওস্থোক্না পণ্ডিতকো রনজিৎ নংসে—
সভ্য জগৎকী মীপুম খুদিংনা তাগরি চাওথৎপা থোঙথাং !
অদুগা নহাক্না পাক্সি. লৈচিন নোংকাইতনা কুপ্থনা লৈরবা
অরাংবা চীংদোন্দা তুমিন্না পুন্সি লেনবা ••• !

রনজিৎ:— [থর ভঙ্গা] সভ্য জগৎ—। সভ্যতা ! তেনবাগুম মচিন্দা পাংভাংতা ভাংবা মশক্তি খুঙদবা। পুকচেল পিকপনা মকোল শাদুনা লৈরবা সমাজসিদা—অমুকন্থ পঙ্গবা শারি সভ্যতা ॥

শরত:— মশাদা অফ-ফত্তগী ব্রাখল খনবা ভমত্রবা নহাক্কা মহু খুঙকম পোক্কে। ফনা হায়ত্রনস্থ লিলদা শঙ্গোম পীথকপগুম থোক্লগদবনি।

রনজিৎ:— মতমগী সুংশিৎ য়ৈত্রবা—থুরবা মিৎয়েংগী ব্রাভাংনা ঐবুস্থ ইকায়বা পীনবা হোৎমরি।

শরত: – [শাওনা] নংদি শাদগী স্থ হেক্লা তোল্লবনি। তম্পাক্কী লমদমদা মহৈ মশিং নিংথিনা হৈরবী, সমাজগী চৎনরোল নিংথিনা খুঙলবী সুপী কয়া-কয়া লৈরিবসি হন্দোক্লগা লোল-লি তিন্নদবা, চিঙ্গাক তোঙাল্লবা চৌং-লমগী চমু অমবু প্যান্সিগী লোয়নবী ওইনি খল্লি !

জুলিয়া: – [মপুক্কিং মুংশিনা] ঐবু থাদোক্লো, ঐ চৎলগে ? অসিগুম্বা তমথীরবা ব্রাভাংশিসি তাদুনা ঐ লৈবা পামদ্রে—[লুকথদুনা খোঙ্গেল খোক্লা কপ্পী]

রনজিৎ:— [থর কল্লপ্পা] জুলিয়া !—[অমুক শরততা ওনশিন্দুনা] অসি ওইরে 'চৌং-তম অমতান' হ্য়বা রাজনীতিগী অকনবা খোল্লাও-দুদি—

বীরেন; – [চৌং লেম্মা] কান্নদে রনজিৎ, মিংথিনা হায়রিবৈদা চৎখ্রে। মসিদগী শাংথনরগা নংগী ওইজবা করিস্থ

কংগোই। [শাওনা] নখোয়' রাজনীতিগী খোল্লাগুম্ব ...
তাবা পামদে।

শরত :— [খোল্লেন খোকা থিক-থিক নোক্লহুনা] ঙসিকাওবদা নংনা থাজরি — খৌনাওদগীতা খোকপা রাজনীতিগী অকনবা খোল্লাও!

রনজিৎ;— খেনাওদগীতা খোকপা খোল্লাও!

শরত: — নত্রবদি করি ওইনি! অরাংবা চাংদোন্দা য়ৈ'র সমুদ্র ইরাংনগী কল্লবা মুংশিং, তমদনা। হুম্লি মশাগীত য়েংবা কণ্ডাওনরবা নোংলৈ — কদায়দনো আনসিনা চুশিন্নগদবা!

রনজিৎ;— [শাওনা] তাৎ—তাৎ পুম্নমক পুকচেল শেংদবা তাৎ!
[অতোপ্পা নাকল অমদগী রোমিও চঙলকই। চহি বুনমঙারোম শুরবা চীংগী পাখংনি। লৈরম্লিবা মীপুম খুদিংনা অঙকপা অমদি চিংনবা অমগা লোয়ননা রোমিওদা য়েংই]

রোমিও;— [অশাওবা শকক্ময়দা রনজিৎতা ওনশিন্দুনা] মাম্লি, পুকচেল শেংদবনি, মংম্ন তাৎনি! রনজিৎ, নংনা এগী ইচনুপীবু পুরগা মকমসিদা ইকায়বা পীবা! [রনজিৎ লুকথদুনা লৈখি]

জুলিয়া;— [পাখংবগা লোয়ননা] তাদা—

রোমিও: — [জুলিয়াদা মুম্না য়েংলগা] জুলিয়া নংাক মতীক চানা লাইরিক লাইশু হৈরবী, অসান লৈরবীনি। করিগী নংমা পাম্মুই অসিগুম্বা তমথীরবা, মতমগা চুনত্রবা সমাজ অসিবু

শরত: — [শাওনা] করি। মতমগা, চুনত্রবা তমথীরবা সমাজ হায়বা?

রোমিও:— [ইচং থৌনা] উম! মতমগা চুনত্রবা, মতীক চাত্রবা সমাজনি নংগী মৈতৈ সমাজসি। তত্তুনা ওনবা নাইবা

মীওইবগী পূন্সিগী খোঙথাং মশক খঙদবা. মম'ঙথৈগী হৌথ্রবা নাপলদা অদুম্মক লুপ্তুন লৈবা মৈতৈ সমাজ।

রনজিৎ:— [থর ঙম্না] রোমিও ..........

রোমিও:— নখোয়না খ'ল্ল চৌংমীশিংবু চাওখৎত্রবা, সভ্যতাগী মঙাল কংদ্রবা জাতি ন হায়না। ঐখোয়না খল্লি, নখোয়সিদি মিকপ খো'ক্তুবা তুমদুনা লৈরবা জাতিনি হায়ন'— [মাপলগা লোয়ননা] য়েংউ, চৌংগী লমদমশিংদা ঙসি হোংলক্লিবা অনৌবা খোঙচৎশিংসে—

বীরেন:— [উশিত্তবা খুনোক অমগা লোয়ননা] য়েংউনে, কয়াদ নোক্লিং-গ্রবনো। মহাক্রস্থ নাপল তৌবশারি!

রোমিও:— [করিমতা খৌশাদনা] মখোয়ন থ'ল্ল, ঐগী ইচন্নুপীবু চাকনীবী ওইনা, অদুগা মসি'ম'দি নিংশি গদবনি—চৌংগী লমদ'দা মতৌক চাবা নিপা র'শুনা রনজিৎকী মতুং ইনখিবা নত্তে ঐগী জু'লিয়া। মতাকপু সুংশিবনা লমজিংখিবনি খঙউ, সুংশিবতনা অটংবা সুংঙাইবা পুরক্কদবনি সংসারদা —নখোয় মৈতৈ সমাজদগী য়াম্না হেন্না চাওখৎলবা চৌংগী সমাজনি হায়বসি ভাব ত.গদবনি!

বীরেন:— [করেম্নবা মওংদা] লৈতোন্দা শরু পান্দে হায়বা মতাগুম পংঙাং ঙাংবা তানিংদে—

চাওবা;— [শাওনা] ইচানুপা ভাব তাও, মকমসি চৌংগী লমদম নত্তে।

রোমিও:— [শাওনা] উম! ঐ খঙভি—অমোৎপা কয়ানা থল্লবা ভম্পাকী লমদমনি হ'য়বা ঐ চপচানা খঙভি!

চাওবাঃ— [অমুকা হেন্না শাওনা] তৌনু, নরিংজেল কনু মকমসিদা।
অরেম্বদা ইমু-নাইমু তানদুনা তোক্ল'ন। চৌংগী লমদমদা
নংপোনা ফংদো মকম'সিদদি থক য়রেই।

রোমিও:— [ইশিন্তবা খুনোক অমগা লোয়ননা] শিববু শাদ্ধপোৎ ওইনা
খল্লবা চী মৌশিংগী মকমদা অকিবা। শিগ'ন হায়বগী
অকিবা লৈরম্লবদি ঐনা কৈদৌনুংদস্থ লাক্লমোই
মকমসিদা—

জুলিয়া:– [পাগৎপগা লোয়ননা] তাদা.... – ...

রোমিও:—[মপুক্রিং মুংশিনা] কাল্পদে জুলিয়া, চৎশি লাও ঐখোয়গী
খুলদা! অসিগুম্বা তম্বীরবা সমাজসিদা নংগী লৈফম
লৈরোই!

রনজিৎ:— রোমি! মহু অমুক হন্না হায়গনু,—ঐনা কৈদৌনুংদস্থ
জুলিয়াবু থাদোকপা ঙম্মেই।

রোমিও:— ঐ চপচানা থঙজি নখোয়গী মৈতৈ সংজ! ঐগী
জুলিয়ানা মপুন্স চুপ্পা কপ্পকপ্পা লেনথহ্ ঐ য়েংবা
ঙম্মোই। [শাওনা] চ'হ কয়াগী মমাঙদগী হৌনা
নখোয় তমগী মৌশিংনা চৌংমী ঐখোয়বু কয়াদা থীনা
তৌরম্বা, কয়াদা হল্পনা য়েংলম্বা— ই তহাসনা লৈরি-
বমথৈ চৌংমী ঐখোয়না কাওররোইদবনি।

রনজিৎ:— [নিংঙমদবা মওংদা] মহু ঙম্নমক নখোয়গী অয়ানবা
য়াথলনি — ....

রোমিও:— [শাওনা] করম্বা?

রনজিৎ : [ ইচং থোনা ] ইতিহাসকী অমোৎপা চেনাদমক ময়েংঙি নখোয়না। মতম পুম্বগী ওইনা লৈরগদবা, লুরবা ঈচেল-চুদি কনানা তংথনা হন্থনা য়েংলুদে !—মতম অমদা চীং-তম কয়াদা মুংশিননা লৈরম্বা। তম্পাক্কী নিংথৌশিংনা অরাংবা চীংদোনদা শাৎপা লৈরাং কয়াবু পুরক্কুনা নিংথৌকোন্দা শাৎহনখি হায়বসিদি নখোয় কনামতনা নিংশি দ্রবনি… …. ….

[ ঙম্মক অঙকপা মিথয়েং অমগা লোয়ননা রনজিৎতা য়েংই ]

চাওবা :— [ পাখৎনা ] মদু ওইথোক্কবা রাকম্নি —মদু কৈদোম্বুংদসু ওইখিদ্রে !

রনজিৎ :— [ অমুক্তা হেন্না ইচং থোনা ] ইতিহাসনা শাক্কনি, —চীংগী নিংঙোলনা তমদা ওংবা, তমগী লৈরাং কয়ানা চীংদা শাৎথিবা হায়বসি মতমচুগী চৎনবিনি। —অদুবু শাশিন্নবা সভাতাগী মমবা মৈথুনা শন্দোক্কনা লৈ'র'মথৈদি কনা-মতনা মতমদু নিংশি বা ঙম্মোই।

বীরেন: — [ শাওনা ] রনজিৎ ঐ ইতিহাসকী রারী তাবা পামদে। য়াম্ন থুনমক মবোল শেংদবা কাওবুশিংসি মকমসিদগী লাপ্না পুখোকথে —

রোমিও :—[ শাওনা ] কদায় রনজিৎ, ঐগী জুলিয়া হৌজিকমক ঐঙোন্দা শিন্নৌ।

রনজিৎ : —[ ইচং থোনা ] ঐ কৈদোম্বুংদসু জুলিয়াবু থাদোক্লোই—

রোমিও:—[ চী-লেম্না ] তৌসু রনজিৎ, নংনা কনা থিংদুনসু ঙম্মোই

—কদায়, থাদোয়কউ ঐগী জুলিয়া। ঐঙোন্দা শিঙ-
নগনু নংগী অমাঙবা ওইগনি।

রনজিৎ :—রোমিও! নংনা ঐবু য়াম্না হন্থনা থল্লে। ঐ শিবা
কিবা রনজিৎ নত্তে। মশাগী মথোদা খোঙকাপ অম-
ফাওবা হন্দোক্লরোইদবা রনজিৎনি।

রোমিও :—[ শাওনা ঈ কারদুনা ] কৈ, য়েংসি—নংন জুলিয়াবু বয়াম
কুইনা ফাজিনবা ঙম্বগে হায়বদো। — [ কুরিংথাওদগী পিস্তোল
লৌথোকদুনা রনজিৎতা শিংডুনা ] ঐবু ইকাইবা পিব, জুলিয়াবু
ইকায়বা পীবা—ঐগী জাতিবু. চীংনৌশি বু ইকায়ব পীবা
নহাক্কী নথল্লাই লৌরগা ঐগী জ.তিগী ঈজ্জৎ ঙাকে

জুলিয়া :—[ পাথৎপগা লোয়ননা ] তাদা—তাদা! [ চেনশিন্দুনা রোমিওবু
থাম্মী। রোমিওনা জুলিয়াগী মখুদাং পায়দুনা চিংই ]

রনজিৎ :—চংথিনু—চংথিনু জুলিয়া .... ... .... [ জুলিয়াগী মনাক্তা
চেনশিল্লি ]

রোমিও :—চঙশিল্লকনু—[ রনজিৎতা নোংমৈনা কাপকে তৌই। জুলিয়ানা মখুদাং
কয়া কাবদগী শুন্দ্রংদা মিস কায়ার তৌথি। নোংমৈ মখোল তাবদা ইমুংদগী
মমা অনাবী মশম-মনা ইকা! কানা চেংয়োরকই। ]

তোম্বী :—[ পাথৎপগা লোয়ননা ] করিনো! করিমো!—কদায়দগী
নোংমৈ মখোলনো!—রনজিৎ! রনজিৎ! —ইমাগী
ইবুঙো.... ...কদায়.... .... ....

রনজিৎ :—ইমা ঐ সিরা লৈ—[ হোংচিন্দুনা ] ইমা!—অপোকপী!

মৈতৈ সমাজগী পিক্লবা পুক্চেলনা ঐবু চীংগী নিংথোল পুরক্লে হায়না ননাক্তা চঙহল্লে ! ঐদি চৎপা ভারে—নচাবু থারোগনু,— পুন্সিগী ওয়োইবা বিদায় পীরো ইমা……

তোম্বী:— ইচাবু কায়নবা !—ঐ মহু ঙম্মোই - - নংনা ইমাগী অতোন-অতাংনি ইমাগী থৱাই শক্লবনি — — —

রনজিৎ:— [খোঙ্গেল নিঙ্কা নিঙ্কা] ইমা য়াদ্রে !—সমাজনা য়াদ্রে — —

তোম্বী:— [ইচং থৌনা] য়াদসনু সমাজনা ইঙ্খোক্লবন্ন ঐনা কোন্শিনগনি মহাকপু !—চৎশি ইম -ইচা … [রনজিৎকী মনাক্তা চেনশিল্লি। বীরেন-শরত চেনশিন্দ্না মমাবু থাম্মী। মুংশা থবেৎ থবেৎ হোলহুনা তোম্বী লৈমায়থক্তা কমথখি]

রনজিৎ:— [মমাগী মনাক্তা চেনশিন্দ্না] ইমা ইমা — — [মমাবু কোনশিল্লি]

তোম্বী:— [মমিত্তা মপি ঈরা চেল্লহুনা] রনজিৎ। চৎশি, ইমাবু পু— — ইচানা থৱাই তাবা চনু ইমাগী পামজবা ইমৌমি। — --চৎশি কদায় — — — [রনজিত্তা শোহুনা হোগৎলি। মতমসিমক্তদা জুলিয়া চেনশিল্লকই]

জুলিয়া:— ইমা !—ভাকপীমিংভাই লৈত্রবী ঐবু ইমামা ভাকপীরে — — নংগুম্বী পুকচেল চাওরবী গৈতৈ মমাশিংভনা পুরকপি শান্তি,— — —অপুনবা চীং-তম — — —

[বীরেন, শরত, চাওবা, য়াবৈ অমসুং য়োমিও মথোয় ওমক অঙকপা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা মুন্না য়েংহুনা লৈ]

## পর্দা তপ্পা-তপ্পা হাইজিনখি

লীলাগী মীশকশিং

নুপা

১। মনিবাবু—বিজয়গী মরুপ সেক্রেটরী অমা

২। তোম্বা—বিজয়গী চপ্রাসি

নুপী

১। ইবেচাওবী—বিজয়গী নুপী

২। ম্নাইস্বী—বিজয়গী নুপা অহল

৩। জামিনী—ইবেচাওবীগী মতা (মনিবাবুগী নুপী)

৪। থরো—নুপী অমা হৈ-শিংলবী

# নৈকনিংচিং

[ খঙহৌদনা নোঙ্গাংব্রা বিজয় সাহেবকী মথোন অনি লোঙবা চেক - যুমগী মথাথংবা শরুক্তা লৈবা নিংথিজনা শেম শাব্রবা ড্রোইংরুমনি। টেবল-চৌকি কয়াম্ব মফমচানা থাম্মুনা থম্মি। থোঙজাও অমা ইরাও-লাওনা হাংদোক্তুনা লৈবা উই। মহুগী নাক য়েংবা অনিদা পানবা মিক্তংথোঙ অনিহুদি শংবান্নবা মচুগী পর্দা অমমম থাদহুনা থম্মী। থোঙজাও অহুগী হেক মথকমক্তদা অচৌবা হ্রাল-বোক অমা য়ান্দুনা লৈ। ফরাংগী অকোয়বদা ভারতকী মমিং চংলবা নেতা কয়াগী ভসবীরস্ন নিংংজন্না মিংশেল চন্দুনা থেংলি। মপুং নাম্মনা চৌকী অমদা শেপ্রহুনা ইবেচাওবী কঞ্জিগুম্বা অরাবা ব্রাথল অমদা ফুম্বনবগী মওংদা মনায় থর লুকথরপ তৌনা লৈ। মহাক্কী মনাক-মক্তদা তোম্বন্ন লৈবাক্তা থুতি থুদক ওহুন মনায লৈংদা ভন্দুনা অরাবা শকফমদা লৈ। রা মথং অমফাওবা পাংনবে, মফমদ লৈ রু ইমুক চিকই। ভাইতাক্তং লৈরগা ফাগী রাং থোক্তু পু তনামথোংনগী পংদা য়ৈরকই। লোয়নবা তোম্বনা মমায় থজিন-থজিক হাইগংদত্তুনা ইবেচাওবীগী মংতহ্ন মুন্না যেংনা লৈ। ]

তোম্বা:— [থেমজিনবা মওংদা] ইবেম্মা! মসি পুম্নমক্কি ঈশ্বরগী লীলা ভাক্তি। মসিদা এখোনা রাবনা মুংবহুনা লৈরগা করি কাম্নখিগদগে? পোকপা-শিবা হায়বসি মীওইবগী থা-নবা য়াদ্রবা থৌরম্নি। মিনা হকচাংগী তুং ইনবগুম অশিবা হায়বসিনা। কোয়ইন ইহুনা লৈরবা মীওইবগী পুন্সিনি—

ইবেচাওবী:--[মমায় থজিক্তং হাইগত্তুনা] চুম্মী তা তোম্বা, মীওইবগী পুন্সিসে

অময় নত্তে হায়বা ঐস্থ খঙই, অত্নবু মী খ্বায়না শিনায়ব'সিগী মতৌগুম নোংম-নিনিদা ওইরবস্থ লায়-কময়ম্মগা। লৈখিদবা পোক্লবদি থব্রাই'সে খরমখৈ মুংঙাই-গদবা। অদুবু কদায়—ব্রাহৈ অমকাওবা ঙাংনবা নংদনা খুদক্তা হেক্লমক — — [লুকখদ্না হিক-হিক কপ্পী]

তোম্বাঃ— [অব্রাবা শকক্ষমদা] মদুগী হায়রুরবদি কদায়দগীবু মুংঙাই-গদগেনে। ঐমক্লা হন্দক্কী সাহেবকী মতৌসিদা অস্রক থম্মোয় শোকখ্রবদা ইবেম্মদি করি হায়রুনি। [মমিত্তগী মপি তৈথোকই]—সাহেবনা হকচাং ঙমদেদা হায়বদা খুদক্তা চেন্দুনা ডাক্তর কৌজরুবনি অদুবু - - - [মুংশা স্বর শাংনা হোল্লহুনা] মী-মীগী লাইবক্ত ইথ্রবা বিধাতাগী কংস্থু কন না ককপা ঙমগদগে ?

ইবে;— [মপুক্কিং য়াম্না মুংশিনা] হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগ'সদদি ডাক্তরশিংসি মিৎনা উবা লাইমক্কি হায়নবদাহনে তা-তোম্বা। কৈদোগে ঐনা হায়বদি পুংখায় লমগী মতমদস্থ হিংহন্দুনা ব্রাহৈ মঙ- তরাদংদি ঙাংনবা নংহল্লম্মুদনা - - -। তা-তোম্বা, হন্দক্কী মতৌসি ঐ পেন্দে ঐ পেন্দে [অমুকা হন্না খোঞ্জেল থোক্লা হিক-হিক কপ্পী]

তোম্বাঃ— [নিংঙমদবা মওংদা] হোয়নে ইবেম্মা, হন্দক সাহেবনা থঙহৌদনা লৈখিদবসি ঐস্থ ওস্থোক্লা পেনখিদ্রে। নহান্দা ঙায়রিনে সাহেবনা ঐতোন্দা হায়বীরম্বদো—, নাকোং'-সিদা হৌজিকফাওবা তারিনে !

ইবে: — [থওনিংবগা লোয়ননা] সাহেবনা লৈরিঙৈদা নঙোন্দা করি হায়রম্বগেনে ভা তোম্বা ?

ভোম্বা: — [ভুং-মাঙ কোয়রপ-কোয়রপ য়েংলুবগা] মোংমা ওক্ফিসকী মী তাল্লক ওইবা মতমদা সাহেবনা ঐবু কৌশিন্দুনা ভাকপিরম্মী, "ভা-ভোম্বা ! হন্দক্কী থবক সিনবু মঙল ওইরবদি নহক্কীসু য়ুম মচা অমতংদদি শাবিগে থল্লি - - -" মদু তাবদা ঐনা হরাওজখিবা ! [অৱাবা মওংদা] অদুবু ঐগী লাইববসি ওস্থোক্লা থাদকো। নোং হেক ভানবগা সাহেবনা ঐখোয় ওস্নমকপু থাদোক্নুনা ভাইবংদগী বিদায় লৌখ্রে - - - [খোঙ্গেল থোক্লা হিক-হিক কপ্পী]

ইবে: — করি থবক্কী মতাঙদনোনে, সাহেবনা নঙোন্দা হায়রম্মীবনো ভা-ভোম্বা ?

ভোম্বা; - [মপি তৈথোক-তৈথোক্লা] করি ওইমি ইবেম্মা ! হন্দক কেরারী কুনমুক হাপ্লগী মতাঙহুনিদনা। ঐনা কোয়চেন চেন্দুনা মী অমমমদা লুপা লিশিং অমমম লোবা হায়বসে য়ানরবনি অদুবু সাহেবতি কৈত্রেদো ! ওস্থে ক্লা পাম্মুইদকো অদুক য়াম্বা শেলদো - - -

ইবে; — [অৱাবা শকফমদা] ভা-ভোম্বা, ঐদি থল্লুবদা থম্মোয়সি পুং য়াদ্রবনি। ঐনা খঞ্জরম্বা থদিংমক মঙ ওইদুনা ভোক্লবিননে ! [লুকথদুনা লৈখি]

[মপাল্লোমবগী মী অমা লাকপগী শউম ফংদুনা তোম্বনা খোঙকাপ অম-অনি থাংলগা মপাল্লোমদা ভাইহাক মুন্না য়েংলদুনা লৈ]

তোম্বা:— [ফিংনা] ইবেম্মা, আদা লাকইবসি নংগী নচে ইবেম্ম শককজবীদু মাবথে্দা !

ইবে:— [ফিংনা খোঙকাপ অমা-অমি থাংলহুনা মপালোমদা য়েংই] মা৷নে তা-তোম্বা, ঐদি কমদৌনি ওস্থোক্সা ৈ৷ররোইদে'রদা ! [শাওনা] মমায় ওস্থোক্সহ পানখিত্রেদকো মসিগী মুগী.স মোংনা মোংলিবা, মশক্সা মশক খীরবা ঐদি ওস্থোক্সা তঙ্খে্। ঐনা কয়রক হায়থ্বনি 'য়ুম অসিদা খোঙ থাংশিনবীরক্সু" হায়না. অতুবু ইকায়বা খঙদবগী হৌনবা হেক্তমক লাকইমা—

তোম্বা:— হোয়নে ইবেম্মা, মী খোয়না ইকায়বা খঙলবোই হায়নবু খঙথিত্রবদি হিদাক লৈতে। সাহেব কৈ র ভদস্থ মহাক লাকপা হেক তবদা শা-যণ লাওবদৌনা কোয়বাও লাওদুনা তানবনি, অতুবু নোং হেক ভানবদা হৌদে'দৌনা পূমকাও কাওথোক্নুনা সাহেবকী মতুং কোয়ইন হেক ইন্নবা !

ইবে:— [শাওনা] চুম্মীবে তা-তোম্বা, ঐখোয়গী সাহেবনা ভোন্দা ভাংখিবা খোলশিংদো মা ওইবগী তুমিন্না লৈবা ভন্ব'ন ! ঐ ওইরম্মদি ঐদি নহান্না শিজখ্গনি হু চাদুনা — —

তোম্বা:— হোয়নে ইবেম্ম', ওস্থোক্সহ অনম কনথে্ন'গী মচে ইবেম্মসে ! মশাদা ইকায়বা মচেৎ অমকাওবা পক্তবা। মাগুম্বী মুগীসি ঐদি পোকপদগী থেংবু থেংনরক্তি !

ইবে:— [শাওনা] কৈদৌগে ঐনা হায়বদি; মপুরোয়বনা পাম্বি- ত্রদুনা ঐবু অতোনবী ওইনা লৌরবনি, অদুমক্তদা মানা কোয়তাম ত'ম্রদুনা করি কানরিনগে ? মাম' মথোনা লৈরবদি মহাকম্ব মমল-মথুম লৈবা নিপা অমগী অতোনবী ওইদুনা নহান্না চৎথিবা য়'রবনি - - -

তোম্বাঃ— মদুদি কদায়দগী ওইরগদগে'ন ইবেম্মা ! শকথৌবীসিবো কনান অতোনবী ওইনা লৌবিদ্রু হায়বা য়াগদগে—

ইবে:— চুম্মে মদুদি তা তোম্বা ! কনাগী মুপানবু শকথৌবীসিবে লৌবিদ্রু হায়বা য়াগদগে। হৌজিক্কী মতমদা অতোনবী ওইববু তরায়- তরায়বা থুবক্কৌনা। [শাওনা] মশব থৌবগী মতীক ইকায়বম্ব খঙদবনিনে মসিগী মুপীসে - - -

তোম্ব:— [মমায় মপাল্লোমদা ওল্লগা পাখৎনা] ইবেম্মা, য়েঁবু য়োশল্লকয়ে—

ইবে:— [খর পাখৎপা মওংদা] কমদৌনি তা-তোম্বা. ঐদি ও.স্বারা উমনিং থিজ্রদা মসিগী শকথৌবীসে।

[মপাল্লোমদগী অল্লাবা শকফমদা মফি মরেল ইমোং মোংনা যাইমবী চঙলকই। ইবেচাওবী মমাখ ফেং হ ইদোঙথি]

য়াইমবীঃ— [ইতপ তপ্পা] ক'রগী নোমে ইনাও নংনা ঐবু অম্রব তাথিরিবাসিবো ? ঐ উরগা নচুবা পৈখোকপগনদি করিগ্র কাররোইগা—

ইবে:— হাইম্রা. ও.স্বারা ইকায়বা খঙদেদকো ! মীনা কৌত্র' ফাওবদা রা ঙাংবা হৌরকইসিবো ॥

য়াইমবী:— [য়াম্মা জ্ঞান তাবা মওংদা] ইনাও ৎোঙ্কিকী মতমসিদা নং-ঐ শাওনদুনা লৈরগা করি কাম্লদ'গ ? লৈবাক কুম্মৈ ওইনবনি। অদুগী শরুকপুদি নং-ঐ তাম্লরগা হন্দকী কর্ম্মসে নিংশিন পাঙথোক্লবা হোৎনসি

ইবে:— [য়াম্মা থোওইদবা মওংদা] লৈখাক্লা থীনা ঙাংনগনি হায়বগীম্তু ইকায়বা খঙবিরম্মিবজাৎ ওইরে ! মমাঙঙেগী মতোন্দুগা হায়রুরবদি ঐদি ইখাবু থাজক্লদ্রবা - — -

য়াইমবী:— [মপুন্নিং থজিক্তং মুংশিনা] হৌজিক ঐঙোন্দ ইকাইবা পিবনদি থোঃনা কাম্লরোহ ইনাও। অদুগী শরুকপুদি কর্ম্মগী মরমদা ব্রা অমা-অনিদং ঙাংনসি।

ইবে:— [থর ঙকা] কর্ম্ম হায়বদে ?

য়াইমবী:— [থর শাওনিংবা মওংদা] ইবেম্মা ঙরা'দা মঙায়রিনা মাই'পাবুং লৈখিদবা, অদুগা নংদি হৌজিক্লা কাওথোকপা হৌরবোইরে ?

ইবে:— [শাওনা] মাই'পাবুং হায়বদি কনানো ঐদি খঙজদেনে - - . [মমায় হুৎ লৈথোক্ল্না লৈ]

য়াইমবী:— খঙঙরোই-খঙঙরোই ইবেম্মা, হৌজিক্তি মশক কদ য়দগী খঙঙনগে ? হিংলিঙৈ মতমদকাওব অদুক থীন লাক্লবা ঙমখ্রবী মুপীশবু লৈখিদ্রবা মরা-মপুরেয়ববু নিংশিংবা হৌনৈ হায়ববো ?

ইবে: — [তোম্বদা ওনশিলগা, য়াম্মা উশিত্তবা মওংদা] ঙা তোম্বা, মানা ঙাংঙিবসে ঐখোয়গী সাহেবপু ওইরমাল্লেনে !

তোম্বা:— মাগি ইবেম্মা সাহেবপুনি।

ইবে:— [য়াইমবীদা ওনশিন্দুনা শাওনা] ঐখোয়গী সাহেবপু মাই'পাবুংকা হায়বী লাকপিগনু। ঐগীদি ইচা ধারা অমম্বাওবা লৈজ-লাকচদে — —

য়াইমবী:— [থর তপলপ্না] তৌমুদা ইনাও, নংনা নপাল করিঙৈগী নাপলদো পংয়া য়ারোইদা। হৌজিক্তি নং-ঐ অম্মা ওইরবনি। মংমু লুখ্রাবী ঐমু লুখ্রাবী—

ইবে:— [য়াইমবীদা শংত্রিকা য়েংলগা] ঐবু লুখ্রাবী.... ! [য়াম্না উশিত্তবা মওংদা খোঙ্গেল থোকা থিক-থিক নোকই] নংনা ফনা ঙাংহুনমু ঐনা মর়া লৌবিগদবা লৈতেয়ে ইবেম্মা। নশক খঙদে চৎপীখ্রা—

য়াইমবী:— [থর শাওনা] নংনা ফনা খঙদে হ য়দুনমু চেনবা য়ার-রোইনে ইবেম্মা। ঐনা বিজয়বাবুনা লুহোংহুনা লৌবা মুপী অহল য়াইমবী, অদুগা নংনা তূমন ওইনা লৌবা বিজয়বাবুগী অতোনবী ইবেচাওবী....লৈবাক্না খঙনরবা রাকামু।

ইবে:— ঐনা তূমন ওইনা লৌবা! অদুগা নংনা লুহোংহুনা লৌবা বিজয় বাবুগী মুপী অহল! [তোম্বদা অমুক ওনশিন্দুনা] তা-তোম্বা, করাদা ইকায়বা খঙখিদ্রবা মুপীনোনহে! সাহেব লৈরিঙৈদা হুই-হৌদোং তারবদৌনা কোয়তাম হেক তারবনিনে, অদুগা ঙসিনা ইচং করাদা থোনা...

ম্লাইমবীঃ— [নোকফেং তৌনা] মন্না মপুরোয়মনা ফু চৈদুনা ৱাৱকপৱু করিগী ইকায়জরুদগে। [খোঞ্জেল থর নোথনা] কান্নদে ইনাও, মসিদা লাওনদুনা লৈরগা লৈবাক কুম্মে ওইনবনি অদুগী শরুকপুদি নং ঐ তান্নরগা মাই'পাবুংগী শ্রাদ্ধসি নিংথিন্না পাংথোক্লবা হোৎনসি।

ইবেঃ— [শাওনা] করিনো ঐথোয়গী সাহেবপু 'মাই'পাবুং-মাইপাবুং' হায়না। হন্না-হন্না হায়'বরিসিবো? ঐগী ইচা ইশুকা অমত্তা লৈজদে, মদুগী ৱাহৈদু তাজ'িংদে হায়বী লাকপিনু—

ম্লাইমবীঃ— নংনা কনা হায়দুনস্ত্র ম্লারোইনে ইবেম্মা। ঐগী ইচানুপা অমা ইচাও চাওনা লৈ'রিবসে নংগী স্ত্র নচানে। নং ঐ তান্নরগা হন্দকী কর্ম্মসিদি ম্লাম্না নিংথিনা পাঙথোকসিনে—

ইবেঃ— [মহ পুবা লিনগী মতৌগুম্না ফি-ফি কাম্মহুনা] লৈজদে লৈজদে ইচাকা অমত্তা লৈজদে। সাহেবকী কর্ম্মবু কৈদৌ শিল্প হায়দুনা মীগী মতেং লৌজরুদগে? ঐগী লৈজবা সম্পত্তি থুগাইদুনা ইন্নাইনা শোঞ্জনি।

ম্লাইমবীঃ— ভোন্নুনে ইনাও নংবো, মাই'পাবুংনা লৈরিঙৈদা থর লুমা তৌই হায়বগী মতীক পোঙবদো হৌজিক্তি ম্লাররোইনে—

ইবেঃ— [অমুকা হেন্না শাওনা] করিগীনো ইয়ুম্মক্তদা লাক্লগা থৎনবা হৌবীরিসিবো? ওম্মে'ক্লা মমায় পানখিদ্রেদা মীশিংসে....

য়াইমবী:— [শাওনা] মায় পান্থিববু ঐয়া নংলাও ?
ইবেঃ— [খর ঙক্না] করম্না ঐদি ঃ
য়াইমবী: — [ইচং খৌনা] মীগী মতুংচা লৈবা মুপাবু ফাহনা লৈগনি হায়না লৈয়কপা ঙম্বী নংনদি ওইব্রগ', ইচা ইশু পোক্তুনা লৈরবী ঐনা মায় পানদবী ওইদৌরিবা ঃ
ইবেঃ— [ভৌকম খঙদবা মওংদা] কৈদৌগে চৎপীখ্রে ! সাহেব লৈভবগী অরাবসে থম্মোয় ঙমা অমুক্তা কপ্চগে—
য়াইমবী;-- [শাওনা] নংনা চৎলু হায়রগা ঐনা হেক্রা চৎকদরাও ? ঐগী য়ু ইয়ুম্ন্মে, ইরানা থনম্বা ইয়ুম।
ইবেঃ - হাইমা. ওম্হেক্লা ভৌবা ঙম্মীদকো ! সাহেব লৈরিৰৈঙদা মঙকশং লাক্লুনা তাম্হে কপ্রবনি অদুগা হৌজিক্লা অমুক....
য়াইমবী:—· তৌমু তৌমু ইবেম্মা ভো ঙম্মী। ইপুরোয়ববুসু নংনা শুমহত্নুনা মথরাই ফাওবা হেক চুপ্পবনি !
ইবেঃ— অদুম্নগা হায়জ লাকচমু ইকায় খঙনবী। মসক উগনি খনবদ। সাহেবতু মশাদা লায়ণা ক.ওবা পুকখ্রবনি—
য়াইমবী:— হোয়নে হোয়নে, অদুনা ওইরে লৈবাক্লা ঙাংনরিবসে।
তোম্বাঃ— [খর পাখংনা] ইবেম্মা, করি হায়না ঙাংনরবগেনে লৈবাক্লবো ?
য়াইমবী:— করি ওইনি ভ: তোম্বা। মতু অতোনবীগী খরচ পুবা ঙম্নবা হোৎনবদা মীতোম্দগী শেল চাবা হেনমনখিদুনা লাইনা চপ চানা য়ারক্লবনি হায়নরবনি হন্দক মাই' পাবুংনা লৈখিদবসে—

তোম্বা :· [ অমুকা হেন্না পাখৎনা ] ইস! মচুমক হেক ঙাংমরবা লৈবান্না—

ইবে :— মখো লৈতবা, মীর' ঙাংনরগা পেনবা মীশিংগী মন্নাবু করিগী অদুক লুনা খঞ্জরুগবনো তা-তোম্বা। রাজুদি নাদা হান্নমু—

য়াইমবী — [ শাওনা] ইকাইবা খঙদবী। মহাক্তি অদুগুম্বদু কৈদগী থোশ রুনি।

ইবে :— [ শাওবা য়োয়হনা ] তা-তোম্বা! মসি মুপীসে ব্যবহার য়াওদবা র য়াম্না ঙাংখে, মতকশম লাক্কনা খিং ইমখো—

[ তোম্বা তৌকম খঙদবা মওংদা লৈ ]

য়াইমবী :— [ শাওনা ] অহ'ইয়ো—এমম্ন নঙোন্দা ব্যবহার তৌবা তারিনে! অদুমক ঙাংজ লাকচমু, 'সিদগী থিন্না মঙাইরবনি ইখোঙ পায়দুনা হান্নজরগদবা।

ইবে :— [ তোম্বদা ওনশিন্দুনা ] তা-তোম্বা করি য়েংলি, মতকশম পায়ত্নুনা ইনখো—

তোম্বা :·- [ য়াইমবীগী মনাক্তা থরদং চঙশিন্দুনা ] ইবেম্মা কান্নদে, 'সিদা চিন পংথী থীরগা ওইবা য়ারোইদা; অদুগী শরুকপুদি নিংখিনা হাপ্রিবৈসিদা চংহোৎনা কেদা...

য়াইমবী :— [ শাওনা ] তুমিন লৈয় মীনাই মচ! মীনাইদগী মীনাই হায়বদু চপচাবা হেক ওইদা নংসে। মমাঙতৈ এনা

ইপাম করিবৈভেদা', নংগী চম্প্রাসিগী কমসি ওইননবা, ইতু' কোয়ইন-ইম্নরম্বা নৎত্রা মং ?

তোম্বা :—[ মমায় লুকখৎহনা ] ইস ! ঙসিগী ইবেম্মগী য়ানিসি—

ইবে :— কায়দে কজনা হায়রিবৈভেসিদা চৎহল্লোবনা কৈদা 'সিদগী থুং. থোক্লরক্লবদি লৈবাক কুম্মৈ ওইনি।

য়াইমবী ; - ইয়ে ! হৌজিক্তা ইকাইবয় খঙদকপা শারি ! ... য়েংশি, কনানা ঐবু তানবা ঙম্বা থোরকউ। ঐগীম্ হয়ুমনে, ইপুবোয়বনা থনম্বা। মপা কনানা তান্নবা ঙম্বগে য়েংশি হৌজিক...

ইবে :— [ শাওনা ] ওম্বোক্লয় ঙম্মীদ্রবা ইবেম্মা ! ইঙক্তা শীবা সনা কাওবা কায়বোক্তুনা শাথিবা য়ুমসিবু নংগীনি হায়রবা ! .... ইবেম্মা তোঙম্বী ! নশক্তু উবদা কিবু কিজরেনে !!

য়াইমবী : — হোয়নে-হোয়নে, নঙকশমদগী সনা' থুগাইদুন- শাথিবা য়ুম ওইরিনি !— নপামদগী সনা যোহয় মতুম-মতুম পুরকপনিনা !

ইবে :— [ তোম্বদা ওনশিন্দুনা ]তা তোম্বা. ঐদি কিবু কিশিল্লকয়েনে ! সাহেবনা ঐগীদমক থম্মীরম্বা সম্পত্তিশিংসি ঙম্নমক মাগীনি হায়রকপৌরম'সিদে—

য়াইমবী : — নত্তদে, ইপুবোইবনা থনম্বা সম্পত্তুদি ঐগী ওইদনা কনাগী ওইগনি ? [ শাওনা ] নংন. ঙসি থমুক নাপন

ভৌরিবসে, য়েংউ, হয়েংদা মতায়রে মওকশম লাক্নুনা ইল্লগদবা—

[ য়াইমবী য়াম্না শাওনা মপালোমদা থোকখি। ইবেচাওবী, তোম্বা য়া ঙাংদনা! তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই ]

ইবে :— তা-তোম্বা! ঐগী কোকসি ওম্থোক্না ঙাওরে। ঈশিং গিলাস অমতা পিয়ু?

তোম্বা :— ঘনি-ঘনি ইবেম্ম, ঐ লৌথোকচরগে।

[ তোম্বা ইমুংদা ঈশিং লৌথোকপা চেনশিনখি। য়াইমবীনা হৌজিক্তা ঙাংখিবা —"ইপুরোইবনা থনম্বা সম্প্রত্তিবুদি ঐগী ওইদবা কনাগী ওইগনি———" অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া মথং-মথং থোস্থাংনা লোয়ননা মনাকোংদা তত্তনা তারকই। মরক অসিদা তোম্বনা ঈশিং গিলাস অচৌবা অমা পায়রদুনা ইমুংদগী থোরকই ]

তোম্বা:— [ঈশিং পিরদুনা] ইবেম্মা, ঈশিং গিলাস'সিমতং থক্নুমা ঙাইহাক্তং পোথাবা য়াবরা য়েংবীয়ু।

ইবে:— তা তোম্বা, ঐদি থরাইসি ওম্থোক্না ৱারেদা—

[তোম্বদগী ঈশিং গিলাসতু লৌদুনা থকই]

তোম্বা:— [থয় চিংনবা উত্নুনা] করিগীনিনা ইবেম্মা?

ইবে:— [মথৱাই ৱানা] তা তোম্বা, নংনদি খঙদ্রিবা। মাগীদি মচানুপা অমা ইচাও চাওনা লৈদে', অদুগা ঐগীদি কদায়—? সাহেবনা থমম্বা অস্নুক চাওরবা সম্পত্তিসে মাগী মথুক্তা ওম্না তাথ্রবদি ঐদি মাঙজরেদো।

তোম্ব:— [অৱাবা ফোংদোক্নুনা] হোয়নে ইবেম্ম, মচানুপা পোকপা পোক্লবর্গদ কদায় চাংদমবা য়াগদগে। ইবেম্মনা, অস্নুক

য়ানা শেন্নরিবা সম্পক্তিশিংসি মাগী ভাক ওইগদবদি ঐখোয়দি মাঙজরেদো....

ইবে :— [ অমুক্তা হেন্না মথল্লাই য়ানা ] অত্তুদনি.ম ঐনা য়ারিবস্থ তা-তোম্বা ! ভসিদি ঐগী পুক্লিংসিদা চিংনবা অমা তত্তুনা পোক্লক্লে, কন্নিবু থোক্লগবা। ঐমা অস্থক য়ান লন-থুম ময়াগশিংসি শেন্নরিব সবু অরেম্বদা তাদুনা তোক্লগত্ত্রনে ·

তোম্বা :— [ থেমজিনবা মওংদা ] কন্নিগী য়ানা পংথৌ-তৌবস্থ য়ারুগ-নোদা ইবেম্মা ! মচানুপা পোকই হায়দুনা মানা ভম্বমক লৌবদি কদাইদগী য়াগদগে ? অচৌ অশাং অস্থক য়াম্না সঙ্গ তৌ'রবা ইবেম্মনবু অথঙ অহৈশিং তান্নরগা লোইরে।

ইবে :— [ থর ফিংনা ] অত্তুদি তা তোম্বা নং হৌজিকমক ঐখে য়গী সাহেবকা য়াম্ন লুনা তিন্নরিবা সেক্রেটরীদো অমুক্তা উনরুচো। সম্পাত্তিশিংসি ঐগী মিংদা ভম্না ওস্থোকপা য়াবগী কন্নি পাম্বৈ লৈবগে হায়বত্থু থঙদোক্তবা য়াদে।

তোম্বা :— ইবেম্মা', ঐখোয়গী সাহেবকা য়াম্না লুনা তিন্নবা সেক্রে-টরী হায়ববু সেক্রেটরী মনিগাবুরনে ?

ইবে :— হোয়নে মাম্নিনে। অস্থক কুইনা লৈয়রুগা মত্থু কাওবা থঙদ্রিবোইরে তা-তোম্বা। থিম্লেনে তা-তোম্বা, হৌ-জিকমক উনথোকউরোনে ....

তোম্বা :— হোয় হবেম্মা ! ননাই তোম্বা লৈ'রিঙৈদবো মীনা পংলাক লাকচবা য়াই হাধবগ্নো।

[ ফিংনা মপান্নোমদা থোকদবগী থোঙকাব অম অনি থাংড়ি ]

ইবে ; — [ পাখৎপগা লোয়ননা ] ঙায়খোনে ভা-ভোম্বা, কদ'য়দনোনে নংনা চংকদৌরিববো ?

ভোম্বা :— [ চপ লেপ্তুনা ] ইবেম্বনা হৌজিক তাকপিখিবা থবক্তু পাংখোকচরুগে ভোবনে। হৌজিকমক ওফিসতা চম্ভুনা সেক্রেটরী বাবু উনরুগনিদনা। মসিবু কুইথবা য়াবা থবক্না—

ইবে :— [ থয় শাওনিংবা মওংদা ] কয়িগী ওফিসতা চংলুগদগেনে ভা-ভোম্বা। মতম মাঙনবগী থবকসিদা শিনবনিনে নহাক্না। কৈদৌগে কোম্দা য়ারী শাবদি য়াদবরো ?

ভোম্বা :— হোয়নে ইবেম্মা, ঐদি ফিংমনখিদ্রনা কোন নৈ হায়বা কাওবা কাওথোক্লুরবনি। অদুদি ইবেম্মা ঐ সেক্রে-টরী বাবুগা কেন্দা য়ারী অদুক শারুথিগে।

[ ইমুংদা ফিংনা চংথি ]

ইবে :— [ মতোমদা ] ইস! ওস্থোক্না লাকচনা হায়রম্মীদা ঐবো — 'মঙকশম লাক্তুনা ইনগনি' কাওবা হায়রম্মবা ··· — [ শাওনা ] শকথীবী, ইকায় থঙদবী মানগ্র অসি য়োমা ঙাংবগী মখোনা নৈরবা করিগুম্বা সাহেব নৈরবা থোক্লবদি মা ওসি থঙগদবনিদো। থম্ম থম্লুরগা পুক্লিংসি সুং-শিন্নকইদকো — ··· —

[ খোঞ্জেল খোক্না হিক-হিক কপ্লহুনা লুকখহুনা লৈথি। মতমসিমক্তদা মপা-লোমদগী জামিনী চঙলকই। তেখহ্ ইমুংদগী অমুক থোরকই। ইবেচাওবী জামিনী লাকই হায়বা উদে ]

তোম্বা :— [ জামিনীদা ওননিঙ্দুনা ] ইবেম্মা, লেঙশিনবীরকউ—লেঙশিনবীরকউ !

[ ইবেচাওবী মমায় হায়রংলকপদা জামিনী লৈরম্বা। উই ]

ইবে :— [ মপুক্কিং সুংশিনা ] ইতা চঙলকউ লাওনে কৈদৌগেনে, ঐদি তোকম খঙজবনিনে।

জামিনী :— [ অরাবা কোংদোক্না ] করানবু তোকম খঙগদগেনে ইদা, হন্দকী মতৌসিদি মঙগা চপ মান্নরবনি !

ইবে :— অচুম্বমক্নে ইতা ! হৌজিক-হৌজিমক ঐগী রাখলসি মঙজ্রং অমদা তাওহনা লৈরিবনি ··· ···· ····

জামিনী :—করাগী থরাইনবু চাক্রোইদদগে ইতা। হন্দক সাহেবনা লৈখিদবাসিদি ঐখোয় ওম্রংকী অরাবনি। মমাঙদৈগী মতৌগুম্বা থবক থুদংমক্তা ঐখোয়না ইনিং-ইথা তৌজবদো হৌজিক্তি যারোইদো—

ইবে :— ওম্বোক্না পেনখিদ্রে ইতা হন্দকী মতে'সিদি, ঐদি থল্লু থল্লুরগা থম্মোয়সি কায়গদৌরবনি।

[ মতোমদা মরাইবক্তা থুত্থা ওজে ]

জামিনীঃ - চুম্মীনে ইতা, কদায়দবীবু সুংঙাইরুগগে। নোংম-মিনিদং ওইরবসু লায়কম্নরম্মুদনা থরদং ওইরবসু পেনগনি হায়রবা, মচুসু মওবা—হকচাং ওমদে হায়বগা লৈখিদবগা চপ চপমান্নবা ! ইসং ওম্বোক্না শাখিখ্রবা লায়না হায়বহু ওইরে মংখায়গী 'হার্ট এটেক' হায়বসি'দ !!

ইবে:— [নিংঙমদবা মওংদা] কৈদৌগে ইতা হায়বদি, পুংখায় অমত্তং ওইরবনু জ্ঞান ভাম্নম্মু্ন্দনা, য়া মঙ'-তরাদং ওইরবনু ঙাংনহৌগনি হায়বা। অহুবু কদায়— অহুম পঙথ-খিবদগী য়া ঙাংবা ঙমদনা অহুম্মক লোইথ্রবনিনে। ইস! ঐগী লাটবকসি ওহোক্লা খীনা ভমম্মীদকো........

[মহুশাক অনিহুনা মমায় থুম্মহুনা হিক-হিক কপী]

জামিনীঃ— [থেমজিনবা মওংদা] কৈদৌরুনি ইতা হৌজিকপু কপ্পু্হুনা, কনা কপ্পু্নবু হল্লক্লয়োইদবনি। অহুগী শরুপুদি হৌজিক কৈদৌশিগে হায়বহুহুম খল্লসি।

তোম্বাঃ— অচুম্বমক্কি ইবেম্মনা তাকপারিবদো। হৌজিক ঐখোয়না কনা কপচহুনম্ন সাহেবতো অমুক হল্লক'খনি হায়ব' য়া লৈত্রবনিনা কৈদৌরুনি কপ্পু্হুনা। অহুগী শরুকপুদি করি কমদৌরগা সাহেবকী কর্ম্মসে চংখোম্না পাংথোকপা য়াগদগে হায়বহুহুম খল্লরসি—

জামিনীঃ— [কর্ম্মগী য়াদি লায়বু লায়রিদা ত'-তোম্বা। ময়াম অমুক য়াম্বা লৈরি, করিগী নিংথিনা শোন্দদগে। [তুং-মাঙ কোয়রপ-কোয়রপ য়েংলম্মগা] ঐনা থল্লনিংঙিবদি অহৈগী নশুবে........

তোম্বাঃ— [থম ঙক্লা] করিনিনা ইবেম্মা?

জামিনীঃ— ঐনা হায়বদি হৌজিক সাহেব কৈত্রবনিমা' থনম্বা শেল থুম, সম্পত্তি পুন্নমক্তো য়াম্ন। চেকশিন্না য়েংশিনবনা চুম্মে হায়বনি।

তোম্বাঃ— ইবেম্মা, মতুগী য়াকমতুনিনে তৌজিক্কা ইপু-ইনাই খম্নরম্মীবস্নু। [থজিক্কং অবাবা কোংদোক্লুনা] অতুদা খ্'য়দগী লুরিববু, মচানুপা পোকপা সাহেবকী মুপী অহল অমা লৈরিবাসনিনে—

জামিনীঃ— হোয়নে মতুনিনে ঐনা য়ারিবস্নু। ওন্না নিন্নগা হুইনা মনা থাই হায়বগুম্মদনা ইতানা য়ানা তাঞ্জবা শেলশিংসে মহান্না ইরায়-লায়না লোথোকখিগদ্রা অসিনিনে,— অতুম তৌরবদি লোইরেদো ইতা!

ইবেঃ— [মতুদনি ঐগী থম্মোয়াস পুবা য়াত্রিবসে....[অমুক্তা হন্না কপী]

জামিনীঃ— ইতা কপ্পনদি ওইবা য়ারোই। অতুগী শরুকপুদি য়া মুন্না ভায়হৌবনা কৈ—

ইবেঃ— ইতা নংনদি খঙ্ডাত্রবা। মাগী মুপী অহল শকথীগী, ইকায় খঙদবীতু লাক্কুনা হৌজক্কু মঙায়রিনে ইমু সি দোন মোন হাইরম্বা—

জামিনীঃ— [পাথৎপগা লোয়ননা] ঙাইথো ইতা, করি করিদি হায়রর্ম্মা ?

ইবেঃ— লোইরবনিনে লোইরব ইতা! ঐবুস্ন য়ুমাসদগী 'নঙকশম লাক্কুম্মা ইন্নগদবনি'-কা হায়রম্মবনিনে শকথীবীতুনা—

জামিনীঃ— [ঙাইহাক য়াখল তৌরগা] হায়রিসিমদি ইতা, য়াকমাস তরায় তরায়বা হায়বতু ওইরোইদৌরি। কৈদোগে মথোয়' পাবুং সেক্রেটরীগা মাঙজোননা অমুক্তদি থমহৌদনা ?

তোম্ব :— সেক্রেটরীবাবুগী মকমদা মরম খুদিংমক হৌজিক্তা ঐনা কোন্দা ব্রারী শাজরবনি। সেক্রেটরীবাবুস্থ হৌজিক সিদা লেংঙক্কনি হায়না তাকপিরকই।

ইবে:— [খর লাঙতরবা মওংদা] সেক্রেটরীবাবুস্থ সিদা লাক্কনি হায়বা তা তোম্বা ?

তোম্বা:— হৌজিকমক য়াম্না থুনা লাকনি হায়না তাকপিরকই ইবেম্মা।

জামিনী:-- শোয়দনা য়োৎক্লনি ইতা। ঙসায় অয়ুক অঙনবদস্থ ঐত্তোম্দা চংলুসি হায়না হৌরম্বনি, অদুদা সাহেবনা থনম্বা শেল থুমগী অকুপ্পা মরোল থরদং হান্নবা থঙ-দোকউথিগে হায়দুনা ওকিসতা চংখ্রবনি।

ইবে:— [মপুকিং সুংশিনা] হৌজিক্কী মতমদা ঐগী হায়রবু নখোয় মঙায়রেদো ইতা। ইত্তাস্থ খঙহিবদুনি লৈকাইসিগী মীপুম খুদিংসে ঐগীদি য়েক্লবা ঙাক্লি মতমচুপদা ঐগী অচেংবদা ঙায়দুনা লৈরিবা— — —

[মপাল্লোমদগী কার লাকপগী মখোল তায়]

তোম্বা:— [ক্লিংনা] য়ৌবু য়োৎক্লমাল্লে সেক্রেটরী বাবুস্থ—

জামিনী :— মাম্লি তা-তোম্বা, ঐখোয়গী কার মখোলনি। মখোয় 'পাবুং শোয়দনা ওইরমগনি

[ মতমসিমক্তদা মপাল্লোমদগী মপুক তম্লিংম্লি কংলবা সেক্রেটরী মনিবাবু চঙলকই ]

ইবে :— [ হয়াওবা মওংদা ] ইহে, সেক্রেটরী বাবুম্ন য়ৌরকয়েদবা ! লেঙশিল্লু—

[ তোম্বনা সোফা অমা মগুক্তগী মফিনা ফৎ ফৎ কহোকই। সেক্রেটরীবাবু সোফাদা ফম্মী ]

জামিনী :— [ মনিবাবুদা ওনশিন্দুনা ] মখোয়'পাবুংনা ঙসায় ঐঙোন্দা হায়রম্বদো চৎচাবা অশেংবা খঙবীরক্লবরা ?

মনি :— [ খর ঙক্না ] করিবো ঙসায় হায়রম্বা হায়বদি ?

জামিনী:— ফেরা, অতৈ নম্ভেদা – ঐখোয়গী সাহেবনা থনম্বা শেল থুমগী অয়োনবা হিসাব অমা খঙদোগীরকনি হায়রম্বদাইনে।

ইবে: — [লাঙতক্নবা] মদুনি ঐনা খায়দগী খঙনিংলিবম্ন ! ঐদি সাহেবনা অঙ্গম্বা খঙহৌদনা নোঙাখিনি হায়বসিদি খঙহৌদবনিনা শেল-থুমগী অকুপা মরোলস্ন কয়া খঙজহৌদ্রবনি।

মনি:— [মখুৎ নাম্বনা মকোক হোৎল হোৎলদুনা] ঐস্ন ঙসায়দগী মদুদা খঙনবা হায়দুনা পাও মথং-মথং থাদুনা হংহল্লুরবনি।

তোম্ব :— [খঙনি বন লাঙতকপবা মওংদা] সেক্রেটরী বাবুনা চাওরাকপা হিসাব অমদি শোয়দনা খঙবীরম্মনি। [ইবেচাওবী য়াম্না লাঙতক্লবা মওংদা লৈ]

মনি:— [মঙক নোম্মদুনা] উম চুম্মী তা- তোম্বা। সাহেবনা থনম্ব শেল-থুমগী হিসাব কুপ্পা খিজিন্দুনা ঐ খঙলে—

ইবে:— কনা-কনাদা কয়' কয়াদি থনখি হায়বগে ?

মনি :— [ মমার খজিত্তুং লুকখরহুনা ] লাইক ইন্দ্রেজনদা লুপা লাখ অমা অহুগা শেল ওইনা বেকতা লুপা লিশিং নিফু 'মগদি থনম্মি হায়বা তশেংনা থগুস্তে।

তোম্বা :— [ হরাওবা মওংদা ] অহুদি পুম্না লুপা লাখ অমগা লিশিং নিফুদি লৈরেদনা!

জামিনী :— [ হরাওবা মওংদা ] ইস। সাহেবনা হুন্দক লৈখিদবসিদি ইতা নংদি কনহুম কাম্নগদৌরিদনা!

ইবে :— [ থর হরাওবা মওংদা ] কদায়দগীনোনোদা ইতা!

জামিনী :— সাহেব লৈরিঙৈদদি অসুক য়াম্বা শেলফমদি ইতা নংনা ননিং তৌনা শিজিন্নব য়ারমদবনি; অস্তুবু হৌ-জিক্তি ঙসমক ইতা নংগী খুশিদা শিজিন্নবা য়ারেদনা। লুপা লাখ অমগা লিশিং নিফু লৈরবদমু করিগী সাহেব লৈত্রে হায়রবগী য়ানিংঙায় লৈরিবগে। ইস, ওস্থোক্না নরাইবক কৈদকো ইতা নংসিদি .... ....

মনি:— ঙাইখোমে জামিনী, নংনদি হরাওরিবা—মসিদা য়াম্না লুবা ঠা অমা লৈরিনে!

জামিনী:— [থর চিংননা] করিনিনা?

মনি'— [ঙাইহাক্তুং লুকখহুনা রাখল তৌরগা] অস্তুবু হায়রিবা শেলশিংসি অমত্তুবু পাক হেক কংবা য়ারোইদৌরি—

ইবে:— [পাখংপগা লোয়ননা] করম্না সেক্রেটরী বাবু ঃ সাহেবনা লুনা চান্না তৌজবম্বদি ঐদনিনা। সাহেবকী মরমদি ঐনা কংকম থোকই।

মনিঃ— [নুংশা ময় শাংনা চিংথরদুনা] খ্বায়দগী লুপ্লিববু—বেঙ্কতা থনপ্লিবা লুপা লিশিং নিফুদু সুপী অহনগী সহি য়াওদনদি ময়া পৈশা অমগী মাল লোথোকপা য়ারোইদৌরি, সাহেবকী মিংদা থনস্বা একাউন্তনি।—সুপী অহনগী মবুং মৌপাশিংনা মতুত শেম্নদুনা লৈরবনি, অদুগী মথক্তা— — — [রা মথা তাবা ঙমদনা লুকথদুনা লৈথি]

ইবেঃ— [হেন্না পাথংপা মওংদা] এং মতুগী মথক্তা কেদৌরবা অমুক ?

মনি;— [অরাবা শকফমদা] লাইফ ইন্স্যুরেন্সকী লুপ লাখ অমদুসু নোংমিনীদি মচানুপাদা হাপ্লম্মী হায়রি ! অদুনা মতুদগীদি পৈশা অমকাওবা ফংগনি হায়বগী আশা উদ্রবনি।

জামিনীঃ— [য়াম্না ঙক্লা] করি.নানে হায়রি'সবো, ঐথোয়গী সাহেবতুবু ঙাওব্রনে ! সাহেবনা হিংলিঙৈ মতমদদি ঐথোয়গী ইতাদমক শোনবনি ! সুমিংচুপ্পগী কোয়রে কোয় মন্নবা, চারে চামিন্নবা অদুগা শেল·······

মনিঃ— নংনদি খঙ'দ্রব জামমী। হায়রিবা লাইফ ইন্স্যুরেন্স অসিদি নথোয়গী নতাগা সাহেবকা শক খঙন'দ্রবৈগী মমাঙদা য়াওরম্বনি, অদুগা মচানুপাগী মমিংদা হাপ্লম্বা ওইরমগনি—

ইবেঃ— [ইস ! ঐদি মাঙজরেদনা—[তৌফম খঙদবা মওংদা ইল্লিবা ফিদুগী ফিজি নাম্মা পায়রদুনা মমায় মপাদা হুম্মী]

জামিনীঃ— [অরাবা শকফমদা] অদুদি হৌজিক্তি করি উপায় লৈরি ?

মনিঃ— হৌজিক তৌগদবা হায়নবু সুপী অহনদ্রগা চান্নশিন্নগা থেম-থেমদুনা লোথোকদবা। মদু নত্তনদি অতৈ উপায় কয়া উদ্রে—

তে.ম্বাঃ— [অন্বাবা মওংদা] সেক্রেটরী ব বু, কনা,মতগী শক্তিনা সুপী অহন্দুগা ঐখোয়গী ইবেম্মগা সুংশিনদ্রিবসি কোকহনবা ঙম্মরোই। হৌজিক্তা মঙায়রি অয়োবী খোল থানদুনা থৎনখিবা।

ইবেঃ— সেক্রেটরী বাবুনদি থঙবিরবা। শকথীবীদুনা ঐমু অমুক্তোয়বা লোইরম্মবনি! য়ুমশিদগী ঐবু ইঙকশম লাক্নুনা ইল্লগদবনি হায়রম্মবনি—

মনিঃ— [অন্বাবা মওংদা] হায়রিরা ঋাকমতুমকম্ন ওইবা য়ারকইবনি।

তোম্বাঃ— কয়ম্বা মদু'দ সেক্রেটরী বাবু! ইবেম্মনা অমুক য়ানা শজথ্রবা য়ুমশিবু মখোয়না লৈবা ঙম্বগী মতীক্লা? ইবেম্মগী ঙকশমদগী সনা কাওবা কায়থোক্নুনা শাথ্রবা য়ুম্বো—

মনিঃ— অদুবু তা তোম্বা, আঙ্গনগী থোঙদদি সনা কায়থোক্নুনা শাখিবনি হ য়বদ্রাদ উবিরোইদো। সাহেবকী মমিংদা লৈরিবা অমুক চাওথ্রবা সম্পত্তিসি মখোয়গীনা হক কাল্লনে।—অসিনিদো মচ' লৈবগী কান্নবা হায়বদো!

[ইবেচাওবী মমায়দা হমাং মরিক মরিক কারকই। হান্নগী মতৌওমা মাগী ফিজিদ্নুনা মমায় মপাদা কন্না হম্মী। মতমসিমত্তদা মপান্নোমদগী থরো ফিংনা চঙলকই। মফমদ্দা লৈরম্বা মিপুম খুদিংমক চিংনবা মিথয়েং অমগা লোয়ননা থরোদা মুন্না য়েংদ্নুনা লৈ]

মনিঃ— কৈদৌরগেনে ইচে থরো নংনা অসুক কিংনা লাকইসিবো !

থরোঃ— [মুংশা স্বর থবেৎ-থবেৎ হোলহুনা] সেক্রেটরী বাবু ঐ য়ুমদা লৈবা য়াদহুনা চেক্লকবনি !

জামিনীঃ— কৈদোরগেনে ইনম্মা, কনানা করি হায়ররকপা য়াও-রবগেনে ?

থরোঃ— [থর পাখৎনা] করিগী ওইগদগেনে ইবেম্মা ! ঐখোয়গী সাহেব লৈথিদ্রে হায়বা পাও হেক তাবদা নিপা কুনমুক্না ঐগী য়ুমদা কোয়শিন্দুনা লৈখ্রবনিনে—

তোম্বাঃ— [থর কিংনা] করিনো ইবেম্মা অঠুদি ?

থরোঃ— করিগী ওইনি তা তোম্বা। সাহেব লৈত্রবদি মখোয়গী শেল পুম্নমক মাওখ্রনি হায়বগী পাখৎখিহুনা সুমিচূপ্পা ঐগী ইতূ' কোয়ইন ইমনো লৈখ্রবনিনে ॥

জামিনীঃ কৈদোবদা লৌরুরিবা শেলনোনে ইনম্মা ?

থরোঃ— হেয়া ইবেম্মা, অঠেত কনাসু য়াওদে শেংনা হেক্তমক হায়দোক্লগে— মমাওতৈ সাহেব খওহন্দনা ইবেম্মগা ঐগনা থবক হপ্পীগনি হায়দুনা মী অমমমদগী লুপা লিশিং অমমম লৌথোক্লরবনিনে.......

মনিঃ— ঙাইখোনে ইচে, পুম লুপা কয়াবু লৌশিল্লুরগে ?

থরোঃ— থোইনা পংয়াম য়াম্বা শেলদি মশেংনা সেক্রেটরী বাবু, লুপা লিশিংকুন্দনি !

মনিঃ— [থর শাওনিংবা মওংদা] অত্তদি হোৎজিক কমদৌবা তারি ? কদায়দগী শেল লেহুনা মীগী লুপা লিশিং কুন্দ, শিংগদৌরি নংদে ঃ

থম্বোঃ— মতুদনিনে সেক্রেটরী বাবু ঐম' য়ুংদা লৈবা ওমদত্তুনা 'সিদা চেল্লক্লিবসে [অল্লাবা মওংদা] হৌজিকপু বদায়দগী পৈশা লৌতুনা শিংগদগেনে— অশি-অনাগা য়াওশিল্লে!

মনি;— অতু'দি ইচেগী দায়ীনিন, ইচেনা লৌরুরবনিনা ইচেনা অতুম থর ব্রাবীম্নো।

থম্বোঃ— বদায়দগীনোদা সেক্রেটরী বাবু ঐগী ইথুংনা অতুক য়াম্বা শেলতুবু লৌবা ইতীক্লা! ঐনা শক মথৈ থঙ. নহল্লগা পৈশাদি ইবেম্মগী মথুংমক্লা লৌথি্রবনি.......
[মপাল্লোমদা হাইফেত্তং য়েংলুরগা] ইস মপান থোকপবু কিরবনি. ঙসি মঙানিগী মনুংদা শেলসি শিংত্রবদি ইবেম্মগা ঐগদি হিংগনি হায়বা আশা কয়া উদ্রে! [অল্লাবা মওংদা মতুবা মেত্ত্না লৈ]

জামিনীঃ— করম্না ইনম্মা অতুদি! করি হায়বগেনে মখোয়নবো?

থম্বোঃ— করি হায়গনি ইবেম্মা! থবক হাম্নীরা ওমত্র নিমা শেল ওইনা হন্দোকপিরো '।সমিদনা। 'ঙসি মঙানিগী মনুংদা শেল শুনা পীথোক্ত্রবদি নথল্লাই লৌগদব'ন' হায়না য়াশক্লমগা ওম্লমক শাওনা-শাওনা' চংথ্রবনিনে! ঐদি ওম্বোক্লা য়ারেদকো ইবেম্মা হন্দকী মতে'সিদি—

ইবেঃ— [ঙসোয়মথৈ তুমিন্না উংহুনা লৈরম্লগা চোয়রোল ওই করি ওইনা] হৌজিকপু লুপা লিশিংকুন'মম্ভ অমুক শিংবা তারিবা.......!
[থঙহৌদনা মশাহু লেকথহুনা লৈমায়থক্তা হাইথথিরম্মী। ময়াম পুম্নমক

পাখৎপগা লোয়ননা হোৎচিল্লি। জামিনী অমহং থয়োনা ইবেচাওবীবু কোনখৎলি]

মনিঃ— [য়াম্না ফিংনা] ভা-ভোম্বা, ঔশিং-ঔশিং ... ... .... ....

[ভোম্বা য়াম্না ফিংনা ইমুংদা ঔশিং লৌথোকপা চেনশিনখি]

পর্দা তপ্প-তপ্পা হাইজিনখি।

## লীলাগী মীশকশিং

### নুপা

১। য়াইমঃ—চেক্কী মিস্ত্রী অমা

২। মধু—অহল ওইরবা চেক্কী মিস্ত্রী অমা

৩। তোম্বঃ—চেক্কী মিস্ত্রী অমা।

৪। ডাক্তর বিজয়—মেণ্টাল স্পেসস্যলিষ্ট অমা

৫। রাজেন—ঠিকাদার অমা

৬। শ্যাম—য়াইমগী মশেন

### নুপী

১। সখি—য়াইমগী নুপী

# লাইসন

[মনুষা থোইনা প'চাও চাওদবা ই গী যুম্নি। কয়াং ইকিন-কিংরবা মাঙ্গোলগী শক্কমথৈ নিংথিনা উবা ফংই। কক মচা অমগা মোয়া অমদগী হেন্না অতৈ লৈতে। মাঙ্গোলগী মচি অমদা লেপ্লদুনা নুপী অমা মশম মনা ইফা ফানা মমায় অৱাংলোমদা ওন্দূনা করিগুম্বা পোৎশক অমা মমিৎ কুপ্তবমথৈ য়েংদুনা লৈ। যুমসিগী অৱাং তেক থংবদা য়াম্না কজরবা চেক্নী যুম অমা লৈ। যুমদুগী মথাথংবা ফগ্রাংগী শকক থরমথৈ উবা ফংই———।
য়াইমা ইমুংদগী থোংনক্তুনা নুপীদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা তৌকম থডদবা মওংদা ঙাইহাক মুন্না যেংদুনা লৈ। লোয়ননা নুমিদাংৱাইরমগী অঙৌবা নুংশিৎ তত্তনা শিংপা হৌরকই।]

য়াইমা :— কৈদোগে সখি নংবো, ঙাইহাক্তদি পোত্থাক চায়বনি!
চা'নি-পক্কনি হায়বা খঙলিপ্রক্তে, অহিং কংঙি তূম্মক্তবা
ঙসি মঙানি শুরে। কমদোগে চায়রিবমো মহাকপো?
[ৱা মচেৎ অমকাও ঙাংদনা নুপীদু হ'ন্নগী মতৌগুম চপ লেপ্তুনা লৈ। যুমলোন্নবা ইমুংদগী অঙাংশিংনা শান্নবগী লাওনবা মখোল তায়]——
মীগী ইমুংনা কয়া নুংঙাইনা পাল্লিবা অদুগা ঐখোয়না!
[সখি মমাম লৈথোরক্তুনা য়াইমদা চংগদবগুম মুন্না যেংই।] কায়দে
লাও ইমুংদা চঙতসি— [মথুদাং ৱাম্মা পায়]

সখি :— [মমিৎ থানা য়েংলগা] খুদাংকায় পায়জবশাই। নংগা-
ঐগা করি মরী থোক্লদুনা—[য়াইমগী মথুক্তু কপ্থোক্লগা ইমুং-
লোমদা প্রপ-প্রপ চঙথি। য়াইমমু মহাক্নী মতুং ইন্নথি। মপালোমদগী
মথুগা তোম্বগা চঙলকই]

মধু :— [ থর চিংনবা মওংদা ] ইবুংঙো য়াইমদুবু চৎথোকখ্রবরা
কৈনো লৈবা উদেনা ?

তেম্বা :— ইমুংদা লৈরম্বসু য়াই থুরা।

মধু : - হোয়নে, য়ুমদা অনাবা অমা য়াওরগবু চৎথোকপদি
হোনদে।

[ ইমুংদগী য়াইমা থোরকই ]

য়াইমা :— থুরা ! করোমদা লেঙশিনবিয়—[ তোম্বদা ওনশিলগা ]
তোম্বা ! কম্মুনে কক্কা ... .... ... ...
[ তোম্বনা মাঙোলগী কক্ক থর চিংথোরগা মবাগ্নি কন্নী ]

মধু :— করি ওইননো ইবেম্বনা ঙমদে হায়রবো ? অসুক
কুইবসি নোংমতবু চৎথোরকপা ঙমদে !

য়াইমা :— [ ইমুংলোমদা হাইকেত্তং য়েংলম্মগা ] মথোং কয়া চাবা লায়না
নত্তে থুরা। হায়:দাকপা হঙ্গোইবা ব্রানি ... ... ....

মধু :— [ নোকফেৎ তৌনা ] ইবেম্মবু কুম-থা শুরব্রনে ?

য়াইমা — [ কয়া হৈনিংদবা মওংদা ] কদায়দগীনো থুরা, অদুগীবু ওইরবদি
করিগী অসুক কোক ঙাওজরগবনো [ অরাবা শকফমদা ]
ঐ খোঙকাপ অমকাও কাপ্পোকপা ঙমদ্রব'ন।

তোম্বা :— থঙদ্রেদা, তা-য়াইমা য়াওদংদগী চয়োল'মা পুরা কারে
থবক লেপ্লিবা।

মধু :— [ চিংনবা উত্তুনা ] করি লায়নানোনে ইবুংঙোমা অসুক লুনা
থল্লিবসিবো ?

য়াইমা :— চিনসিদবু পনজনিংদে, ওপ্পোক্না হৈনখিত্রবা লায়মানি
থুরা ! [ মমায় লুকথহনা লৈখি ]

কল 'তাদবা অহ'মা

তোম্বা :—তা য়াইমনা অসুক চিংনরিবসিবু করিগীনো? ঙাইহাক লৈতনা লৈত লায়রগী ঈ তারিবা ঐখোয়দসু হঙ্গোইবরনে ?

য়াইমা :— অদোমদা নত্তেদ ইবুঙো তোম্বা —

মধু :— অদুদি হায়দোকউ কৈদোগে। অক-কত্তা মতাম্রসি।

তোম্বা :— হোয়রনে, ঐখোয়না ঙস্বা মতেং থরদসু পাংগনি—

য়াইমা:— [ইমুংলোমদা হাইফেত্তং য়েংলগা] অতৈ নত্তে থুরা, বুদ্ধি চোইরবনিনে বুদ্ধি চোইরবা—

মধু:— [পাখৎপগা লোয়ননা] বুদ্ধি চোইরবা ?

য়াইমা:— ঙসি মরি-মঙানিসিদি ঈা-লান অমকাওবা ঙাংনবা য়াত্রবনি। মকি-মরোলকাওবা মকম খঙদবমখৈ শেরান তুরান্দা ঙাংদুনা লৈরবনি !

তোম্বা:— [অরাবা শকফগদা] এঃ অদুদি শাথীনবা মওংনিনা।
[মখোয় ঙমমক অরাবা মওংদা লুকথদুনা লৈ]

মধু:— [অরাবা ফোংদোক্‌না] ইস, ওস্থোকপা দশানিদা ! ইবুংঙো নংগী নয়াইবকসে ওস্থোক্লা থীখ্রেদা।

তোম্বা:— তাদগা ইতৈমতগা লৈবদা অমনা অদুগী কিবম য়োরবদি, কদায়দগী, থবক শু'-নোম্বগী ঈাখল চংকম লৈত্রেনা।

য়াইমা:— ভশেংনমক তোকম খঙদ্রবনি তোম্বা। থুৎনা শুদুনা চাব। ঐখোয়দি নোংমতং থবক লেপ্পদা চরা হেল্লিবনি। অদুগা তৌরিবা মতৌসি·······

মধুঃ— অদুগা ইবুঙো, সুপামচাদুগীসু ম-ন্ন—মপ'ও করি'মতা তাখিদ্রবরা ?

য়াইমাঃ— [অরাবা শককমদা] তাখিদ্রে থুরা, থা অনিরোম ক'রে মাগী করিগুম্বা পাও অমতা কংখিদবা........

তোম্বাঃ— ক'রগীনো তা-য়াইমা, সুপামচাদুনা য়ুম থাদোক্কনা চৎখিবনো ?

য়াইমাঃ— [মথরাই নুঙাইতনা] করি' ওইনি তোম্বা। ঐনদি মাবু মনিং থুংহনবা ঙমদ্রেদে', অদুনা....

মধুঃ— [থর চিননা] মনিং থু'দ্রে হায়রদুনা য়ুম থাদোক্কনা হেক চৎখিবসিবু...... !

য়াইমাঃ— লয়কারনা মাবু ডাক্তর তম্লনবগীদমক থল্লবনি, অদুবু ঐখোয়নদি লায়রবনিনা মাবু তমহনবা ঙমখিদ্রে। মদুদগী মথরাই নুংঙাইতবা অদুম হৌরবনি—

তোম্বাঃ— কনানবু থরাই নুংঙাইগদগে তা-য়াইম'। মীনা পৌওইনা হোৎনরকাওবদা তম্বা কংনদ্রিবনি, অদুগা মহাক্না...

য়াইমাঃ— ঐখোয়গী অয়াং হেক থংবদা লৈরিবা ইমু'সিগী অঙাং অমা ডাক্তর তম্মী। মহাক অহানবদা সীট ফংলম-দ্রবনি। মমৈথংদা ঐখোয়গুম্বা তম্বা ঙমদবা অম-অনি য়াওরকপদগী থুদোংচাবা ফংহুনা.... .... ... —
[অরাবা শকফমদা লুকথখি]

তোম্বাঃ— হৌজিকী মতমসিদা লায়রবা ঐখোয়দি হিংহৈদ্রবনি তা-য়াইমা। মরম থুদিংদা থম্মোয় লাইমন্দা ওইরগদবনে।

য়াইমা:— [থম্মোয় শোক্না] হায়না মীমাম্নবা ভুমদবগী থয় মুংঙাইতদুনা লৈরিবৈঙেদা মচা কায়নবগী মৈচাকসিগা অমুক হাপচিল্লকপসিদদি থঙজ্রে ইবুঙো তোম্বা ঐনা তৌ'দৌসি— !

তোম্বা:— তা-য়াইমগী খনবদা ঐনা হেন্না য়াথে ।

য়াইমা:— [হুংশা থয় শাংনা হোল্লহুনা] ঐসু শিখিবনহুম হেন্না ফয়গদ্রা খল্লে ।

মধু: — য়ারে হায়দুনবু হেক্তা চেনবা য়ায়বদি মীওইবগী পু'ন্সদি ফাগী ওইরেদনা ইবুংঙো ! সংসারগী মায়ানিনে, মসিদগী থোংকাপ অমফাওবা চেনবা য়ারোইদোবনি ।

তোম্বা:— চুম্মী থুয়া। য়ারে হায়দুনা চেনবু য়ারম্মবদি ওসি পৃথিবী'সিদা ঐখোয়গুম্বা লায়র-অনংশিংসি মশক অমফাওবা উরম্মোই ।

মধু: — [চীং লেম্না] ঐ:খোয়না অয়া-অনা খুদিংমক ইচং থোনা মায়রোং য়াবা তাবনি

য়াইমা:— মদোমদা খন্দ্রনা ঐগী অয়াবসি থয় অদুক কাওথোক্নদবা মঙাইরে থুয়া !

তোম্বা:— মাইবাদি কনা কনা য়েংহল্লে তা-য়াইম ?

য়াইম:— লৈবাকসিগী মমুংদা মমিং থয়-থয় লৈবা মাইবা অহুম শুরে কৌরিবা।

মধু:— [থয় লাওতক্নবা মওংদা] করিনি হায়বগে মখোয়নবো ?

য়াইমা:— [ইহৈ-হৈনিংদবগী মওং উত্তুনা] কমাগী'য়াবু লোগদনো থঙদে থুয়া। পোশেম্নি, যাদুনি হায়বম্মু য়াওই, অদুগা

হেলোয় ওক্লবদগী ভৌরি'নিস্ত হায়। মখোয় মশেনমক্তা মতনি অমম্ভা হেক ভিন্নদে—

মধু:— [ভাইহাক রাখল তৌরগা] ঐদি মংোয়গী পোৎশেম যাদ্রু হায়বত্নু ওইরমগত্রা হায়না কম্না খল্লিয়ে।

য়াইম ;— [য়ানিংদবা মওং উত্তুনা] কদায়দগীনো থুরা, করামবু পোৎশেম যাদ্রু তৌশিনবিরক্কদগে ? ঙসিক্কাওবদা কনাগুম্ব'মগা অকনবা খোল থাদ্রুনা খৎনখিবস্থ য়াওত্রি। শেল-থুম মরাং কায়না লৈরে হায়দ্রুনা মীনা কল্লক্কনি হায়বস্থ লৈতে—! নোংমগী চানিংঙাইকাও দৈতবা ঐখোয়দবু কনানা অদুক কম্না য়ে'শিংক্ক'গে ?

মধুঃ— ইবু'ঙো নংনদি ইর'য়-লায়না খল্লিবা। মীওইবগী কল্লক য়েংথিবা হায়বসিদি লায়র-ইনাকথুংবা খায়দবনি। হৌজিক মতমগী মীওইশিংসে মপুকচেল য়াম্না কৎন-ত্রবনিকো! মসি'মদি থাজো—

তোম্বাঃ— ঐদি মদোমদা কয়া থাজদে। এনা য়াম্না হেক চিংনরিবদি মুখিদাং মপান-ইপান থোকপদা হেলোয়ত্নুম ওক্লরমগত্র'সিনি। হন্দক্তা ইকুই-কুইদনা ঐখোয়গী লৈকাইদস্থ লৈশাবী মচা'মা হেলোয় ওক্লরুই হায়দ্রুনা শাথীবা ঙাওরুরবনি—

মধুঃ— [থর ফিংনা] অং অং, কনদোথে অদু'দি মুসীমচাদুদি, অদুম্মক ঙাওরবরা ?

তোম্বাঃ— মাইবা অমা লাক্লুনা অঙ্গা-পূজা থয় তৌবদগীদি করিনু খোহদোকপা তোখিদ্রে, অচুম্মক কখে হায়না তায়।

মধুঃ— [য়াইমদা ওনশিন্দুনা] অদুদি ইবুংঙো মহাকমু অঙ্গা-পূজা থয় তৌহল্লুদনা?

য়াইমাঃ— অঙ্গা-পূজাতা নত্তেনে তৌয়িবা থুয়া, কনাগী থয়োম লাকইবনি—থৌ তৌরি'নি হায়দুনা খোঙবানলাই ভিখাক কাওবা থাক্লবনি থুরম্মীবা। অদুবু কায়নে শেন্দমক তিংদুনা তোকই!

মধুঃ— অস্রোদা মাইবা অমা লৈ হায়না তায়, মহুত্রম অমুক্তং কৌদুনা য়েংহনসিদনা?

য়াইমাঃ— অস্রোগী মাইবদগী হেন্দোক্লুনা, থুরু-থুলগী খোঙনেম, থৌবালগী চাওবা মিয়াঁ, মখোয়মু কৌদুনা য়েংহল্লবনি। অদুবু লাপ্লিভৈদদি লাই ওইরম্মী, নকশিল্লগদি মী হেক্ত ওইরম্মিবা থুরা!

তোম্বাঃ— মখেয়না য়েংবদা করি'মতা কায়বা কংত্রবনিনে তা-য়াইমা?

য়াইমাঃ— কবদি ল'য়রদুনা নোংম-নোংমগী হেনক্সিল্লকই!

মধুঃ— অহেবা ভাক্তনমু চৎনবা নপ্তে ইবুংঙো,মাগী-মাগী পক্লবা হায়ব'মমু লৈরি।

তোম্বাঃ— [থর পাগৎনা] অড্ডাদ কমদৌনি তা-য়াইমা? হৌজিকপু করি তোবা তারি'গে?

রাইমা:- [অরাবা শকফমদা] হায়দোকপদবু লায়রবনি! অঙাওবা লোয়নবা হায়বসি ওন্থোক্লা রাখে। চাবা-থকপা, তুম্বা চঙত্রবনি......

মধু:— নোংম-নোংমগী রাবা'স্থম চেমজিংক্লদবতনি। সুপীনি হাংতুনস্থ শিবা যাবা থুংলাই, থাং-তেন পায়তুনা চেকমক লৈখ্রবদি, মনাক্তা চঙবকাওবা লুগদৌরি'ন!

রাইম:-- [মংরাই সুংঙাইত্তনা] লমজাওদা চৎপ' অঙাও-ঙৈক ফাওবা নোংমতা মিংসিনা হম্না য়েংজদবনি। ওডুবু ঐগী লাইবকসিদা পামজদে হায়বদু'ক চেক থোক্লরে— [মশম-মনা ইফা-কানা সখি ইমুংদগী ফিংনা থোরক্ত না খোংজিন ময়াদা চপ লেপ্লি]

সখি:— ঐবু ঙাওরবা? [খোঙ্গেল থোক্লা থিক-পিক নোকই]

মধু:— [পাথৎপগা লোয়ননা] নপ্তে নপ্তে ইবেম্মবু কনানা ঙাওরে হায়রবগে ঃ থুরাহোয় অসুক য়াম্বা কৈ য়িঙদবো.... [সখি মধুৎ অনিনা মমায় খুম্মদুনা অমুক হিক হিক কপ্পী] কৈদৌরগে ইবেম্মা কাপ্পববো?

সখি:— [মপুক্কিং সুংশিনা] ঐগী লৈজবা সনা-লুপা লিক কোল ওয়মক লোয়না পুথ্রবনিনে ওকচাও থেকর্প তুনা থুরা!

রাইমা: তুমিন লৈয়নে নংবো। কদায়দগী সনা-লুপা লৈদৌরি-বনো চানিংঙাইস্থ লৈতবা, ঐখোয়না। ইমুংদগুম চঙখে্া চৎলো—।

কল-হাদব অঙ্ক'মা

সখিঃ— [অশাওবা শকফমদা মমিৎ থানা য়েংলদুনা] করিগী হৈতনি। ঐখোয়' পাবুংমা শাবিরকপা মরৈ পরেং, খুজি. খুদোপ ওয়মক্লা সনা মোহর তয়ানি। ইচা' ডাক্তর তম্নবগীদমক থমজবনি! ঐ মাঙজরবনিনে....[অমুক হন্না হিক-হিক কপ্পী]

মধু;— [থেমজিনবা মওংদা] করিগী মাঙগদগে ইবেম্মা, করি'মতা চিংনবা তৌগনু। খুরাহোয় ময়াম্না কংননবা থিগনি।

সখিঃ— [মথরাই রানা] কংখিদ্রনে খুরা, অদুক য়াম্বা সনাদ্রবো ?

মধু:— করিগী কংদদগে ইবেম্মা! থিরগা শোয়দনা কংগনি, মতুংগীদমক করিংতা রারুগনু। অদুগী শরুকপুদি মুং-ঙাইনদুম পোত্থারুচো ?

[ সখি তপ্না-তপ্না ইমুংলোমদা চংখি ]

তোম্বা :— অচুম্বরনে হায়রিবসিবু তা-য়াই ?

য়াইমা :— কদায়দগীনোনে তোম্ব, কনানবু হুরানবীগদগে ? — মপামদগী লোয়নরকপা সন-লুপা, লিক-কোলশিংদুদি অমত্তা চিথদনা ওয়মক অরাং ইমুংসিদা বন্ধান থমথ্রবনি!

মধু:— করি মরমদগীনো ইবুংঙো, বন্ধান থমখি্রবদি ?

য়াইমা:— করিগী ওইগদগে খুরা. অঙাংগী পরাকাগী কী পীনবা শেল লৈতবগা চেং তাঙলকপগা পাখিদুনা লি-কোল ওয়মক বন্ধান থমথ্রবনি— [ অরাবা রাথল'মগা লোয়ননা লুকথদুনা লৈখি ]

তোম্বা :— [ মুংশা ম্বর মপি হোল্লদুনা ] ইস ! ঐদি ওম্বোরাা থীনা পাথংলুরেদা তা-য়াইমা। মমাঙডৈদদি রা কাওনা কয়া

ঙাংজদবনে ঐথোয় ইথেমসে, অদুগা ঙসিনা .... —

[ থর কিবা মওংদা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা য়েংই ]

মধু :— ঙাংন শক্লব' অমুক নিংথিনা য়ারি'সিবো কৈদৌরগে তোম্বা ? নং'সিনা ওম্বোক্লগু পাথৎ চাওখে—

য়াইমা :— খুরানা হায়বগী নিংথিনা য়ারি'নি। ঐনা হায়বা ওই-রম্মদি অমুক্লাইবা শা-লান থোক্লদব'নি !

তোম্বা :— [ থর ঙক্লা ] করিগীনো তা-য়াইমা অদুদি ?

য়াইমা :— কনামা খঙগদগে তোম্বা ! ঐগী শক'সে উবা য়াদে পংশা ওদা শাওই —

মধু :— [ থর কিংনা ] অদুদি ইবুংঙো শোয়দ্রে—

তোম্বা :— খুরা। করি শোয়দ্রবা ?

মধু :— [ ইচং থৌনা ] শোয়দ্রবনি, —মীগী পোৎশেম্নি !

য়াইমা :— [ থরা ঙক্লা ] খুরাদি মীগী পোৎশেম্নি হায়বা করম্না খঙবিরিবা ?

মধু :— করি খঙদদগে ইবুংঙো, নহারুদবু ভাব তাদ্রবনি। 'সিবু পোৎশেম নত্তে হায়বরো ?

তোম্বা :— অদুবু—করম্বা খুদম কংবিবগে খুরানা অমুক ইচংথৌনা হায়রি'সিবো ?

মধু :— খুদম হায়ববু ইবুংঙো, য়াইমগী মশক উবা য়াদে, পংশা ওদা শাওই'সিদনা ! মরা-মপুরোয়বমা অদুক নিংবী মুপীদুনবু মপুরোয়ববু করিগী অদুক হক থোক্লা শাওরুগদগে ?

ইবুংঙো য়াইমগা কায়ননবা মীনা শেমজিল্লবনিনে শেমজিল্লবা — ! অদু অদা লায়রি ইবুংঙো ! হুয়েংমক চত্তুনা মি শেল কাংলোন অমুক্তং য়েংথোকউগে, কনানা শেমজিনরমো হায়বত্ন চপচানা খঙননবা।

তোম্বা :— [ থর ঙক্না ] শেমজিল্লিবা মীশক্তু খঙবা ঙমগত্রনে খুরা ?

মধু :— কৱিগী খঙদদগে। মিংশেল কাংলোনবু য়েংঙুরবদি মশক্তুদি ইঙান ঙাম্না হেক্না উগদবনি।

য়াইমা :— [ইহৈ-হৈনিংদবা মওংদা ] মশকপুদি নহানা খঙঙবনিনে খুরা।
অহুবু ঐগী থম্মোয়সিনদি থাজব শুকঙম ঙমত্রি—

তোম্বা: — [য়াম্না ঙকপা য়ওংদা] মীশক খঙলবা ? কয়ম্না তা-য়াইমা ?

য়াইমা:— অম্রোগী মাইবত্নুনা লাংথৈ মতোন তরেংতা মত্র শোল্ল-শোল্লত্নুনা 'কনা উই কনা উই' হায়ত্নুনা নংতমগী মমায়দা পংফুদা ফুই ! অহানবদদি খুম্ম হায়বা য়ারমদে—

মধু: — কদায়দগী পাক হেক হাইদোকউ য়াগদগে। মীগীসু অয়োংনদা পারকপা খুংলাইবি।

তোম্বা: — [থংনিংবগা লোয়ননা লাঙতক্না] অদুদগী কমদোবা তা-য়াইমা ?

য়াইমা:— তোয়না ফু জিল্লকপত্নুদদি খাঙবা ঙমত্রবাল্লে মথৈথংদদি হায়দোরকলে—

মধু — কনানিনা মীশক্তুদে ?

য়াইমা: [মপান্নেংদা হাইকেতুং য়েংলুরগা থর তপল্প্না] নংতোন্দদি য়ারী পংশা-শাদোকপীবদি য়দেকো খুরা—

মধু:— হেরা, ঐখোয়বো জন য়াঙত্রবা মীদোনা !

য়াইমাঃ— [অমাংগী য়ুমহুদা খুদোম্বী থিনহুনা] অতৈ নত্তেনে খুরা ঐখোয়গী অমাদা লৈবা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মুপীসিনিনে!

তোম্বাঃ— [মর পাখৎনা] ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী মুপী হায়বদি বিনোদিনী তারে তা-য়াইমা?

য়াইমাঃ— হোয়নে মাম্লিনে। 'সিবু থাজবা য়াম্বিবা রাকয়াও, তোম্বা নহাকম্ অদুক থম্লু ....

তোম্বাঃ— [মন'য় পক্তিক্তং লুকথহনা রাখল তৌরগা] করিনো সাহেবকী মুপীনা ঐখোয় ইতৈমবু অদুক তাথিদিববে? তা-য়াইমহোয়গা করি মুংঙাইনদবা লৈবগে?

য়াইমাঃ— ঐখোয়গা মুংঙাইনদবা করম্ লৈতে।—অম্মক কুইবসি ঐখোয়গী অমা-অমা অংতং থোরমন্দা মখে য়না হক্তেং পাংথিত্তনা লাক্লিবনি। মসিদনি এনা মাইবগী ম-মা থাজবা ঙমত্রিবম্—

তোম্বাঃ— হোয়, ঐস্থ থরদি থাজবা য়াংদি। অচৌ-অশাংগী মুপীমক ওইরবস্ম মাই'বিনোদিনী হ য়বীসিদি মশাদা চাওখোকপা হৈজদবনি, মপুক-মপাও ওম্লোক্লা কথ্রবনি।

য়াইমাঃ— চুম্মী ইবুঙো। মাগুম্বী মুপীদি লৈক ইসিদা অনি শুদে হায়বা য়াই। মঙোন্দা কত্তবা রাখল থনবদি পাপকী মশক্নি।—নহানমখৈদি ঙাইহাক লৈত্তনা চঙলক্কুনা 'করি কমদোরিগে' হায়বসি ওত্তনা হংলম্বনি; অদুবু রাকমসি তারম্না কৈনো ওসি নোংম-নিনিদি চঙলকখিদ্রে। [মখোয় অংম্মক লুকথহনা রাখল তৌই]

মধু:— [শোংখাংননা] মহাক ঙসি নেংমনিনিদি চঙলকখিদ্রবা ?

য়াইমা:— [মপল্লায় মুংঙাইতনা] মমাঙৈদা মুংতিবী হেক-হেক লকপদো হৌজিক্কি চঙলকখিদ্রে। ওপোকপা হায়বত্তুনি ! অনাবা লায়য়েংবিত্রা হায়ববু মখোয়দি য়ুংলোম্বগা চঙনদনবা লম্বীতুম শেমলম্নে—

তোম্বা:— বিনোদিনী মশামকম্ব য়াংসি তাখ্রা ?

য়াইমা:— মহাক মশামক্তদি তাখিদে, অদুবু মীগী মচিন্দগী শোয়দনা তারম্মনি খল্লি !

তোম্বা:— কনানবু তম্মমগদগেনে তোংয়াইমা ? অত্তকাওবা তমশিম্নরদি লৈংথাইসিদি পানবা ঙম্মরোই।

য়াইমা:— নংনদি খঙদ্রিবা তোম্বা ! অমগ-অমগা মুংশিনদনবা শৌনবা মীস্ত কোকথেংমা লৈরবনি। সুমিত্তুদি অনাবা হংবা লাকপা লৈকাইগী মৌনহা অম-অমনস্ত হায়রিবা য়াংসি ঙাংনবদা অদুম তাখ্রবমি। ঐদি মথোয়না পাওসি তম্মমগদ্রা হায়না কন্না চিংনর—

মধু:— [ভাউচংক য়াপ্পল তৌকয়রবগী তুংদা] মহক্তবু মপুকচেল শেংলবাদ করিস্ত খনক্কম থোক্কেনা: অত্তবু ঙসি নেংমনিনি মামা চঙলক্তবসিনদি চিংননিংঙাই ওইবা খরদি লৈরে।

য়াইমা:— [খর ঙক্না] মহাকপে চিংনবা ?

মধু:— কন্নানা খঙগনি হৌবুংঙো। মীগী থম্মোয়বু ঐখোয়না উরবা ঙম্মী হায়ত্রা ? মীপুম খুদিংমকসে মমুং মপাম

নাইনা চংপা ঙাকনি। খোল থর্ক কক্তরগা হেক্তমক করমগনি হায়বাসিন্ন হায়বা য়াদেদ—

য়াইমাঃ— কনা হায়দুনস্ন ঐদি ইথ-থাজবা যঙমদ্রি ৎুরা? মতমচুপ্পদা মখোয়না তেংবা বিদুনা লৈয়বা ঐ.ভান্দবো করম্না—

মধুঃ— ইবুংঙো মংনদি ইচম-চম্না থলিবা। হৌজিকী মতমসে — ইনাকথুনবনা লায়রববু নৈহৎকদবগী লাক্কদুনতা লৈয়বনি—

তোম্বা.— ঐস্ন বিনোদিনীনা অদুমক তৌরমগনি হায়বসিদি থাজবা থর রাংলি।

মধুঃ— [থর শাওনিংবা মওংদা] হোয়নে-হোয়নে নখোয় মঙায়রেনে চম্নীবা। ঐতনি পুক কৎত্রিবসে—

য়াইমাঃ— থুরাবু পুক কত্তে হায়বগী বা নচ্চদেদা।

মধুঃ— [কয়া খোশাদনা] ঐগী বাদি ইনাকথুনবা ইমুংসিদি য়ংখি-মখৈ সঙ্গতি হেক ওইদবা! মখোয়দা তেংবাংই হায়দুনা হরাওরিবা মীদো কুইররোইদবনি—

য়াইম:— [থর ঙকা] করিনোমে থুরা হায়রিসিবো?

মধুঃ— নখোয়স্ন থঙলিনিনে, ঐগী অবাং হেক থংববা লৈবা ইনাওশিং অমগী হিঙ্গোল মাগী য়ুমলোয়বা ঠিকাদারনা লৌশিনখিবদো?

তোম্বাঃ— [থর ফি'না] ঐস্ন মদু অমুক্তং হংগে থলকপ'সি কুমইবনি করি মরমদগী লৌশিনখিবনো হিঙ্গোলদুবো?

মধুঃ— করি ওইগদগে ইবুঙো ! ইবুঙো য়াইমদা অরাংগী ইমুংনা তৌরিসিগা অমা'নি। মপুক-মপাও কৈ, লৈতলায়রা মশক খঙই, মখোয়গী শেল-থুমগী অচিনবা লাকপদা মতেং হেক-হেক পাংবি হায়রুনা মাগী য়ুম-লোইবত্তুবু ওস্থোক্না লুনা খঙ্গবনি ঐগী ইনাওত্নুনা। অদুগা মমৈথংদদি ......[রা মথা তাদনা য়াইমদা য়েংই]

তোম্ব :— [খঙনিঙবগা লোয়ননা] মমৈথংদা কমদোরবা থুরা ?

মধু:— [অরাবা শকফমদা] মীপুংশি খঙত্রবা ইনাকথুনবা ঠিকাদারনা থাকপ লাংদা থুত্রনা ঐগী ইমাওদো অরাপ্পা থুঙং অংদা য়ুম হোংখ্রবনি !

য়াইমাঃ— [শর ঙম্না] করি লাং থাকইবা থুরা ?

মধু:— করি ওইনি ইবুংঙো. মমাঙৈ মখোয়' অচিনবা মতমদা মতেং পাংবিরিবনি হায়না পিখিবা শেল থরদো, অদুগা অদুম্মক শকচিন্নদুনা য়ুম-হিজোল পুরপ মংখ্রবনি ....

য়াইমাঃ [পাখৎপগা লোয়ননা] তেবাং শেয়া য়ুম-হিজোল ওন্নমক মংখ্রবা !

মধুঃ— হয়রিবা দশা'সিংক ইবুংঙো নঙোন্দম্ভু থোকপা য়ারিবনি !

য়াইমাঃ- থুরা, করম্না ?

মধু: — তরক-তরক নখোয় অহুমত: লৈবদা অমা মকম-মরাং খঙদনা মাঙখ্রে, অমনা রাথল চোইদুনা তরং-

মালংদা তাওড়না লৈরে। 'সিদবো য়ুম থাদোক্কবা য়াখিদ্রে। ?

তোম্বা:— ইতৈমগী ফিবমসিদা হৌজিক য়ুম থাদোক্লুনা চৎপদি কদয়দগী য়াগদগে ? ত-য়াইমদা নত্তনা ঐখোয় ফাওবা থবক লেপ্পি'সি'ন—

মধু:— খুৎনা শুড়ুনা চাবা ঐখোয়ন্বো কয়াম কুইনা কমজ্জা চাডুনা লৈথোকপা ঙমদগে ? য়ুম শিঙ্গেল ঙম্লংক য়োম্থোকক্রম্নগা অরাপ্পা মকম'মদা' চৎখিবা শায়বসি ময়েক্লা তাবনি।

য়াইমা:— [হৃংশা খর মপি হোলহুনা] অদুনদি শেমজিনবা হ'য়বসি তাদে'রিব্রা !

মধু:— শোয়দ্রবনিমে ইবুংঙো শেমজিল্লবনিমে ! নংগী হিঙ্গোল'সি কল্লকপদগী য়ুমশ্লোম্নবা ইমু'সনা শেমজিল্লবনে

তোম্বা;— [য়ানিংঙবা মওংদা] মতুংক্তি থাজবা য়াৎলি খুরা ংশাগী সম্পত্তি মতীক চানা লৈবা ইঞ্জিনিয়ার সাহেবন'বো তা-য়াইমগী খুবাকমুক পাকপা হিঙ্গোল মচা'স কদাযদগী পাম্মুগনো ?

মধু:— [নোকংকৎ তৌনা] মীওইবগী অপাম্ববু ঙমখৈ লৈ হায়ব্রনে তোম্ব ? লায়রবা ঐথো'য়না ইনাকখুম্নিংবা, ইনাক-খুনবশিংনা অমুকা হেন্না খুনগৎনিংবা হায়বসি হৌন-শানি। লৈজবা খরদা পেনবা ঙম্বা হায়'দুদি কালি যুগসিদা ওইদ্রবনি।—ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী হান্না লৈরিবা

চাওরবা সম্পত্তি'সিগী মথক্ত' ইবুংঙো রাইমগী লম থৌর'সিগা অমুক হাপচিল্লবদি অমুক্তা হেন্না চাওক্রিব্রদো ?

তোম্বা: — লম থজিক'সিদং পাম্বগীদমক মী অমগী পুন্সি মাঙনবা শিনবদি হৌনদেদা থুরা ?

মধু: — নং-ঐনদবু মতুদা থনবনি।—ইনাকখুনবশিংগী থম্মোয়দদি নুংশিবা হায়বদু মরিক অমকাওবা পক্কবনিনে। মশাগী ওইজবা রাথললনা মমিং তাঙলবা মী ওইবনবো অচুম-অরাম খঙভি হায়বরো ?

য়াইমা— [অরাবা শকফমদা] মশাগী ওইজবা রাথললনা মমিং তাঙলবা....!!

মধু :— [থম্মোয় শোক্না] য়েংউ, কয়াদা ওমথীরবা মী ওইবগী শাজ্রৎনো হায়বসে ? লায়রবা লোমীশিংনা অরামশৌরাংবগী মৈচাক্না ওয় থোইনা খাঙলি, অদুগা শেঙ্গাও পায়বা, লোয়ামচাবা কাওবুশিংনা চাকতাংবা অমুক্তং থোরকপদা থুদোংচাবা লোগদবগী তাইদুনা লৈরি !

তোম্বা :— অদুগীবু থল্ল,রবদি ঐথোয় লায়রবদি হে জিকী মতম-সিদা হিংবু হিংহৈদ্রেদা থুরা !

মধু :— লায়রবদি হৌজিক্কী মতমসিদা পাপনিনে পাপ ... ....

য়াইমা : [অশাওবা শকফমদা] মসিমক্তা অচুম্বা ওইরবদি ঐসু লেম্না তোকওই থুরা !

তোম্বা :— [মতেং পাংলদুনা] মসিমক্তা চুম্মদবু করিগী লেম্না তোক্কদগে

তা য়াইমা ? অখঙ-অহৈ তায়রতুনা চপচাবা লম্মন খুমগদবনি—

মধু :— [ খর ঙক্না ] লম্মন খুম্বা ?

য়াইমা :— [ শাওনা ] করিগী চম্মন খুমদনি খুরা ? মখোয়না অসি য়েৌনা ঙম্মদবো ঐদি করিগী ঙম্মোই — [ অশাওবা শককমদা লুকথতুনা লৈ ]

[ মপান্নোমগী রাজেনবাবু চঙলকই ]

রাজেন :— [ নোকফেং তৌরতুনা ] ঙসিদি তান ওম্বোক্না চায়েদা। ঐনা উনমিংবা মী মথৈ পুল্লপ তিল্লম্মে—

মধু :— [ খরা ঙক্না ] ইহে, ইবুংঙো রাজেনবাবুস্নু লেঙবিরকই ?

য়াইমা :— [ খর হঙ্গোইবা মওংদা ] তাইঙো ! লে'পিনবিরকউ —

[ মনাকপী মোরাহ লৌতুনা থাই রাজেনবাবু মোরাদা কপী ] ঙসি ইথা-থাজদনা লেঙতকপসিদি করি পেবা তৌজনি ?

রাজেন :— করি সেবাবু তৌরুগনো ! ঙসি চয়োলমুক থংক লেপ্পসিদা, করম্বা অনাৎঅয়েক য়াওরবনো হায়না হংগে লাকইথনি —

মধু :— য়াওরবনিনে ইবুংঙো রাজেনবাবু ! ঙসি মঙা-তরানিগী মমাঙদগী ইবুংঙা য়াইমগী ইবেম্মসে মশা ইঙম-ঙমদতুনা লৈরক্লবনি।

রাজেন :— [ খর ফিংনা ] করি ওইনা ঙংগ্রিবা ? করি লায়নানিনা মিস্ত্রী—

য়াইমা : – [ থর চিংনরপ তৌনা ] থোইদোকপা অকনবা লায়নাদি নত্তে তাইঙো, চুম্না শুম – .... [ রা মথা তাদনা মখায় লুকখদুনা লৈথি]

রাজেন :— [ থর ঙক্না ] অত্রুদি করিগীনো থবক অমুক কুইনা লেপ- পিবদে ? ঐগী য়ুমসে লোইশিলহন্নিংবনা ঐদি খে্া: খে্া খোংলবনি।

য়াইমা :— মহৌশাদগী হোনা থবক মচিং থম্বসি ঐমু কয়া হৈম- জদবনি। ঐনা হেন্না লোইশিন্নিংবনি। অদুদা তাইঙো, য়ুম থাদোকপা য়াদবসিদা ঐ হায়কম খঙব্রবনি .... ....
[ তৌকম খঙদবা মওংদা লৈ ]

রাজেন :— [ য়াইমগী র্রা থোওইনা তাদনা ] কারদে মিস্ত্রী, হৱেংদগী থবক পায়দবা য়াদে। হন্দকী চয়োলসিমগী মনুংদা ঐগী য়ুম লোইশিনগদ্‌নি—

মধু — কদায়দগীনো রাজেনবাবু! ইবুংঙো য়াইমদি মন্নুমদগী খোঙকাপ অমগী মাল কাপ্লোকপা ঙমব্রবনি!

রাজেন :— [ থর চিংনবা উত্তুনা ] করিনোনে থুরা হায়বিসিবো । ...
[ য়াইমদা ওশিন্দুনা ] করি ওইনা ঙমব্রিবনোমে য়ুম থা: দোকপা য়াদেকা হায়ারবসিবো ?

য়াইমা :— হাথদোকপদা হঙ্গোইবা লায়নাশি তাইঙো .... ....
[ তৌফম খঙদবা মওংদা লৈ ]

রাজেন :— [ নোককেং তৌনা] ইহে, ঐ ভাব তারে-ভাব তারে। কয়াম রাংলিবা মতমদি ? [রাজেনগী রাদুগী পাওখুম পীদনা মধুগা য়াইমগা ঙকচাননা অমনা অমবু মুন্না য়েংলদুনা লৈ]

তোম্বা:— মতম। মতমদি খুরক খুংক্রা হেক্রা থোন্নিংঙাইনি।

রাজেনঃ— [নোককেৎ তৌনা] অদুগীবু অদুক য়াই হায়বরো মিস্ত্রী। লুংঙাইগেদি হায়রব্রনা ........ [মতোমদা খোঙ্গেল খোঙ্গা কাক-] কাক নোকই]

য়াইমাঃ— অদুদা ভাইঙোনদি খঙবিব্রিবা! য়ুমসিদা নিপাদি ইতোমদনিদো —

রাজেনঃ— করিগীনো মিস্ত্রী অদুক পুকচেল পিক্লিববো? ঐখোয় অমুক য়াম্বা লৈরিসিদে। হয়েং বেরা তোগদবা মওং উরগা হোসপিতালদা হেক পুখৎলগা লোইরে। শেল থুমগী অচিনবা লৈরবমু লুপা কুন কুপ্ত্রাদি হৌজিকমু লোৗহৌবা য়'নি—

য়াইমাঃ— লোত্রবমু য়ানি ভাইতো, হৌজিক-হৌজিকমক্তে শেল-থুমগী খোইদোকপা অচিনবা লৈজদে।

রাজেনঃ— অদুদি হয়েংদগী থবক পায়বা হায়বসি ময়াম য়ানরেকো?

মধুঃ— অদুদা. ইবুংঙো য়াইমগী হৌজিক ওইরিবা কিবমসিদা...

রাজেনঃ— [খর ওক্না] কবিনো থুরানা অমুক কোথরকইসিবো? [য়াইমাদা ওনশিন্দুনা] কান্নদে মিস্ত্রী, অশেং-অশেংব রা ভাংনসি। করি লুমিজ্ঞা থবক পায়গে হায়রিব?

য়াইমাঃ— ঙসি মঙানি-তরানিদংদি থবক লেপ'খসি তাইঙো?

রাজেনঃ— [খর পাখৎনা] হৌজিকপো অমুক মঙানি তরানি'ময় থবক পম্বা ভারিবা। [খর শাওনা] মতুদি কদায়দগী—মখংগী থা পানখৎলকপদা ঐগী ইচানুপী অহলদো লুহোংগ দৌরিবনি..........

মধু:— [থর পাথংনা] মথংগী থা পানথংলকপদা মুপীমচা অহল লুহোংবা।

রাজেনঃ— কনাগী রারো'ইপোংকা ওয়মক পুবা লোইরবনি। লুহোংবগী মুমিং কাওবা লেপ্পরব'নি—

তোম্বা:— [রাইমদা ওনশিন্দুনা] হায়'রিসিন'দি তা রাইমা; থবকসি লুদোরিবো?

রাজেন:— লুরবনিবে থবকসে! ঐ রুমদা লৈবা য়'দহুনা চেন্নকইসিনি। নংগী নতৈমমা ঐবু ওাংবদা অমুক্তোইব শ.ংশান থোক্রবনি।

রাইমা:— [ভাইহাক রাথল তোরগা] অদুদি তাইত্তোগ'স্থ কায়দনবা ঐ উপায় অমা শিঙ্গৎগে। থবকস্থ পংরাৎ রাৎপ. নত্রে, দাড়ী অস্তর তৌগদবদ: মঙ'য়রে—

রাজেন:— হোয়মে, উপায়'মক্তংদদি ভ'নে মিস্ত্রী মংবো? নতৈমমা ঐবু মী কৌবগী রাহৈ হায়ররোইদবনি—

তোম্বাঃ— [থয় ওক্না] করি উপায় লৈরিগেনে তা-তোন

রাইমাঃ— ঐখোয়গা মমাঙতৈঙদ থবক শুমিন্নরম্বা মিস্ত্রী শামুঙোহুবো হৌ'জিক-হৌজিকমক্তি থবক পেপ্তুনা লৈরিবদাইনে—

রাজেনঃ— [থয় শাওনা] ছুং মহুদি য়ারোই। মশক-মচু খঙদবা মী অমনা ঐগী থবক লোইশিনহনবা—

রাইমাঃ— মহুগীদি করিমতা চিংনবিগমু ত ইঙো মথুং য়াম্না নানবা য়াম্ন চেকশিনবা মিস্ত্রীনি।

রাজেন:— [শাওনা] মমাঙতৈঙদগী শুরকপা নহাকপু লোইশিন্নু হায়বগী রানি! মিস্ত্রীগী রাদি কোকথোং'মা লৈ—

মধুঃ - [খেমজিনবা মওংদা] কৈদৌগে ইবুংঙো। রাজেনবাবু! থবক হায়রু প'লু লুবা নত্তে—

রাজেনঃ— করিগী লুরোইদৌরিবা? কিনিশিং টচ্ পীববু অয়ারবা থবক্তৌনা!

মধুঃ— পংলু লুব' থবক নত্তেদা ইবুংঙো। মতাঙ অসিবু য়ৌরবদি লোইরে হায়রবা য়ারবনি।

রাজেন:— [কয়া থোঁশাদবা মওংদা] পোৎ অমগী কজবা হায়বসি কিনিশিং টচ্ পীবা, রাশি হাপ্পা হৈবদা লৈ হায়বসি খুরাদ হেক্সিক কাওবা থঙাত্রবোই?

মধু:— [থর ঙক্লা] রাশি তাপ্প।

রাজেনঃ·· উম মাপ্পি! কিনিশং টচ পীবা হৈ হায়বগীদমক লৈবাকসিদা লৈরিবা চেক শুবা মিস্ত্রী অমুক য়াম্না লৈবসি হন্না য়েংউদনা মহাকপু কৌতুনা থবক শুহনবা নংত্রো? অদুগা হৌজিক্না—[মাইমদা ওনশিন্দুনা] ঙসিগী রাকথসি নং'নতৈম তারম্বা থোক্লবদি অনাববু হৌনিনে।

হোম্বা: - [থর ঙক্লা] অনাবা········!!

রাজেনঃ— [শাওবা থর নেমথরদুনা] ময়ামন্ন'দ খঙবীত্রবা। ঐনা অমুক রার'সে মাগী অনাবা হৌরকত্রা হায়বগীদমক্সি—

মাইমাঃ — [থর চিংনবা উত্ত্না] করি লায়না লৈবগে ইতৈমগীবো?

রাজেনঃ— মীন, খঙবা লায়না নত্তে মিস্ত্রী। য়াথংগী লায়নানি, মথরাই খজিক্তুং মু ঙাইতবদা অনাবা হেক্লা হৌগদৌরিবনি—

য়াইমা:— [অতকপা মওংদা] রাখলগী লায়না।

রাজেন: — হোয়রে, রাখলগী লায়ন নিং—মীনা য়েংবদি খঙবা ঙমপোৎ নত্তে। মনিং খজিক্কং থুংদবদা অনাবা হেক্কা হৌরিবনি। হন্দক মচানুপী লুহোংবগী মতাঙসিতদি অনাবা হৌরক্লবা হায়রুনা মানা হায়বদা য়ারবনে…

তোম্বা: — ইনাক অদুক খুৎবা ইমুংনবো, ইতেমম্মা করি মনিং থুংদতুনা—

রাজেন: — নংনদি অতুম হাথরিবা তোম্বা! শেল খর পায়রগা হেক্লা সুংঙাইবা নত্তে। মীওইবগী পুন্সিদা নিংব-কায়রবগী মচাক ওন্থোক্লা য়ামদ্রে—

মধু:— [খর ঙক্লা] এখোয়দি অংক কুইনা থবক শুরকপসি নোংমতবু খঙদেনে ইবেম্মগু মশাদা ওন্থোকপ লায়না অমা চেপ্লিন্নিদনা।

রাজেন: — [শকখম হল্লিন্দুনা] হায়দোকপদবু লায়রবনি থুরা! মাগী অনাবা অমুক-অমুক হৌরকপদা লৈকম-চ কম খঙদবনি…

মধু: — ইবুংঙো রাজেনবাবু! কৈদোবদগীনো ইবেম্মনা অনাবা হৌখিদ্রবো।

রাজেন: — [ভাইহাক লুকখদুনা রাখল তৌরগা] ঠিকাদারগী থবক হারবসিগু কয়া জুগোৎ চাবা নত্তেদা থুরা। মীতা-মীতাগী অচৌ অশাং পেন্নবা মহী মরাংগী মথক্তা সুপী-নহাকাগু লোয়নদবা য়াদব মতাং হেক লাকই মচুদগী মথরাই সুংঙাইখিদতুনা রাখলগী লায়না পোকখ্রবনি মহাক।

রাটম':— অমাবগী লাইওংবু কমদৌগে তাইঙো ?

রাজেন:— হায়দোকপদা ইক'য়বা য়ানিদা মিস্ত্রী। মাগী অনাবা হৌরকপা মতমদদি য়া লাম অমকাওবা ঙা·নবা য়াবা নত্তে। অঙাওবীগা প:খক্লি,—মচিন্দা করিগুম্বা খর মুকম-মুরুম শোন্দ্রনা পংকমদা কম্মী।

মধু:— কুইনবু পুন্সিরবদি ওন্থোক ওন্থোকপা লায়না-তিন্নাসে তারকইদকো!

রাজেন:— নোংম-নোংমগী চাওখৎলকপগা লোয়ননা মীওইবগী রাখলসিস্থ লায়না কয়াগী হৌরককম ওইরবনি খুরা

তোম্বা:— হোয়নে, মমাঙদৈঙদ' তারমদবা লায়ন' হৌঙিক্কি তত্তনা তারক্রে!

মধু:— ইবুংঙো রাজেমবাবু, ইবেম্মগী অনাবদুবো মৈতৈ ম'ইবদি য়ে'হন্দবরা ?

রাজেন:— দেশতা পুম্বনা অকাও অকাওবা মেণ্ট্যাল স্পেশ্যালিষ্ট কয়াবু য়েংহল্লবনি ; সাইকিয়্যাট্রিস্ট কয়াগ্র তাম্লরবনি –

মধু:— ইবুংঙো রাজেনবাবুনদি পংহায় হায়রিবা। মৈতৈ ঐখোয়গী পোৎশেম-যাদু হায়বহুত্নম ওইরমদনা—

রাজেন:— [লোককেৎ তোম্বা] পোৎশেম-যাদু। হৌজিক্কী চাওখৎলবা যুগসিদা ঐখোয়না থাইনগী অন্ধবিশ্বাসতা অদুক কন্না থাজন্থনা লৈকম থোক্কে খুরা !

মধু:— [খর শাওনিংবা মওংদা] মমাঙদৈঙ ইপা-ইপু হাক্তক্তগী লৈরক্লবা পোৎশেম-যাদুবু অন্ধবিশ্বাস ওইরবা !!

:

য়াদে। অহৈবা ঙাক্তনা চংনবা নত্তে, পক্লবা হায়ব'মা লৈরি—

তোম্বা :— হোয়নে চুম্মী থুরা ! মঙা-তরাগী মনুংদা পক্লবা মাইব'মদি শোয়দনা য়াওনি।

য়াইমা :— অতোপ্পা মাইবা অমা কৌদ্রিঙৈদা ডাক্তর অমত্তং য়েং-হনসিন্না হায়না খ'ল্লবা—

মধু :— [ খর পাপ্পংনা ] ডাক্তর কৌবা ! কদায়দগীনো ইবুংঙো মংনা ভাংঙিসিবো— ! ডাক্তর য়েংহল্লবদি মাঙেদনা ! মাসিদি ডাক্তরগা পক্লবা লায়নাম্ন নত্তনা—

য়াইমা :- [ তৌকম খুঙবা মওংদা ] ঐগী ইশেন্দুনা কন্না হায়মল্লবদুদা ঐস্ন তৌকম খঙদদুনা 'হোয়' হায়দোকখ্রবনি। কনা কুইরে চংখিবা, মহাক য়োৗরকপা মতম্ন ওইরবনি।

মধু :— [ পেন্দবা মওংদা ] ডাক্তর কৌবা চংখ্রবা !

য়াইমা :— খঙদেদা থুয়া, মখোয় নহারোলশিংনা মাইবগী য়াসি থাজবা কৌবা লৈখিদ্রে !

মধু :— [ খর শাওনিংবা মওংদা ] নহারোলশিংগী ম-রা ঙাক্তা দৌ-রবদ কদায়দগী য়ারদগে ইবুংঙো ! মখোয়দগী ঐখোয়না চহি য়াম্বগী মতীক অক-কত্ত থেংনবা হেল্লবনি। ডাক্তরনা য়েংগদবা লায়না হায়ব'মা লৈরি, অদুম্ন নত্তনা—

য়াইমা :— অঙাও-অকৈ য়েংবগীদমক থৌওইনা, তম্মুরবা ডাক্তরনি হায়নে থুরা !

তোম্বা ;— ভা-য়াইননা হায়রিসিবো ডাক্তর বিজয়রনে ?

মধু:— [তোম্বা ওনশিন্দুনা] মহাক্কি করম্না মশক খণ্ডিবা ?

তোম্বাঃ- অঙাওবা য়েংবা ডাক্তর হায়না খওনরিবসি মহাকপুনি।
ঐখোয়গী অরাংদা লৈবা মো মহা অমা ঙাওরে হায়রুনা
মহাকপু কৌড়না য়েংহনখি। মদুদা মশক খণ্ডহৌবনি—

য়াইমাঃ— [বাম্বা খণ্ডনিংবগা লোয়ননা] কমদৌগে তোম্বা, ডাক্তরদুবো
হৈবরনে ?

তোম্বা;— মহাক্না য়েংবদগী ঐখোয়' অরাংগী মো নশাড্রদি খোই-
দোকপা লাও খোংবা তাখিদ্রে, অদুনদি করমংদ্রা খঙ্গ্রি
তা-য়াইমা।

মধু:— তোম্বা, নংগী য়াসিবু চয়েৎমরেনে। নগেংগ লৈকাইগী
লৈশাবী অমসু মাইবনা অঙা পুঙা তৌদুনা কখি থায়,
হৌজিক অমুক অরাংথংবগী মো নহা অমা ডাক্তরনা
য়েংবদগী কখি হায়রে !

তোম্বাঃ-- কবু কখি হায়বনি! মসিবু করি চয়েৎনরবগে ?

মধু:— ঐগীদি হায়রিবসিনি,—হন্দকী লায়ওং অসিদ ডাক্তরনা
য়েংগদবা নত্তে। মৈতৈ মাইবতনা ঙমগদবনি। ইস,
মৈতৈগী মম্লখোয়দবু....[মপাল্লোমদা কার খাম্বগী মখোল তার]

য়াইমাঃ-- [খর কিংনা] য়েবু য়োরক্লমাল্লে খুরা ?

তোম্বাঃ— শোয়দনা ওইরম্বনি তা-য়াইমা! হৌজিক খামখিবদো
কার মখোল মাল্লি— [ইমুংদগী মশম মনা ইকা কানা সখি অমুক
[চেংথোরকই। ময়ায়া খাম্বী, সখিনা ময়ামদগী নাগোংরুবা কন্না হোৎনৈ ]

লখিঃ— [শাওনা!] ঐবু থাদোকউ, ঐবু থাদোকউনে খুরা—

রাজেন :— [ য়াইমদা ওনশিন্দূনা ] কাম্বদে মিস্ত্রী, খঙঙদেমা মরম খুদিং-মকসে ? নহাক মশামক্না চয়োলসিগী মনুংদা ঐগী য়ুম লোইশিনগদবনি।—য়ুমদা থবক য়াম্না লৈহোরি ঐ চৎলগে

[ রাজেনবাবু চৎকদবগী হৌগৎলকই মতম অসিমক্তদা ইমুংদগী হান্নগী মতৌগুম মশম-মনা ইকা-ফ না সখি থোরক্লুনা পোঙজিন ময়াদা লেপ্পহুনা থোম্লেল থর কল্লপ্না লাওরকই ]

সখি :— য়ারোই-য়ারোই, ঙসিদগী হৌনা য়ুম শাবা চৎপা য়ারোই ……মীগী য়ুম উরগা পেনবা ঙম্বা …. ….

[সখি তুমিন্না অমুক লুকপহুনা লৈখি। রাজেনবাবু সখিগী মতৌহু উবদা ঙাইহাক মুন্না য়েংলম্লগা রা মথা তারমদনা মপান্লোমদা তপ্ন তপ্না থোকখি। মধুগা তোম্বগা হায়ফম তৌফম শঙদবা মওংদা অমনা অমবু মুন্না য়েংহুনা লৈনৈ।

য়াইমা :— ![শাওনা] লম হেনব্রা হায়ববো মঙসি চৈ চা'নিকো!

সখি :— [মমাই খংহাই হাইগত্তুনা অশাওবা শককমদা] করি ? নংনা ক'র নতিক লৈহুনা——— ——, নংগা-ঐগা করি মরি পোক্লহুনা ?

য়াইমা :— অঙাওবদি ফুরগা ভাব কাগদ'নি—[ মগুদাং নাম্মা তাথত্তুনা শাওনা চঙশিল্লি। মধুগা তোম্বগনা থাম্মী ]

মধু :— [ সখিদা ওনশিন্দূনা থেমজিনবা মওংদা ] শাওমু-শাওমু ইবেম্মা ! ঐখোয় ঙসিদগী হৌনা য়ুম শাবা তোক্লগদবনি—

[ মধুগী রাহুদা য়ামিংবা মওং উৎনহুনা মচক নোম্ম নোম্মহুনা সখি ইমুং-লোমদা অমুক চঙখি ]

য়াইমা :— ইস ! ওয়োক্লা ইক য়থেদা থুরা. ঙসিগী ংতৌসিদে !! ঐনা ঙসাইমথৈ য়াজেনবাবু থঙহন্দনবা হোৎংরুব স অরেম্বা তারে –

মধু :— করিগী ইকায়রু'দগে ? 'সিবু ঐখোয়না তৌহনবরো,— মাগী সুপীস্ত অমুক-অমুক হৌই হায়রম্মিদনা ! নংগা-মাগা অঙ্গানি —

তোম্বা :— হো'জকপো ইকাই হায়তুনা চেনবস্ত য়াদো'লৈতে। অদুগী শরুকপুদি তা-য়াইমা, মাইবা প্রপ-প্রপ কৌদুনা ইতৈমগী অনাবসে ফনব' অমুক্তা হোৎনসি !

মধু :— য়স্ম থুনা লায়য়েংহৌসি নংত্রবদি তু দা অকবা ওইরোইকো ইবুংঙো—

তোম্বা :— কনা' মাইবা কৌসিগে ? তা-য়াইমনা য়ুম থাদোকপা চিংনববস্ত ননাও হেক্তা চক্তুনা কোক্করুগে। ঐখোয় অস্তুক য়াম্বা লৈরিঙ্গেদবো –

মধু :— হোয়নে, লৈবাক অস্তুক চাওরি'দবো করিগী মাইবা ব্রাৎলুদগে ? অদনা ঙমত্রে অমা কৌদ্রমা য়েংহনগনি। হায়য়ুনে কনাই' মাইবা কৌসিগে ?

য়াইমা :— [ থর তপলম্না ] মাইবা অহুম শুরে কৌরিবা, ঙসি ফাওবদা করি'মতা কায়বা ফংদ্রি। অতোপ্পা মাইবা অমা কৌবা তারবস্ত থর তপ্পা থম্ররগা কৌসি থুরা –

মধু :— [ থর ঙক্না ] করিনো ইবুংঙো, নংনা ঙাংঙিসিবো ? মাইবা য়েংহন্দনা অনাববু কয়ম্না ফগদগে ? মাইবা থা-নবা

য়াদে। অহৈবা ডাক্তনা চংনবা নত্তে, পক্কবা হায়বʼমা লৈরি—

ভোম্বা :— হোয়নে চুম্মী থুরা ! মঙা-তরাগী মনুংদা পক্কবা মাইবʼমদি শোয়দনা য়াওনি।

য়াইমা :— অভোম্বা মাইবা অমা কৌত্রিবৈদা ডাক্তর অমত্তং য়েং-হনসিন্না হায়না খʼল্লব—

মধু :— [ খর পাপ্পনা ] ডাক্তর কৌবা ! কদায়দগীনো ইবুংঙো মংনা ডাংঙিসিবো— ! ডাক্তর য়েংহল্লবদি মাঙেদনা ! মসিদি ডাক্তরগা পক্কবা লায়নাম্ত নত্তনা—

য়াইমা : - [ তেকম খুৎনবা মঙদা ] ঐগী ইশেন্দুনা কম্না হায়মল্লবচুদা ঐস্ত তৌকম খণ্ডদত্তুনা ‘হোয়’ হায়দোকখ্রবনি। কনা কুইরে চংখিবা, মহাক য়োরকপা মতম্নু ওইরবনি।

মধু :— [ পেন্দনা মঙংনা ] ডাক্তর কৌবা চংখ্রবা !

য়াইমা : খঙদেদা থুয়া, মখোয় নহারোলশিংনা মাইবগী য়াসি থাজবা কৌবা লৈখিদ্রে !

মধু :— [ খর শাওনিংবা মঙদা ] নহারোলশিংগী ম-য়া ডাক্তা দো-রবদ কদায়দগী য়ারদগে ইবুংঙো ! মখোয়দগী ঐখোয়না চহি য়াম্বগী মতীক অক-কত্ত থেংনবা হেল্লবনি ডাক্তরনা য়েংগদবা লায়না হায়বʼমা লৈরি, অদুম্ নত্তনা—

য়াইমা :- অঙাও-অকৈ য়েংবগীদমক থোওইনা, তম্মুবা ডাক্তরনি হায়নে থুরা !

ভোম্বা :- ডা-য়াইননা হাথগিসিবো ডাক্তর বিজয়রনে ?

মধু:— [তোম্বা ওনশিন্দুনা] মহাক্তি করম্না মশক খঙ্ভিব'?

তোম্বাঃ- অঙাওবা য়েংবা ডাক্তর হায়না খঙনরিবসি মহাকপুনি। ঐখোয়গী অয়াংদা লৈবা মো মহা অমা ভাওরে হায়দুনা মহাকপু কৌদুনা য়েংহনখি। মদুদা মশক খঙহৌবনি—

য়াইমাঃ- [য়াম্বা খঙনিংবগা লোয়ননা] কমদৌগে তোম্বা, ডাক্তরদুবো হৈবরনে?

তোম্বা;- মহাক্না য়েংবদগী ঐখোয়' অয়াংগী মো নংগাদুদি খোইদোকপা লাও খোংবা তাখিদ্রে, অদুনদি ফরমংদ্রা খ'য় তা-য়াইমা।

মধু:— তোম্বা, নংগী য়াসিবু চয়েৎনরেনে। নপেৎয় লৈকাইগী লৈশাবী অমত্নু মাইবনা অঙ্গ' পুঙ্গ' ভৌ'দুনা ফখি তায়, হৌজিক অমুক অয়াংথ'বগী মো নহ' অম' ডাক্তরনা য়েংবদগী ফখি হায়রে!

তোম্বাঃ— ফবু ফখি হায়বনি। মসিবু করি চয়েৎনরবগে?

মধুঃ— ঐগীদি হায়রিবসিনি,—হন্দকী লায়ওং অসি'দ ডাক্তরনা য়েংগদবা নত্তে। মৈতৈ মাইবতনা ভমগদবনি। ইস, মৈতৈগী মন্ত্রখোয়দবু....[মপাক্লোমদা কার থাম্বগী মখোল তায়]

য়াইমাঃ— [থর ফিংনা] য়োবু য়োরক্লমাল্লে থুরা?

তোম্বাঃ শোয়দনা ওইরম্বনি তা-য়াইমা। হৌজিক থাম'খিবদো কার মখোল মান্নি— [ইমুংদগী মশম মনা ইফা ফানা সথি অমুক [চেম্বোয়রকই। ময়ামা থাম্বী, সখিনা ময়ামদগী নাপ্তোয়বা কম্না হোৎনৈ]

দখিং:— [শাওনা] ঐবু থাদোকউ, ঐবু থাদোকউনে থুরা—

মধুঃ— হৌজিকপু কদায়দা চৎকে হায়রিবনো ইবেম্মা ?

সখিঃ— [মধুগী রাহু থৌওইনা তাদনা] ঐবু লৌবা লাকয়ে, থাদোক ওনে

মধুঃ— কদায় চৎকদৌরিবা ?

সখিঃ— [মধুদা মুয়া য়েংলগা নোককেং তৌনা] 'নপামচাগী 'নাক্তা— ডাক্তর তম্বা চংখিবদো—

য়াইমাঃ— [থর শাওনিংবা মওং উত্তুনা] অঙাওবী 'সদে ! কদায়দগী ডাক্তর চঙগো, ইমু'দা নিংখিনত্রম পোত্থারুচো—

সখিঃ— [মথরাই সুডাইতনা] ঐবু অঙ'ওবী চায়বা.................

[মধুং অনিবা মমায় খুমদুনা খোঙ্গেল খোংক্তা হিক-হিক কপ্পী। মপা-য়োমবগী ডাক্তর বিচয় শ্যামগা লোয়ননা চঙলকই ]

শ্যামঃ— [সখিদা মুয়া য়েংলদুনা] কৈদৌরগেনে ইচেম্মা, মুখিৎচুপ্পগী কপ্পগা লাৎবগা তৌত্রনা লৈবসিবে ?

সখি.... [মপুক্কিং সুংশিনা] ঐবু ঙাওরে হায়রে শ্যাম, মমামা ঐবু অঙাওবী তাহল্লে।

ডাক্তর;— [প্রেমজিনবা মওংদা নোককেং তৌনা] কনানা ঙাওই হায়রগে ?

সখিঃ— [ডাক্তর বিজয়দা মমিং শানা য়েংলদুনা] নং কনানো ?

[মরাম পুম্নমক ইচক-ঙক্রা ডাক্তর বিজয়না যে নৈ]

ডাক্তরঃ— ঐহাক ডাক্তর বিজয় হায়বত্রনি। নহাকপু লায়য়েংবা লাক্লবনি—

সখিঃ— [হান্নগী মতৌ গুম ডাক্তর বিজয়বা খানা য়েংলদুনা ] ডাক্তর ! ঐবু লায়য়েংবা লাকপা—— [খোঙ্গেল কল্লগা] ঐ ঙ'ওদে— ঐ ঙাওদে.......[ইমুংলোমদা অমুক চেকশিনখি]

[ডাক্তর বিজয়না য়াইমবা ওনশিন্দুনা ইমুংলোমবা চংলসি হু য়বগী ইঙ্গিং তৌই।

য়'ইমনা ম'ঙ থারম্বুনা বিজয়, শ্যাম মথং-মথং ইমুংলোমদা চঙ্খি মধু অমসুং তোম্বা তেঁকম থঙদবা মওংদা ভাইহাক লেপ্তুনা লৈরম্মী, অহুদগী অমুক হান্না কম্বা কক্তুদা কমথে। ভাইহাক রামচেৎ অমফাওবা ভাংনদনা তুমিন-তুমিন লৈবৈ]

তোম্বা :— খুর' ! মসিগী ডাক্তরসে মপুক-মপাও ওস্থোক্লা ভপথু-বনি। মতম চুমদা মোমোম-মোমোন্দা নোক্তুনা লৈ। মশাদা অশাওবা শুকলৈ লৈতে—

মধু :— হোয়নে, মপুক মপাওদি য়াম্না কনা উই।

তোম্বা :— কমানা খঙনে, মহাক্লা ইরায়-লায়না হেক কহনখি'স্রু ?

মধু :— [ য়ানিংদবা মওংদা ] কদ'য়দগীনো তোম্বা, ডাক্তরনা ওম্বা অনাবস্রু নত্তনা ! পোৎশেম-যাদুগা ডাক্তরগা ওস্থোক্লা পক্ল'খদ্রবনি —

তোম্বা :— মতু'দ য়েংঙগা খঙবা হায়বদুনি। মাগী স্রু মানা হৈবা বিদ্যা অমদি শোয়দনা লৈরমগনি।

মধু :— নখোয়না কনা হায়দুনস্রু এদ'দি থাজবা মঙমদ্রে !

তোম্বা :— [ খর ওক্লা ] কবিগীনো' খুরানা অস্রুক থাজাদ্রবসিবো ?

মধু :— পোৎশেম-যাদুগী জাৎসিদি মৈতৈ মাইবদগী হেনবা অৱে লৈতবমিনে তোম্বা। অজা পূজা তে'রগা লোখোক্লদববো ডাক্তরগী হিদাক পীজরগা কদায়দগী কবা ওমগদগে ?

তোম্বা :— মতম-মতমগী ওইবা রাখল হায়বদুনি খুরা, এখোয়না অস্রুক লুনা খল্লুরগা কবিরু কান্নগদগে ? এখোয়না খন্দুনস্রু কল তাবা ওম্মরোইদবা রাকল্লি—

মধু :— [ মপন্নাই মুংঙাইতনা ] মতমগী অনৌবা খোঙচৎতো মমাঙ-ঙৈদগী লৈরক্লবা থাজবা খুদিংমকপু থাদোক্লসিন্নবে তোম্বা ?

তোম্বা :— চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অনাবসু চাওখৎলক্রে, লান্ন-যেংবী ল-মদসু চাওখৎলক্রে—

[ ইমুংদগী ডাক্তর কিকবনা মাংও থারকহুনা শ্যাম অমসুং য়াইমা মথোব অহুম পুন্না থোরকই। ডক্টর শ বা লেংহুনা মন, তোম্বা ডাক্তরদা মুন্না যেংই। শ্যাম্না মাঙ্গে ন্দগী মথক্তু লশিংলগা ডাক্তর বিজবগী মনাক্তা থাই ]

শ্যাম :— ডাক্তর বাবু, চুকট পাম্বিয়ু [ ফুরিৎপাওদগী চুকট উপু অমা লৌ-থোক্তুনা ডাক্তরদা লানশিল্লি। ডাক্তর বিৎযনা চুকট মচে অমা লৌহুনা চম্মী ]

ডাক্তর :— [ মোৎরাদা ফশহুনা, চুবওক্তু অমুক্তং শাংনা চিংলগা শামদা ওনশিন্দুনা ] অনাবগী হিস্টে রি মতেক অমতং লোৎলগে—

শ্যাম :— ফ'ন, ডাক্তর বাবু !

ডাক্তর :— [ য়াইমদা ওনশিন্দুনা ] কয়াম কুইরগে অনাব'সনা হৌববো ?

য়াইমা :— ঙসি মঙা তরুক্নি শুরে ডাক্তর বাবু।

ডাক্তর :— [ যনিংদবা মওংদা মঙক হইরহুনা ] অনাবসি হৌবা য়ামদ্রবদা থা অম-অনিদি শুরম্মনি থল্লি—

য়াইমা :— [ ডাইহাক্তং লুকথহুনা থল্লি ] চুম্মী ডাক্তর বাবু ! মহাক্না মশা ঙমদে হায়বনি থা অম-অনি কারবনি

ডাক্তর :— অনাবসি হৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা য়াম্না থীনা খৎনবা য়াওখিব্রা ?

য়াইমা :— থোইদোকপা য়াওখিদে ডাক্তর বাবু !

ডাক্তর :— নিংব·কায়বগী মরমদি থোইদোকপা লৈখিদে ?

য়াইমা :— লৈত-লায়রগী য়াথলনা নিংবকায়বগী মরমদি তত্তনা ওইরবনি ডাক্তর বাবু !

ডাক্তরঃ— [ ভাইহাক নুকপদুনা য়াথল তৌরগা ] লৈত-লায়রগা য়াথল—

য়াইমাঃ— অহোয় ডাক্তর বাবু ! কৈক্তু-লায়র'মা মরম ওইদুনা ইচানুপা অমতং লৈজবস্ন দে·তা লৈখ্রবনি — [ অরাব মওংদা নুকথে ]

ডাক্তর :— [ খওনিংবগা লোয়ননা ] করিগীনো দেশতা লৈখি্র'দি ?

য়াইমা :— [ মথরাই মুংঙাইতনা ] চহাক্তি ডাক্তর তমগে হায়না কয়া হায়জবনি ! সরকারনস্ন খল্লবনি, অদুবু ঐখোয়না তমহনবা গুমদবদগী মথরাই মুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা মিলিটরীদা চঙখ্রবনি—

ডাক্তরঃ — [ য়াথলগী নংজিন অমা ফংলকপগী মওংদা খজিত্থং হরাওবগা লো'য়ননা, মতোমদা ] মচা কায়নবগী চৈনাখোল ! [ য়াইমদা অমুক তনশি ল্লদা ] অতৈ অতোপপা মরমদি—

য়াইমা :— [ভাইহাক্তং নুকথদুনা খল্লগা ] হন্দকী নিংঙোল চাকৌবা মু'মিত্তু' মগা মঙোন্দা য়ান্না মুংঙাইতনা থোকখি —

ডাক্তরঃ — [লাঙতক্না ] নিংঙোলশিংগী অদুক মুংঙাইরবা মুমিত্তবু করিগীনো—?

য়াইমা :— [মথরাই মুংঙাইতনা ] 'মশাদা সনা মচেৎ অমকাওবা পক্তনা চৎলবদি মীনা করি হায়খিদগে ?—লায়রবা অতা-ক্লগদবগী শরুকপুদি নিংঙোল চাকৌবা য়াওররোই'

কল ভাদবা অক্ক'মা

হায়খি ।—মপামদগী কোম্নরকপা সন', লিক-কোল খন্নদং লৈজরম্বস্থ ঙম্না লোইশিনখ্রবনি ডাক্তর বাবু।

ডাক্তর :— লিক-কোলশিংদুদি করম্না লোইশিনশিন্‌বা ?

য়াইমা :— লৈত লায়রগী য়েম্নবা হোৎ-বদা ঙম্নমক বন্ধান খমখ্রবনি। ঙসি কাওবদা হন্দোকপা ঙমদম্রন মীন তত্তনা শিজিম্নরবনি—

ডাক্তর :— [ মুন্না রাখল তৌরগা ] মীনা লিক-কোলশিংদু শিজিন্নবদি ইতৈমদি খক উখিদ্রিব্রা ?

য়াইমা :— [ অরাবা শককমদা ] করিগী উদনি ডাক্তর বাবু! ইচৎ-তত্তনা উরিবনি !

ডাক্তর :— [ অমুক্তা হেমা লাংতক্কনা ] অদুদগী ক:দৌবা ?

য়াইমা :— সুমিৎ অদু মপ মদগী অঙাং কনা থারক্তনা কৌরে, অদুবু চৎলু হায়বা য়'খিদে।

ডাক্তর :— অদুগী মতুংদগীদি ?

য়াইমা : — 'ইমাম্নবা মীমাম্নবা ঙাক্রি' মখৈ য়ুমদগী মপান থোক-খ্রবোই' হায়দুনা নিংঙোল চক্কৌবা মতুংগীদি নোংম-কাওবা য়ুমদগী খোঙকাপ অমতা কাপ্পোক্ত হায়বা য়াখিদ্রে। লৈকাইগী মমাম্নবীশিংনা নোং'কাদোক কুম্মৈ য়েংউসি হায়না হৌর'কাওবদা হকচাং ঙাদে হায়জিন্দুনা লৈথোক্রবা হোৎলৈ। মতম চুম্নদা ইমুংদদা লৈশিন্দুনা লৈ .... ...

ডাক্তর :—অনাবদি করম্বা মতমদা হৌই ?

য়াইমা :— [ ডাইহাক থলগা ] ডাক্তর বাবু ! ঐখোয়' অরাংগী ইমুং-
সিদা অদুক্তী মতীক লাংঙগা মাগী অনাবসু হেক্তা
হৌই—

ডাক্তর :— [ অরা'লামদা হায়রেক্তং য়েংলগা ] ময়ু' মকৈ য়াম্না নিংথিনা
শাট, ইনাক য়াম্না' থুনবা ইমুং মাল্লি ?

য়াইমা :— ডাক্তর বাবু ! ইনাকথুনবদা লৈকাইসিগী মপু'দ মমিং
চৎলিম'নি। ইঞ্জিনিয়ার সাহেবকী ইমুংনি। মচানুপা
ডক্তর ফম্মীব'নি—

ডাক্তর :— [ শো'গা'ননা ] অনাবসিদি পাক্কবু ফরোইদো'রি—

মধু :— [ থর পাথৎনা ] ডাক্তর ববু ! মাগী অনাবসিবু ফর-
রোইদ্রনে ?

ডাক্তর :— [ নোকফেৎ তেনা ] করিগী ফজদগে । ঐনা পিরম্বা
হিদাকশিংদু মতম চানদা পীজো—চয়োল'সিগী মপুংদা
শেরান তূরান ভাংভিবসি শোয়দনা ফথিনি । অহিং
কুইনা তূম্মক্তবগী হৌনবা মমিৎসিদা করি করি পংউদা
উরে,, অদুনা য়াম্না নি'থিনা পোত্থাহনবা দরকার ওই—

মধু := [ থংনিংবগা লোয়ননা ] করি লাংনানো ডাক্তর বাবু মাগী-
'সিবো ?

ডাক্তর :— নিংবা থু'দবা, পেন্দবা কয়াদগী পোক্লকপা রাথলগী
লায়নানি থুরা !

মধু :— [ থর ঙক্কা ] রাথলগী লায়না !

ডাক্তর:— [নোকক্নেং তৌনা] খুরাবু ! মীওইবগী চাওথংপগী থাকসিনা নোংম-নোংমগী ৱাংথংলকপগা লোয়ননা ৱাখলগী লায়-মাস্ত অনুম অনুম হেন্গৎলক্লবনি। ঐখোয়গী লৈবাক্তদি থরবু করিবনি, চাওথংলে হায়রিবা লৈবাকশিংদদি ৱাখলগী লায়নাসে মণীং লাকওমত্রবনি —...

মধু:— [মতোমনা] ৱা:খলগী লায়না....[লুকথহুনা ৱাখল তৌই]

ডাক্তর:— [য়াইমদা ওনশিন্দুনা] য়া'রি'মথৈ মথরাই মুংঙাইনবা হোৎ-নবিয়ু। নোংম ফাদোকস্নু সিনেমা ড্রমানচিংবা য়েংবা পুবিবস্ত য়াম্না কায়'নি —

য়াইমা:— [থর ওক্না] ঐন্থ শিনক্ন মতা'সিগা বাবু সিনেমা য়েংবা পুবা !

ডাক্তর: — য়ারিবমথৈ মথাই মুংঙাইহনবা হোৎনবিয়ু হায়নি। মমাও-ৱৈগী মুপীবু ইমু'দগী মপান থোকহন্দবগী মুগতৌ হৌরগনি —[নোকক্নেং তৌনা] নোং'কাপোক সিনেমা য়েংবা পুবিবদবু করি অকায়বা লৈবগে ?

য়াইমা:— [তৈনদবা মওংদা] মত্রগী ৱাখল নচ্চদে—

ডাক্তর:— হে'জিক্কী সমাজদা ইনাকখুনবগা লায়ররগ্না খেন্নবসে নোংম-নোংমগী হেন্গৎলক্লবমি। [নোকক্নেং তৌমা] ইনাক-খুনবগা য়ুমলোন্নবা ভারবদি লৈত লায়রগী ৱাখল কাও-থোক্তুনা থর মুংঙাইথোকপা তথীয় —

মধু:— [য়ামা ওক্না] ইনাকখুনবগা য়ুমলোন্নরবদি লৈত-লায়রগী ৱাখল কাওথোকপা।

ডাক্তর
য়াইমা

ডাক্তর:— অসিগুম্বা লায়মাশিংসিদি ইশাগী য়াথলদগী পোকপা ডাক্তি ....ইতৈমগী অসিগুম্বা য়াথলসি পোক্লগী মচাক্তি ঐনা হৌজিক ভাবিবা য়াসিদগী ওপ্তোক্লা য়ামগ্রে। [য়াইমদা ওনশিন্দ্না] অদুদি ঐস্ত চৎচয়গে। ওসিগী অনাবা থুর য়াৎলি চৎলুগদবা। অনাবগী লাইওং হোংলকপা থদিংগী ঐঙোন্দা পাও পিবিরকউ—

ডাক্তর
য়াইমা

য়াইমাঃ— কনি, ডাক্তর বাবু—[ডাক্তর বিজয় খ্যামগা লোয়ননা থোকখি, মথোয় অহম্মক মুম্না য়েংদুনা লৈহোই]

মধু:— [মতোমদা] নিংবা থুংদবা, পেন্দবা কয়াদগী পোক্লকপা য়াথলগী লায়না। মমাওতৈ ইপা-ইপু হাক্তক্লগী লৈরক্লবা পোৎশেম-যাদুবু অন্ধবিশ্বাস ওইরবা... [অমুক লুকথখি]

ডাক্তর
মধু :—

য়াইমাঃ— [ইকাই-হঙোই য়ামনা] ঐগী শিনকম মতা'সিগা মাবু সিনেমা য়েংবা পুবা! [তোকম থঙদবা মওংদা মকোক হোৎলি। তোম্বা ইওক ওক্লো য়াইমদা অমুক য়েং, মধুদা অমুক য়েং তৌদুনা লৈ।]

ডাক্তর

মধু := 

পর্দা তপ্না-তপ্না হাইজিনখি

ডাক্তর :

—লোইরবা—

মধু :—



কল-তাদবা অঙ্গাং